# ১বা শরুক

ইম্ফাল সহরদগী মখা পাংনা, টিদিম রোডলোমদা মাইল ...মরোম হায়থরগা, মায়ওন অহু কায়দনা ঙায়হাক্তং লেপ্লবদি, ওইওইনবা চিদায়রোমদা, মাইল অমগী, হুংগী তেন্তক তোবা য়ুম্বী মচা অমা উবা ফংই। হৌজিক মতমদদি, অশাংবা ওনবগী পথাপ হোংদোকখিবগা লোয়ন-লোয়ননা মহুম্হু ফুক্তোকখ্রে। মফম অতুদা লেপলগা, নোংপোক চিঙ্খৈ পাঙ্বরোমদা হায়-রক্তুং য়েংশিল্লবদি থেক্লা খোয়রবা লম্বী মচা অমনা লৈনা লৈনা চঙশিনখিবহু উবা ফংই। লম্বী অসিগী নাক-য়েন্থা শুরবা রাপলগী পরেং পরেংনা কাগুপ ওইন হোই। হুংখিং ...ইং শিংলকপদা হুইথরিবা রাগী মতোনশিংহু অমগা অমগা শোকনৈ। মচি ময়া থুদিংদা, লৈপন মথক্তা, চেকপল মরুমদা, হেনৌ পাম্বী, লৈহাও পাম্বী কয়া অমস্থু মশা মরেং ফজহনা হোই। থাম্মবা অহিংদদি থোয়দোক হেন্দোক্লা চংপদা অকিবা পোকই। হেক য়েংশিনখিবদা তুজুংবা ফাওরবা লম্বেল অসিনা লোয়রোই লোয়রোই চঙশিনখিবনা, কোনা অমা থেকচিল্লক-...দগী অসুম থিরক্লগা, কোম্বোং মরি হেক শুবগী মফম অহু-...ইদা গায় নোংপোক ওন্দুনা লেপ্লগা য়েংলবদি, মথায়েংদা ...ংখ্রিবা লম্বী অহুগা অরাংগী অতুগা শাংবা চপ মান্ননা উই। ...ম্বী অহুগী ওই থংবা নাকললোমদা চেল্লিবা খোংবান অহুম

উরোকখোং অমনা মমাঙ লম্বী অহুগা শগ্নহল্লি। খোং অহুম মপাদা অমুক হন্না মায় নোংপোক ওন্দুনা লেপ্পগা, খোঙকম অহুনা বিন্দু লৌরগা শাংলবা চৈখৈ অমা ভাবনা চিংলবদি, সমকোন মঙং মাল্লপ্‌ চায়। মায়ওন অহুদগী মিৎকম হোংদনা চরল চরল হৌরিবা রাপলগী মচু অহু কাওদোক্লুনা য়েংদ্‌লবদি, কাবক ক্তিভম কবির', চেক্লা কল্লাং খাবা যুম অমক উবা ফংই। ইমুং অহুদনি।

ফুমিল্লাংগী পুং ৯ লোম হায়জিল্লক্লে। যুম অহুগী মথা থংবা কা মচা অহুদা মৈরী পিক্লা লালটেন অমথক্তা থাল্লি পানথংলকপা থাক্তগী মুশীরবা মঙালনা কা অহুগী অহো থিহুনা লিংশিল্লক্লি খাবল মঙাল অহুনা মৈরী অহুবু নাক্লি মীহুৎখোঙ্‌গী অকাবা শরুক অমদা হুমজিল্লকপা মাংগী শাউম অমনা থেংবদা মৈরী অহু মুংলি মুংলি তৌরহুনা য়ানা থাউলি।

মুশীরবা থাওমৈ মৈঙাল'হুদা চহি ২৫ য়োম শুরবা পাখং অমা মপুকনিং চঙ্‌না করিগুমবা থরা ইবা হোৎনরি। মশেল মরাং ওইনা শন্দোকল্লিবা মৈঙাল অহুনা য়োধ। পন্থা মকম খুদিংমক্তা উবা ফংই, কা'হুগী নোংপোক থঙ্‌বারোমদা মীংশেল চল্লবা ফুট মরিয়োম থরা হেন্না য়াংবা, মরাক্তনা ফুট অহুমলোম পাকপা উপু মচা অমা; মরুওইনা মহুগী মচুগা য়াঙরিখদি, মথল মথা অয়াম্বা লাইরিক কয়ামুক্লি। মথা থংবা কাখল'হুগী মচী অমদনা কপ, শিলদ, মরম পুপ্লক কাচিন অমদনা, পুক্তিগী অয়োনবা মিকুপ কয়াদা, লোম

লোম্না মীতাজক্লীবা মীংশেল চন্নবা কোটো, মথক অহুদনা মতমগী তাম্বা পীরিবা টেবলগী ঘড়ী, কয়ামুক অসিনি।

হুংশিংকী কন্নবা শাকু কয়াদা লালটেন অমু মুংকে মুংকে তৌরি। মথুং অহুনা হুংশিং শায়রমদা অমুকস্তু থল্লি। টেবল মথক অহুদা মথুম অথাবা পানবা লাইরিক থরম্তু লোমলোমহুনা থম্বা উই। মরক্তগী অথন্নবা অমম্তং শক্তোক্লগা ফাকতোক্তুনা অমুকস্তু য়েংবগুম তৌরি। মহাকনা হৈরিবা অহুগা লাইরিকা চানদে থন্নহনা থুমজিল্লগা অমুক লোমরিবা মথক অহুদা থমই। হৌগ্রবা পুজিগী কাউণ্ডমত্রবা থোদোক কয়াবু নৌহৌনা নিংশিলকপগী নাওংনি। অমুকস্তু, কলম অমু পায়থস্তুনা ঙৌরবা চেবাং'থক্তা রাহৈ পরেং অমা অনি ইশিল্লি। অমুকস্তু মচোয় মচোয়রবা রাথলগী মপৈ মপৈ অমু থোমজিনবা হোৎনরি। অস্তুম্না রাথল তৌরহুনা কনা শাংনা লেল্লক্রে। মমায় লৈথোরকপদা টেবলগী ঘড়ী অহুগা মিংচানক্করে। পুংগী কাঁটা অহুনা ময়েক ১১ থারীবা অহুগী মপাদা থিল্লহনা, শক্তোক্লহুনা মঙোল্লোমদা য়েংহুনা লৈরমই। থেঙবা ঙনবগী রাকম অমম্তস্তু মঙোম্দা পোক্তবগুম উই। ঘড়ী অমু মায়থিরে।

ঙায়হাক লৈরগা মাগী রাথলগী অচিকপা অমু থুগায়হনা ইচিক হল্লবা অহিং অহুদা চেক্লা অমা থম্মোয় শোক্লা থোংলক্লি। "লমদনবা চেক্লাগী নিঙমদ শৈহেক্লা? নত্রগা পোম্বী কনাগী মপাঙকায়ন তেংথাখোম্মো? নত্রগনা ঐঙম্না কায়ন মৈশা লাংলবা কনাগী থম্মোয়গী শান্তি থুগায়রুবদগী চৈয়কপা

মীচৈনো " — মানা খল্লি। অসিমথৈ খল্লুবদা মহু পুন্নবা মিংকী পি চহুম অমা অনিথক্না মাগী মীংলু নাপোম অনিদগী শিন্থ-রকপা ওমদনা ম্বানছুনা লৈরি। ওম্বোক্না খোয়জেং মুংজেংলবা পুল্লিগী মিকুপনি। মাগী খম্মোয় অহু, মুংশিবা, নিঙমদবা ঙমম্নুং মুংঙায়ত্তবা পুম্নমক্না নিক নিক লাওনা লৈবগুম উরি। অহু-ত্তাপনা খম্মোয় চাংজৌ পানিং পানিং ত্তোরক্লে। চঙং-চনৈরবা রাখলগী মপৈ মপৈনা মাবু ফাগে তাল্লকপগুম ত্তোরি। খাঙ্বা ঙমলকত্রছুনা ত্তম্না অমুক হৌগংলে। মিহুংথোঙ্ মনাক্তা অমুক চঙ্শিনখ্রে। থোঙ্নাও অহু লাওনা হাঙ্দাক্লে। অহিংগী ইংলবা মুংশিংনা চাক্লবা মাগী খম্মোয়বু মিকুপকী ওইবা পোথাফম পিরি। অতিয়া মকোয়দা থা খোকল্লিব্রা হায়ছুনা য়েংখংল্লি। থাজম্নু শমায় লৈখিরমলে।

অহিং অহুগী খজবা পুম্নমক মাঙহল্লছুনা থারবা লৈচিনগী মপৈনা মায়কৈ শিনবা থুংন শম্মোকপা হৌরক্লি। মপুক্লিংদা কায়খ্রে, খল্লছুনা মিহুংথোঙগী পুনা পানশিল্লম্লে। অমুক হন্না চৌকিদা ফমথরগে ত্তোরকপদা মুপীজা ওইবী কনাগুম্বা অমগী খম্মোয় কায়রবা খোনফমদা শক্লকপা ঈশৈগী ইথক অমনা মাগী নাপ ত্তম্না চেনশিল্লক্লি। চৌকিদা মথুং শোঁরছুনা লেপল্লিরা নিপা অহুগী পুক্লিংগী-নাকোং অহুনা ইশৈ অহু তারি—

লৌনম রাশকী লংলাদা লেংথিবা
মুংশি আশাগী কুণ্ডো পরেং
লৈমায়থক্ত চোয়জাইনরেদো,
ওইহৌরে পুল্লি'সে মঙলানগী মশক।

থরম অসি তায়মন্থগা অমুক খোঙলৈ থুনা চেনশিনখিহুনা চিহুংখোঙ'হু অমুক হাংদোক্লে। কনা'মত্তমু উবা ফংল্লে। হন্দক'-মুক্তি, মালেম শায়া শম্না অমমবগী শরুক্কা পুমকুপ কুপশিল্লম্লে। অথাপ্পদা, অনকপদা নোংথাঙ্‌ কুপলকলি। পুক্লিংদা অকিবা পোক্লহুনা অমুক থোঙনাও পুনা পানশিল্লে। হন্দক'মুক্তী চৌকি মনাক অহু তাম্না চংশিনগদবা কিরে। থাওমৈ অহু মৈয়ী থরগা চাওনা লৈথংকে শল্লহুনা তপ্পা তপ্পা চংশিল্লক্লে। লালটেনগী মনা অহু পায়গে হেক তৌবদা ঙসাইগী খোঙ্গেল অহু অমুকসু তাংক্লে।

পাথংগী লৌনম চিরোন্দা থাজরুই'
পাঙল শোনবী মুজ্জা ঐনা,
বিধিগী খোংলৈদা তায়োম্নরে' পুন্সি'
পিয়োইনরেদো য়ারবা মপোক'সে

খোঙ্গেল অহুনা হেক লেপখিবগা, কা অহুগী খোঙজাও অদোমদা গম গম লাওবা মখোল অমসু অমুক তারকলে। "কনা ওইরিগবা, থেংলবা অহিং অসিদা খোঙ থিলক্ললিবা 'সিবু"— মানা থল্লি। য়াখলগী নোংথাঙনা মমলবা মাগী থম্মোয় অতিয়া মকোয়দা অতংপা লৈতনা কুপ্লক্লি। মপা পুম্বা কিবত্তনা চেঙ থৈবগুম নিকল্লে। থোঙ্‌ অহু হাংদোক্কে, মপুক্লিংদা থল্লমই। অহুবু মহু তাম্না চংপগী মাগী পাঙল লৈত্রে। মখোলদি খোক্তনা, মতম থরগী মমাংদা কায়নপ্পবী কনাগুম্বী অমবু কৌবগুম

তৌরি। মশা অহ্ হুমাং অনম্মা কাংখ্রে। মশানা মশাবু কাউখ্রে। কুইথনা লেম্নগী পাঙ্গল পুন্নমক রাখলগী চৈকুনা থুউ থুঙ্জেং কুদেকখ্রে। থংহৌদনা জ্ঞান মাঙগহ্না লৈমায়থক্তা তুথখ্রে। খাঙ্জেল অহ্ অনুতাপনি।

ওসাইমথৈ শক্লম্বা হারৌগী হৈৈন লেপখ্রে। খোংথান-নুক্লাংদা, কোমকুত্তা শক্লম্বা হওয়গী নোংজু ইশৈ তাখিহ্রে। ইমায় চোল্লবা পুথ্রিদা হরাও মোনোন য়াকা ত্তন্না ইংলবা থাজ মায়থোংতবু মিতাজ্জরম্বা ইথৌ লাংলবী থরো কোনৌ মৈশাদা পথরুরবা শিঙ্গেল লৈরাং খিবিক্লা অ হংগী লিক্লা ওয়জরম্বা পুন্নমক অরেম্বা মপোক্কী আশা ওইংহৌরে। পোমশাংনবী কয় অমনা উনাগী কিজিহুংদা, পামেল উঙ্গাওগী মরুমদা কিনা লোৎচরি। থর অমনা কেনথি-গনি, কিজ্রবত্তনা লৈরাং লৈথোক থুদিংদা থুংকম চেংনা পায়শিনবা হৌখ্রে। শাংকায়রগী কয়া অমনা লৈহৌ চামথোকখ্রগনি মিপাই-রহ্না মরু লুকথহ্না থাংলি। মালেম'সে অকিবগী শক্লোন পুখ্রে।

লৈজবী থারবা মালংগী শাকু অমদা মমাং থংবা মিহুং-থোঙগী পুনা অহ্ নাম্হোকখ্রে। থোঙগী নাপ অনি'হ্না মনিং মথা ত্তোনা গম গম য়ৈবা হৌরক্লি। মনজুনরবা পর্দা অহুম্ম হুংশিন্ত্তা ইতাওনরহ্না মখোল থোক্তন' কোয়পায় পায়রি। থাওমৈ অহুম্ম মুথোকখ্রে। নিশা অহ্ উতুপ তাবশুম রাম্হহ্না লৈরি। নোংরাওরবা হুংশিংকী মপৈ অমনা থংহুম হমজিল্লকপদা লালটেন অহুম্ম লৈমায়থক্তা তাখ্রে। টেবল নক্লা থমলমবা কাবক থারবা লাইরিক অমম্ম মহুগা লোয়ননা তাথোকখ্রে।

মুংশিং শিংলম্বদগী নোং ওইনা হৈথরকপনসু কনা কুই-শিল্লক্লে। অতিয়াদা নোং ইরৈ লৈত্রে। নোং লেম্নিং লেম্নিং তোরক্লে। নোং লেপত্রে।

অমম অঙান শিন্নবা মতম য়োরক্লে। নোং হাংখ্রবা মতুংদা, মিকুপ থরদং ঙানজরম্বা শজিক থাবা অনিসু মমি শামব্রে। নোংঙাল্লমদায় পুংজা অসিদা, তুকক তুকায় চল্লুরবা পোম্বী চেক্লা কয়াসু মতু মমান খিংদোক্লি। অহিং কৈরাথক্তা লমদলম্বা চেক্লা কয়ানা নোংখাংনরুবদগী মতু ইপোন পোল্লহুনা কপ্নিং কপ্নিং তৌরি। মতৌ অতু উবদা মরোল নিংথিনা থোকত্রিবা উচেক মচাশিংনা মচিন খিরহুনা চৈরক্লি। য়াহৌ ঙনবা চরোয়না তাইবং পাওজেল তোয়রকপদা তুম্লম্বা কয়াসু মিকপ থোকখ্রে। লৈথোক লোয়রমলবা লৈরাং কয়াসু লৈকা চোয়না লৈথোম লৈনাং মরক্তা কেনঙমদ কেনখ্রে। পাজল শোনবী কয়া'মসু অয়ুক্কী ইংলবা মুংশিংনা লৈনম হুগে হমজিল্লকপদা কিজুমনা ... তনিক থাংলি। মথংগী অয়ুক্ত: ঈশ্বরগী থুয়া য়োরগনি চাউথোক-চরম্বা, পায়মমুংদা থোয়দাজবা মালিগী থুংশেমদা শিঙেল লৈশাং তমজরকপা কয়া'মসু তমখিরবা নোংহৌ অহুবু নিন্দা তৌবা হৌত্রে। শিঙেল লৈরাং কয়াগী লৈনম শ্রিং শ্রিংনা চাম-কোকখ্রে। লৈহী কমলবা লৈরাংগী তেংথা-নাওই ইশৈ তাখিনবা লৈতনা অরেম্বদা মাঙখ্রে। তেংথাখোলতনা মালেম অসে নিনখ্রে।

ওম্থোকপনি, লৈরাং ওইবীশিংগী মপোক। মিকুপকী ওইবা তাইবংদা করিগুম্বদসু ইচত্ থোবা ভমঙ্গে, লৈহীনা খখিবা

শুমিৎ অহুদা অরেম্বনি শিঙেলগী পুন্সি। অহুবু লৈনম্না লৈরাংগা য়েক্সবা ওইজবনিদো—।

নোংপোক থঙ্বা অতিয়া মকোয়দা কোয়ৌগী ঙাঙ্মরবা মচুনা লৈতেংঙ্রে। অরাপ্পদগী থুপ আরতিগী কাংশি থোঞ্জেলস্তু তারক্লে। ন্নাওরি ন্নাওরিবা শুমিৎকী মৈশানা নিপা অহুবু হোৌদোক্লি। অহিংদা মালেম শিম্না, কোয়চেন চেন, কোয়পায় পায়দ্বনা শাম্নরম্বা হিংচা য়াইতম্বা কয়ানা কাকথোঙ্ অহানবদা মাঙ্খিবগুম; অহিং অহুদা, মাগী থম্মোয় লাইমন ওইরম্বা ন্নাথল কয়াদস্তু পুন্সিগী অপায়বা লৈচিল'লক্তা মাঙ্খ্রে।

অকিবা কয়া অহুনা মাবু পঙ্থহনখিবদগী, অহুম তুম-থগ্রবনি। তুমলুবদগী মিকপ থোক্লকপগুম; মঙ্বু তাইবং ওইর-বোই নিংহুনা মমিৎ পাঙ্থোরকপগুম, কুইনা জ্ঞান মাঙ্লুরবা মতুংদা নিপা অহু হোৌগংলক্লে। ক অহুগী অকোয়বদা কোইয়েং কোইয়েং য়েংলি। মানা উরে, লালটেন অহু লৈমায়'থক্তা তাহুনা, কায়রবা মীংশেল মচেৎ কয়া'হুনা ইশন শম্না লৈরম্বা অমুকস্তু উরে— থাওমৈ অহুদগী চেম্বরকপা থাও মরক্তা লাই-রিক অমস্তু কাক্তোকতুনা তাহুনা লৈরম্বা। মহু উরুবদগী অকিং অকায় ওইনা হোৌগংলক্কুনা লাইরিক অহু থুনগংলে। থারবা লাইরিকী লমাই কয়া'হু অমুক্তদা শুপপায় পায়শিন্নগা তপ্না তপ্না থাদোয়কপদা তংথায় চল্লকপগী'হুম্নাইদা ফোটো অমনা খিংহুনা থমখ্রে। শুংশা শর মতেক অমত্তং ফুয়না হোম্দোক্লগা ফোটো অহু লোথোক্লে। লাইরিক অহু টেবল মথক্তা অমুক হন্না থমক্লে।

নিপা অহুনা ফোটো অহুদা মুম্না য়েংহোৌই।

# ২শুবা শরুক

চহিগী অমগী মমাংগী রানি। সুরজীৎ, গৌহাটি বিশ্ববি-দ্যালয়দা এম এ অহানবা চহিদা তম্নবগী দমক মিং চন্নখিবা থা অহুম মরিতমক মভায়রি। অসুক কুইরবা'সি মপুক্লিং লৈত্তানা লৈবা উমলকত্রি। অমরোমদনা সুংশিবা কায়নবগী মৈচাক, ১দন মপাবুংগী পুক্লিংগী আশা, তোর্বান অনি অসিনা চপ্পুনা চেম্থ-রক্লিবা মাগী পুন্সিগী ইচেলনি। থাসি, পূর্ণিমা কয়া ওন্না ওন্না হোৎলে। কোরৌ শিংবুম কয়ামুক্তা, হাংলবা চেবাঙ্ কয়া পুথোক-লহনা মাগী পুন্সিগী ইতিহাসকী খোর্জেং পায়রহনা; মপাম্বোম তিংখোরক্লি। রাখল কয়া কয়ানা তিংখঙ্-শয়োম শারহনা থম্মোয়সুংদা অতৎপা লৈতনা কক কক খিনবগুম তৌরি। অসিগুম্বা পুন্সিগী থেঙ্নাং'সিদা নোংম ময়ুক্তা পুং তরারোম তারক্পা'হুরাইদা, মানা লৈরিবা কা অহুগী খোঙ অহু খিল্লকখি। নিতিগী চঙথোক চঙশিন তৌনবা মমাম্বা ওইররোই নিংহুনা "কাম ইন প্লিজ" মানা লাউরপনা হয়দোকখি। মপাম্লোমদগী লাউরকই "পোষ্টমেন।"

মীয়মদা লৈবা মী অমনা চিঠি ভায়বা হায়বসিদি লামলবা পুক্তা য়েনশাং অহাওবা পিজবগুমবনি।

সুরজীৎসু খোঞ্জেল অহু তাবদা অমুক পম্বা তৌদনা মপান থোরক্লে। পোষ্টমেন অমনা শাংলবা চিঠি খাও অমা থুংশিন্নরে। মনাদগী পেন্সিল মতেক অহু লোথোক্লহনা চিঠি খাও অহুদা নপলকপা চে মচেৎ অহু শেক্তুংহৌরগা—সাইন কিজিল্লে বাবু-

হায়রকই। চিঠি অদু কনানা থারকপনে। হায়বদু হায়রেক্লং ম্রেংলগা পোষ্টমেনা হায়রিব'দুমক তোরে। পোষ্টমেন চংখ্রে। কা মন্থংদা চঙশিনখ্রে; থোঙ্ লোনশিনখ্রে।

থারকলিবা মীশক অদু লৈশাবীনি। কোলেজ তম্বীনি। মমিং অদু হেক পেঙনরুবদগীদি খু লৈ থুনা চিঠি খাও অদু হাংদোক্লে। মথুং অদুদা চেনা মশাং য়াম্নবা পাওগী চবুল অমা য়াওরম্বা থেনরে। মতু হেক উরুবদা, থরা ঙকলপ থোকই। চৌকিদা নিংথিনা ফমখরে অহানবা লমায় অদু পাবা হৌখ্রে। ঙঙকপা চিঠিগী মরোল্নি।

সুরো,

মীওইবগী পুন্সিংসে ঈশ্বরগী মথুংমক্লা ইবা কুঙ্গারারীগা অমহানি, ঐনা থাজখি। থাজরুবা পুম্বা ঙসিদি অশেংবা ওইরমগেদো।

ডাকঘরগী থোঙদা চংখ্রবনিনা পাওজেল'সে চিঠি'শিংদা চনখ্রবনি। তশেংবদি চিঠি নত্তে, রারীনি-ফুঙ্গারারীনি— হায়না লৌবিরবসু অকায়বা লৈতে! পুন্সি হায়বসি নমথাক্কী লাংনা কুপ্পুনা থম্বনি, আশানা মীওইববু পংথহনবা ঙম্বা হিদাক কয়া নমছুনা পিজশল্লগা, নমথাক্কী মৈরীদা মৈরাম্বীগুম চোংশিন চোংশিন্দুনা মথরাই থানবতনি--থল্লুবদা রারীগী চিঠি অসি ইজখিবনি।

নংগী লৌনমগী ফুংশিববু "ফুংশিবনি" থল্লুবদগী মরাল লৈজত্রবী হুপী মচা অমগী মপুন্সিদি—। নংগীদি মমিং লিশিং পানবা পুক্লিং লৈরম্ব য়াই। অতবু কমলাগী থম্মোয়দি অমথক্তনি।

মহুস্ত নংগী নক্ষমদা চিঙ্নবা লৈতনা কথোকপ্রবনি। ঙসি মানা থাঙ্লিবাঅরা-অনা কয়া'সে নংগীদমক্তা নংখিবনি।

ঐস্তু হুপীমচা অমখক্কি, কমলাগুম্বীনি। হুপীনা হুপীগী পুকচেল মুম্না খঙই। মানা হাকথেঙ্ননা রাবনি। মানা রারীব'হু-মক য়েঙ্গ্রবস্তু রাবগী চৈনাখোল অহুদি ঐঙোম্দস্তু কাওই। পুন্সিগা, হুংশিবগা মখল অমমমনি হায়রূনা নশানা য়ানা চেনপ্রবা নংগী নক্ষমদা মরায়বক খিরবী মাগী রারী অসিবু চন্নফম লৈখি-গদ্রা? অহুগা—হুংশিবা হায়বসে খরায় অনিমকপু রাখলগী লংলা অমত্তনা পুনবনি, থম্মোয় অনিনা মিহুল অমত্তমক হুনরনি, হায়না থাজক্লবা ঐগী ইক্ষমদদি ওন্থোক্লা মমল য়াম্লবা পোৎশক অমনি হায়নিংই। ঙসিনা অমদা, হয়েংনা অমদা, কায়কোৎ হোংবা চেক্লাগুম—খোঙ্ নামন ইয়ায়দা, নামনা তোর্বাব্দা—করম্না পুন্সি লেনগে খনবিরিবনো?

শাবী শানৌশিংগী মক্ষমদদি অকাউবা হায়বসি তমখিরবা য়েক্লবনি; নংস্তু কমলাবু কাউরব্রা? কাউরমলবস্তু, মহাক ঐগী চাম্নরবী মরুপনি। মহাক্না রাবদা ঐস্তু রাদবা ঙমদে। অরাবগী রারীদি লিথোক্লগা ময়েং তারকই হায়নৈদো, মহুমক চুম্বা য়েংজগে খনজন্থনা নংগী নক্ষমদা লিজরিবনি। হন্দক্নী মপোক'সিদি, রারী অসি তাবা রাবা মীশক্তি, কমলাগী শুরোতনি।

নোংমগী হুমিদাংরাইরমনি।

নোংমতং অদোমগী শক উদবদা লৈক্ষম চাকম খঙজদবী কমলানি। হুনিং থুনিং "ঐগী শুরো, থম্মোয়গী শুরো," হায়রুনক

শোনজরগা অরা কোঙ্গায় কাউজবী, মপাং শেৎন কায়নহৌরবী, মরায়বক থিরবীনি।

বি এ পরিক্ষা হায়দোক্লে হায়বা পাওনা মাপেম শিনবা থুংনা শঙ্গোরক্লবদা, নংগী মঙ্গোলগীদমক লাইনিং পরৈ চেৎচ-রিবী মাগী লাংকেনরবা থঙ্মোয় অত্থু পুরহুনা, মায়থোং মকা লামলহনা, ঐখোয়গী য়ুম ভাম্না তফি তফি চেল্লকখি। পুন্সিগী হুংঙায়রবা আশাগী হথক ইপোম্ন থুমহৎখ্রহুন, ঐবু মথাক্নুংদা চেঙ্গেৎ কোনশিল্লহনা হায়রকখি,—রাধে, ঙসিদি ঐগী পুক্নিংগী আশা থুংলগনি, ঐগী থঙ্মোয়গী স্বরে, ঙসিদি শোয়দনা লাক্ল-গনি, হায়ররগনি— কমলা, নংগী মফমদ ল'জখিদা পাপ কয়াদো ঙসিদগী হৌরহুনা মযেক মাঙখ্রগদোবনি, চৎলসি থুজেং পাল্লোয়নহুনা, লানথিন্নরসি কল্লক মীনোক্লা থল্লবা তাইবং ইপাক-সে-অস্থক কুইরব'সে মাগী রাখলদা হিংহনা লৈবা ঙমলক্লিবনিদো। পলেম পম্বৌনা নাওকোন্দুনা চাউরক্লবী ঐসে, তাইবং মিৎয়েং'-খাদা, পম্বৌগী ইংখোল চায়গোনহুংদা শাৎচরম্মু, হুংশিবা মশক খঙহনখিবদি ঐগী থরায় ওইরিবা মহাকনিদো। শনজিং চীংজাওনা ঐগী মিৎয়েং মাংদা থন্দুনা লৈখ্রবম্মু, সমাজগী শম্বলনা হুংশি লম্বী থিঙখ্রবা, থজৌদে', পুন্সিনা লৈনম চল্লগা হুংশি মকাদা কেমজগে। ঐগী অন্নাবা পুন্নমক উরবনি মাদি। খঙলবদি ঐগী হকচাং, পুন্সিগী ইজ্জৎ'পুম্বা মাগী মফমদা চিঙনবা লৈতনা কথোকখ্রবনি হায়বসে।

নোংম নোংম অস্তুর্ম হৌখিবন', পুংজা কয়ানা ঐবু পম্বোগী য়ুমলেন মুংশিরবা'সিবাও থাদোক্লমলগা চৎখ্রো, তা্মকলে নাও-য়েক্কী ইহুল কয়ানা—।

মসিদগী হেল্লবা রাহৈ কয় কয়ানি, মানা ঐ'মাংদা লাই তোঙলবা মাইবীগুম ি থরকখিবা। অদুবু চগেম কয়া'হু খপ-তোক্লগা মচং ওইব থরদং নংগী নকমদা ইজরিবনি।

মীনা মুংঙায়বা উরগা, মতুগী শরুক চাম হেম্না মুংঙায়জবা ওম্বা ঐনি। অদুবু, মুংঙায়বা মমুংঙায়দি মাহদে। ঐ'দ চুম্নত, মাগী পুন্সিগী য়াইক থোঙচৎকী মঙলান অদুবু থল্লুবদা মুংঙায়জ-বনি। মাগী মুংঙায়বনা ওমখৈ হৈতবা মমুংঙায়নি। ঐদি মাগী পুন্সিগী অর মুংঙায় শরুক য়াজবী অমত্তনি। মানা মুংঙায়বগী লিলা'তুগী ভাবোক ঐনা ওইজবনি।

অসিগুম্নবা হরও তয়াংগী হিরেলমুং'সিদা তোংখংলদুনা ঙাংলেন থর'তুগী অরা—অনা'পুম্বা কাউথোক্লগা, ঐথোয়'নি পুম্না তাইবং ইপাক ইয়ায়দা হোন্দোক্লসি, খৌরাংলুরে। অদুবু মরী ইরৈ লৈনদনা করম্না হি অদুদা তোংখংলুগদগে, থল্লুবদা থোক্ল থাংথবা ওমখিদে। কংলাগীদি লমজীংবিননবা য়াওই। ঐদি ইশা ইরোমদোমদনি, করম্না মী অনিত চনবা হিনাও'হুম্না ঐনা তোংলুগদগে।

নিপা ওইবশিংদি তরাগী মপুনি। তোবওমবনি, হায়দুনা নমজা নমথেক্লব', লোনম নমথাক হৈবা নপুকচেল'হু উংলল্লগা,

মরাল নৈজরবী ম.গী 'মিত্তা উৎ চায়'শল্লমলগা, লোমা মীরৈবাক লমদম পাঙবী'গ্রিবা ওংলিবা'হুবু করি পুকচেল কৌবগে।

মীনোক লাংলা থুরবগী মাগী তমঙমন্ত্রবা কোলোম্ব মপাও মরিক চুম্না লৌনিরো।

মথংগী অয়ুক্ক।

ঐনা অহিং চুপ্পা'হুমা খনখি—পু'ন্সগী য়াইক লম্বীদা খোঙ-দাগ্রবী, ঐগী চাংরী মরূপ কমল অয়ুক অহুদা অমুক উগে কংলরোই। হৌখিবা অহিং'হুদা সুরেগী পু'ন্স' খোঙবুরোই ওইহুনা মপাম লমদম থাদোকখিরমলগনি।

অহুবু কদায়— সুংঙায়বগী মহুত্তা অর--পোংলুম পুরহুনা, অয়ুক'হুদা অমুক মলক উংলরে। ঐদি ঙকপনস্তু থেঙথ্রে কপ্লিং কপ্লিং তৌরহুনা হায়রকই-- য়াথে, ঐগী পু'ন্স'সিবু মাঙলবা হায়ব'হুরনে।

নংগা মাগ করি হায়নখিবা, ঐদি থঙদে। য়াহং'হুগী পাওথুম করম্না পিগনি থল্লুবদা ফুম্বংনখি।

অহুদগী ঐগী অথেম য়াইহেগী মচিন পারবা তেলনা মঙোন তম্না কাপশিন্নে। ঐনা থেমজিনখি— অঙাওবী, মাবু অনুক থুনা কদায়দা চংখিরমগদগে, খুদোং চাদহুনা তৌবা ওইরিগনি, শোয়বা হায়বসি মহৌশানি, করিগী'হুক য়াম্না থাঙহৈজ্রিবনো ?

মানা হায়ঙমদনা হায়রকই— ঐগী পুন্সি'সে ময়ামমা মাম্রত্র-খনিনে, য়াথে। মানা ঐগী ইকমদগী মিকুপ'মত্তং লাপথোকখিবদা মাঙলগত্র। হায়ব'লিগিত মচিঙনৈ।

ঐমা খুমই —নিঙোলগীদি মপামদা মোংকম নত্তে, কমলা। নংসু মচুং মতম চাবদগী কা হেল্লোক্লা লৈরবনি, ঐসু খঙ্ই। মরায়না লাকচগনি। ঙসি নোংমা নিনি'সিদদি নংগী অয়োনবতু মকা কোঙ্লক্লগনি হায়বদি নত্তেদনা। করিসু লৈতবা য়াকম'ছুগী পুক্নি লাইমন ওইহনব। হোনদে। ঐসু নংগুম্বনি। ঙুপী ওইবগী তোম্লবা মপোকনি। চংকদবা লম্বী খেনবগী য়াকমন্তনি। নংগী অরাবা ঐসু লোয়না খঙ্ই।

ঙায়হাক মাসু মখা তাখকম খঙ্দনা লেপ্লে। অত্তুদগী মচুনা "চুমগগ্রনে" হায়রম্লগা "চংলগে" হায়চুনা চংল্রে।

ঐনা হায়খি—করি'মতা য়াক্লগনু কমলা। মাসু চংল্রে। ঐনা মায় লৈথোরকপদা ইমানা মুম্না য়েংচুনা লৈরমই।

"পুক্নিগী করিগুম্বা মিকুপসু পাঙ্গল থোকচবা ঙমজদবী, ঙুপী ওইবগী মপোকনিদো। লৈকায় মীনোক তুংওইনরগা চংনবী ইপাক লাম্লসি হায়র লানঙমদবা। ঙুংশি য়োংহ্নিংদগী নাম্থোক-লগে কদায় ঙমজদবী, য়ায়বসু তাইবং কনা খঙ্হন্দমা ইদোম তুমিন থাঙজবনিদো। অত্তবু কোঙ্দোক্তবা, হায়দোক্তবা অরাবা কয়াদি মীনসু খঙ' বদেদো। কমলাসু ঙুপীনি। নৌরবী লৈরাং লৈয়োন্দা ঙুংশি তিলনা চীকপ্রবীনি।"

চয়োল অমরোম ঙায়ঙমদনা হোৎল্রে।

লোংমা ঙুংখিল পুং ৪ রোম তারকপ'চুরাইদা, টোটি ঈ[illegible] শোক্লগে হায়চনা ঐ খোকই। কমলাখোয়রোমদা হায়কেং চঙ্লগা মাবুহ হৌরুখিসিরা, পুক্নিংদা খনখি। অচুবু মানা

ঐ উরগা কপ্নিং লাউনিংবগুম হেক্তা তোবা মতৌ অত্থু অমুক য়েংনিংঙ্গহুনা চঙ্লুজ্রে।

টৌটি তাবা লম্বী মশাঙ্ অত্থুদা অসুম লাকপদা শক-খঙ্দবা পাখং অমখক কনাগুম্বা অমবু ঙায়রম্বগী নাওংদা, তুং মাং য়েংলহনা লৈরম্বা থেঙ্নখি। করিগুম্বা অমত্তসু চিঙ্নবা লৈতনা ঐঙোম্দা হংলকখি,

—করিগুম্বা'মত হংজহৌগেবা, য়াম্না মারৌবীরগত্রা ?

—করিগী ওইরবনো ?

—'সোমগী মিং অমুক্তং খঙ্জবা য়াগত্রা ?

—ঐগী মিংগা অদোমগা করি মরী লৈনবগে ?

—কৌক্তিকমক্তি করিসু মরী লৈনদে। ঐমিং'হুতং খঙ্লরব্দি মরী খরা লৈনরম্বসু য়াই।

—'দোমনা খঙ্বা পাম্বিরিবা'হুগা চান্নরমত্রবদি ?

—হায়া অমুক্তং খঙ্হনবীখো। চান্নরমত্রগা করি তৌ-গদগে হায়ব'হু কোম্না হায়জরমগে।

—য়াধেম্না কৌজে।

—সুরজীৎনা য়াধে হায়বহু নত্রা ?

—মানি। করি নিংশিংবিরমগদবা লৈবগে ?

মতম'হুদদি ঐ জ্ঞান তারে। লমলাম্বা পাখং অমনা শক-খঙ্দবী অমদা করম্না সুরজীৎকী মমিং হায়া হায়দোক্লদগে, শোয়দনা সুরজীৎকী মরুপ ওইরম্বা তাই। ঐনা খুমই,

—মানি হোয়।

—অহ্ন ওইরবদি ঐন ঙায়জরমলিবা মীশক'থুম্ন অদোম্নি।

—করি হায়বিম্নমগদবা লৈবগে।

—হায়জরমগদবা নত্তে, পুবিখিগদবনি। চিঠি অসি অমুক্কং পায়শিনবীখিবা য়াগত্রা ?

—স্নুরজীংতি করিগী লাকত্রিবনো ?

—মরম'পুম্বা চিঠি'হুদা য়াওরবনি।

(চিঠি অহু লৌশিল্লে। অহুগা অমুকসু হংলে।)

—পরিক্ষাদি কমদোঔবগে ?

—মহুস্নু য়াওরবনি।

মখা তানা অমুক হংনিঙাই লৈত্রহুনা ঐস্নু জুমিন লৈরে। টাটি য়ৌশিল্লক্লে। মাদি অতুম ইমরক্লি। ঐনা খল্লি—হায়রম-দবা য়া লৈরিমাল্লে। অহুদগী হংলে,

—অত্তে করি হায়বিম্নমগদবা লৈরিবগে ?

—খোয়দোকপা লৈজত্রে অদোমগীদি করি লৈখিবগে ?

—রাহং'হুদ ঐত্তোন্দা হংবীগদবা নত্তে। মহুগী পান্নীকুম-পীগদবা মীশক অহু ঐ নংচদে।

নিপা অহু থরা ইকায়রপ তৌরে।

অহুবু কমলাগী মহুত্তা ঐনা রাহং'হুগী পাওখুম করম পীরগ-দগে। কমলানা হায়নিংলমগদোবা অহুগ: ঐনা হায়দোক্লম-দোরিবা অহুগা শোয়নরবদি করম তৌগনি।

অহুদগী— য়ারোবীবা য়াদে, চংচরে-হায়রমলগা সাইকল তোংখত্তুনা খৌগৎল্লে। ঐনা খলহৌই--নিপা অহনা ঐবু শাউরমলগদ্রা ?

নিপা অহু নংগী মরুপ্পী হায়ব'হুদি মানা পাওখোক্রমলিবা থবক অহনা অহুম খণ্ডহল্লে। অহুবু মশক্তি অমুক্তা উথিদ্রি।

---

## ৩শুবা শরুক

ঈশিং শোকপ. হেক হল্লকপগ অমুক পন্থবা তৌরমদনা কমলাখোয় তাম্না ঐ চৎলে। পুক্কিংদা—নংগী চিঠিগী মরোল তারগা চাক্লবা কমলাগী থম্মোয় মৈচাক কোকথিবা ওইরসহু খনখি। অসুম থম্না থম্না লাকপনা কমলাখোয় য়োরে।

অহুগুম্ব: মতমদা মথোয় য়ুমদা চৎজু-থোৎলুদবা ফনা কুইরবনি। অমুক মুংখিলদি মাহাক ঐহাক ঙায়রাক লৈতনা উটৈ। ঐনা লাকখোক্কনা লাকপা অহু হেক উবদা, নংগী নপাউ-তবু ঈথৌ লাংনা ঙায়জ্জরীবী মানা, মাঙ্গোলদা রুমাল লোম্বুনা লৈরম্বদগী চেহোরক্কুনা ঐবু তরাম্না ওকখি।

কমলানা সুরোবু ঙায়জবদি থরোনা থাজ ঙায়জবগুম্বনি। কোয়ৌ মৈশা লাংলুরবা তাইবং লৈরাং কয়ানা নোংমদোল লিক্লা ঙায়জবা'হুদগী তাবা নওে। পোথাকম থঙ্জ্রবা মাগী থম্মোয়রবু ঐগী য়ারী য়াতাই কয়ামুক্তা খেমজিম্বুনা ইংথহনবা। হায়-বসি ওয়াংতগী নওে। ঐনা হায়খি।

—করি'মত্তা লাক্লরগনু কমলা, পাউ লাক্লে। নংতনা রাবা নত্তে, মীসু হ'রক্তমদনা রাস্নীবনি।

—মাবু লাক্লমত্রনে রাথে, করি করি হায়রম্বগে।

—লাক্লমলগবু ন'বু উৎররমদনা চংখিগক্লা? নশক হেক উত্রবমথৈ লম্বী অসি কুংপমথৈ চংপ'ছুদি। লাক-লমদে ঐথোয়না অমুক্তসু মশক উথিজ্রিবা থাগী মরুপ অমনা চিঠি অসি পীরমই। সে, লৌশিনজহৌরোগে নপোংনি।

"লাকলমদে" হায়বা রাহৈ অতু তাবদগী অমুক ইশুক শুকথক্লে। ঐনা হায়রে,—চিঠি অতুতদি পাখো, অদুগা নোকে হায়বসু নোকউ, কপকে কপউ।

চিঠি অতু মানা লৌশিনখ্রে।

ঐনা হায় "চংলগে কমলা, হুমিং তাশিন্নকদৌরে"।

মানা ঐগী খুং কারহুনা—"ওায়খোবা রাথে করি হায়-রকপগে, য়েংমিন্নখিসিবা"। ঐনা খুমই, "হোয়, পাগে হায়রগা খরা থুনা পারোসে, মরোল অতু তারগা ঐসু চংচখ্রগে, হয়েংদগীদি নশক ফাওবা উগে ফংলরোইদৌবনি।

মস্নি মস্নি তৌশিন্নক্রবা মতমনি। ঐথোয়'নিমক মাগী ছুমকন কা-মোমদা চঙ্লে। থাওমৈ থাঙংলে। ইমুং'হুদা কনাসু লৈত্তে। কমলা চিঠি পাবা হোক্লে। ঐসু না থাক্কংহুনা তারি। মথং

মথং অসুম পাথরকপদা নংগী পরিক্ষাগী পাউগী মতাং অহু য়োরকপদা থগু লেপ লেপপথোকখ্রে।

ঐনা হংই,

—করি তৌরবগে অমুক লেথোকখ্রবদি?

=পাশ তৌরে'য়ে।

—হোয়নে, মহুগী শুংঙায়'বহু কোম্না কোঙদোকসিনে,
মথান্তম চথরকউ।

ঐগী রাঙাং'হু তাবদা মাসু মোমোন হায়রপ নোকই। অহুদগী মথা চথনা পাথরক্রে। অহুবু, পিক্না পিক্না অসুম তপথখ্রে। মথোল থোক্লক্তে। করি তৌরবগে তুমিন লৈখ্রবদি, ঐবু তাহনিংল্রব্রা?—ঐনা হংই। মহুসু মাদি তারমখ্রে। "রাধে" হায়হুনা শাংনা অমুক্তং কৌর মলগা লৈমায়'থক্তা তুখ্রে। করি মরোলদগী রহ্খ্রিবনো—থগু নিংলহুনা মাবু ঙায়হাক হন্দোক্লুনা থমলগা চিঠি অহু ঐনা অমুক পারে। মানা রাহ্‌-খিবগী মরম'হু অতৈ অমনা ওইরমম্লে, নহাক্না মণিপুর থাদোক্লুনা চংখিবগী পাউ অহু থেংনরকপদগীনি।

সন্সোরগী শুংঙায়বা হায়বসি কুইদে। নংগী আশাদা মানা কয়া য়াম্না শুংঙায়রম্বা পুন্নমক রাহৈ'মত্তগী চৈথেংদা কমলা রাম্হন্‌খ্রবতি। কম্বীথক্ত হিংনা ঙৌরবা লেমলৈনা ফ্রিঙ ফ্রিঙ চোংবগী পাম্নমগুম, মাগী খোঁনাঙগী শুংশিং লম্বেলদা কোঙ-কমঙ্বা 'রাবগী মপৈ মপৈনা কৈগাক থিংলুনা লৈথিরনা রয় খাঙবা হোনখিদবগুম তৌখ্রে। উপায় লৈব্রবী ঐসু উশিং

লৈত্রগা লমদা লৈবা ঙাগুমথে। কে'ক থক্তা খঙ্‌হৌদনা ব্রজ তারকপগুম হায়নিংঙাই লৈতনা ঋাখ্রে।

হয়া য়েংবদা কনাস্তু উখিত্রবা তানকম অত্তুদা কনাবু কৌরুনি, করিগনি হায়না কৌগনি। কৌরুত্তনস্তু অথুবদি নংগদবা লৈতে। মনা মনিল নাইবা য়াবা ৱাকমস্তু নত্তে।

মনা মনিল নাইবা য়াবা য়াকম নত্তে—হায়হ্নুা নংগী নকমদা খঙহন্নিবসি, নংনা খঙলিব'ত্তুগা চপ মাম্নৈ।

হয়া মুক য়েংলুবদদি, মাগী কুচু কুমেন কাওবা তায়কেৎ তায়শিল্লম্রে। পুক্লিংদা চীংনবস্তু পিক থনগ্রে। উপায়দি লৈত্রব-বনিনা চাকথুমপোমদা চনশিন্দুনা ঈশং থর তনলৌ লৌক্লরে। মমায়দা থর খিকপীরে, লরাইদস্তু থরা হাপ্পিরে। মিকুপ থক্তা লৈরগা, শাংলবা তুংশা শ্বর অমত্তুং কুইনা হোপ্লোক্লম্লগা অমুক তুমিন্ন লৈখ্রে। কমলা'সিবু শিরবা হায়বত্তুরনে। কিখি কিক্কম্লা মশা অত্তু পায়ত্তুনা যেংলে। ইনিল লৈরি। ঐগী ৱাখলনা লাল্লম্রে—কমলা ৱাম্বরীবনি। মাগী লুমলব, মশা অত্তু লৈজব উপায় পুখোক্তুনা কমুং মথক্তা থাঙ্গংলে, নিংখিগা য়াতাহক্লে। শৌগৎলক্লিবা হুমাংগী মরিক মরিকশিং'ত্তু কিক্তৌনা নপথোকপীরে। মথুৎ মশা'ত্তু নাম্বরীরে। মত্তম অত্তু কাওবদা কনাগুম্বা অমত্তম্ন লাকপা লৈত্রি। মাবু লাইকমবা হোৎল হোথনা শাউজন্না চিঠি অত্তুদা ঐনা য়েংই। থোয়দৌ'সি খিংপ্রত্তনা মত্তবু শোগায়হনা মাঙহনপ্রসিম্না, থম্নুরে। মরমদি মত্তনা কমলাবু ৱাম্বহনখিবনি। অত্তবু, ইপোম্ভি নক্তপনিনা মত্তন্নু ইচং খৌকা তমখিদে। চিঠি'ত্তু

মাগী মোন ময়াদা থম্বীরে। গতি লৈত্রহনা, কনা কনা লাক-পগে, অরাকপা অউব, অমা হেক্তা কোরগে, তাঞ্জা ভারহনা লৈরে।

মমশিনবদি অস্তুম অস্তুম .হল্লক্রি। যুমদনা করি হায়রমগদগে মণ্ডল মণ্ডল থল্লকই। মাবু ফিভম মতা অহুদা চুন্দোক্তুনা লাকপস্নু য়াত্রবনিন, থোক্লবা হায়বতু মঙায়রে থন্দুনা অতুম লৈরে।

অস্নুম্না থঞ্জানরিঙৈদা লাইবক কবনা হায়গত্র', থিবনা হায়গত্রা, মথোয়গী মমা'হু কোঙ্হোংগোমদা চঙলকপা মমি শামি ওইনা উরে। পুক্লিংদা তরেং তরা থোক্না, ওইবা য়াবা, কয়া-মক্লম থল্লি মক্লম অহ্দা, মতম'তুদা মতম চাদনা লৈরম্বগী মরম হংলক্লবদি করি পাওথুম পীগনি। মসিমদি থরহুম লায়রি। অহুগা, কমলা'হু করিগী রাম্হরিবনো, কৈদোবগীনো, কমদো-ননো, ঐহাক লাকপদগী রাম্হথিবরা? রাস্তহনা লৈরম্বদগী থেংনক্লথরা? অস্নুম্না হেক মহংজম্নক্লবদি করি পাউথুমনো মতম'তুদা ঐনা পীগদবা। অশেং অশেংবা হায়দোক্তুনা ইশাগী মথৈ কম্নবা হোংনগত্রা? মহু ওটরবদি, কমলাগী ইজ্জং মাঙহনবা ঐস্নু য়াওরে, শোয়দনা হায়গদৌরি। লৈশাবী অমা ওইনা বদনামদি ঐস্নু য়াম্না কিজৈ।

নংগী মমমগীদমক কমলানা অরাবা অহু নংলিবনি। অহুম ওইনমক মাগী অরাবহু হাকথেংননা উক্রিবদি উপায় লৈত্রবী ঐতনি। হয়ানবদি চেনখ্রবস্নু, হয়ানবা অহুবু উহৌবা মীশক

মতদি, হুয়ান-খোজুল লিম্নবগীদমক্তা মকম'হুদা, খুদক অহুমক্তদা শোয়রনা মচিপ হংম্নবা কাবা তায়, খনবদগী ঐস্নু নাথৈহুনা থুমলগে খল্লে।

তাঞ্জা'হুদা মমাস্নু চুরী মখা য়োরক্লে। মথুত্তা পোং ময়োম মচা অমস্নু পায়রকপা উই। মচিন্দা শোম্লি, ধূপ থাওমৈকা অমত্তা কংত্রব্রা করিনো। অহুগা মখোল খোক্লা কৌরকই— কমলা', কমলা। মত'হুদা ঐনা চেম্হোক্তুনা থুমই,—ইমা কমলা মশা ওমত্রে হায়রহুনা হিপ্তুনা লৈরমই। অমুক্তা মাগী মনাক্তা চংবীয়ু। কৌবা ওাংবস্নু ইথুম থুমদে। ঐস্নু হৌজিক্তা মঙোন্দা ক'রিগুম্বা অমত্তং হংগে, লাক্লম্বনি। তৌকম খঙত্রহুনা লৈরম্লবনি।

ঐগী য়াহৈ'হু তাবদা অমত্ত পোকচবী মমা'হুদি মিহুল চেংগুম চেনগানখ্রে। পোংয়োম অহু মাজোলদা হুন্দোক্লম্লগা কমলাগী তুমকম কা-রোমদা চেনশিনখ্রে। মমাগী মতুং ইন্দুনা ঐস্নু চঙ্লে। মমানা মশা'হু নোম্লহুনা কয়ারক হম্না কৌই, মাদি মহুস্নু তাবা লৈখিত্রে। অমুকা হেম্না থকৎপ্রহুনা মমানা হায়রকই— মখোঙ্'সিস্নু পুমইং হৈংখ্রেনে, য়াথে, ইবেম্মা নং ঙাইহাক্তদি লৈরমখো, ইমা মাইব'মা অমুক্তা কৌরুখিগে।

কনাস্নু হম্না য়েংবদা উয়কত্রব'হুদদি চংথোকখ্রিবা মপু-রোইব'হুবুস্ত হম্না কয়ারক চৈখ্রে। অহুগুম্বা পাইরক পাইথুবী থবক অহুদি মুমিং থা অককনবা লৈতবনিনা কমলাগী মপাবুংস্নু চথোকপ্রমাল্লে। অস্নুম্না থোকনি হায়বদি কনানা হায়বা ঙম-গদগেদো। ঐতস্নু ওইদবা কয়াম ঙাংপ্রবনো। অহুবু মীগী

উপকার তৌবদা শিজিন্নগ্রিবা নমথক্কী পাউথুং কয়াতুদি মরাল থোরনা চাওরিরোইদ্রা—ঐনা থনজে।

থরক হুঙংগ্রবা মমা অহনা মাইবা কৌবা চংলমদাইদা শোল্লমই— অমুক্তা অস্রম তৌবা হায়বত্থ খওজদবনি, করি মতৌনোনে ওসি তৌরিবা'সিবো।

হাংলবা মিকুপ অসিদা কমলানা উতুপ তাবগুম লৈরিবা মতৌ অহু উরুবদা ইতোমত থনজখি—মীওইবা হায়ব'সি করিস্থু লৈতে। লাইজমুংগী লেমলৈ ওাগুম্বনি। কালেনথা ওইরক্লে, মুংশা শারে, ঈশেং কংলে, লেমলৈগী পুন্সি লোয়রে। নোং-দম্বা বিথিনা পুনিংবা মাহকৈদা ঐখোয়বু পুহনা চংলি। সুরেগী কমলা, কমলাগী সুরে', কদায়, ওসিদি ইচেল ফাংলবা তাই-বংপান'সিগী কায়ন ঈরৈনা তোথায় তোথায় তুরেলগী কাওশিংগুম পুরেদো। কদায়দনো মুংশিবা, কদায়দনো ঈশ্বরগী থৌজাল।

রাখলগী লিচাংনা ঐবু কাওবা ওন্থোকপা মঙ্লানগী তাইবং অমদা পুশিনবীরে। করি তৌগদগে হায়বত্থাদ্ থনকম খঙখিদ্রে।

শরক অহুদা ঐখোয় ইমান্থু লানটেন অমা পায়রহনা কা অহুদা চঙওক্লে। মী লাকপগী শীক্লবা মাশোন অমত্তসু ফংখিদে। মত ঐনা রাখলগী ইপাক্তা তাওরুবা অহনা ওইবা তাই। ইমানা হংলকই;

—কমলাবু করি ওইনা ওথত্রিবনোনে?

য়াম্না চিংননা হ্বা রাকম ওইনা তৌই। ঐ পাউথুম লীকম খণ্ডদুনা ঙায়হাক চঙক্লদুনা লৈরে। ঐনা খুমই, "ঐখোয়'নি অসুম কম্মিনরম্বদগী য়াম্না চোকথরে হায়বম্লগা অদুম য়াম্বত্রে"।

অচুম্বা হায়দোক্লবদি ঐবু কাওবা ইমানা চিংনখিগদেরি। মবম অদুনা ঐহাক ওইদবা হম্না হম্না ঙাংগ্রগনি। ইথাম্ন মখা ত না হংলক্ত্রে। কমলাগী'নাক্তা চঙশিনখিদুনা মরাক্তবক অদু পায়দুনা য়েংগ্রে। অদুগ—মশা'াসদি ওম্মোক্লা শাগৎলেদা—হায়রকই।

ঐনা ঙক্লিবদি ঐখোয় ইমান কমল মশা ঙম্নদবগী মরম্দা করম খণ্ডলমলিবনে', হায়বসিনি। অদুগ অসিমন্থু থাজৈ, কমলাখোয়গী মমানা মাইবা কৌবা চংখিবা অদুগ, ইমানা লাকপা মতম অদুগা থোয়দোক্লা কাম্নদে। লম্বীদা উম্নরক্ত্না পাউ অদি হায়া হায়নরম্বা তাই। মদু নত্ত্রবদি, মতম অদু কাওবদা ঐনা য়ুমদা হম্নক্তবগী মরম্না মাঙ থারক্তমগদৌবনি। "কমলাগী মমাদি কঁদায়দা চংগ্রবগে, কনা অমত্ত লৈত্রা" হায়নম্ন হংলক্লমগদৌবনি।

মমা মপা ওইবশি না মচাগী লমচং খণ্ডদবা হায়বসি কদাটিংনি। মরুওইনা মচামুপী ওইবশিংগী লমচত্তি মমানা হেম্না খণ্ডগঙ্লি। ঐগী লমচং শাজুংমু ইমানা চপচান্না খণ্ডই। অদুবু, কমলাখোয়গী মমাদি মমা নত্ত্রা? মানদি কমলাগী লমচং খণ্ডবা ঙমলমলোইত্র?

চয়োল অমুকী মমাংদা, নোংম অয়ুক অমা কমলানা ঐথোয়দা লাক্লমবা জুমিং অত্তদগী ইমানা কমলাবু চিংনপ্রে হায়বসি ঐ খঙ্গ্রবনি।

ঙায়হাক অস্থম লৈরবা মতুংদ মমাগা মাইবা অমগা তুংথ মাংথ চঙ্‌ঙক্লে। ঐদি পুম্নমক অহু কুম্মৈ ওইনা য়েংবা নত্তনা করিস্থ উপায় লৈখিদে।

কমলাগী মনাক্তা মাইব'হু ফমথপ্রে, খুদাং মিহুল য়েংবা হোৌপ্রে। মাগী মঙা তাগদোবগী ঙায়নবদা মফম অহু মিকুপ থবদি ঙন য়াইমুক চীকপ্রে। মাইবনা হায়রকই "করিস্থ তৌরোই, ইবেম্মা, সুংশা থরুস্থু, করিগুম্বা থুকৎপা পাখৎপা অমদগী হেক্তা তৌখিবা জাংনি। অত্তবু থরদি মরৌ তৌবা অনাবনি, নিংথিনা অমুক্তং য়েংশোকহনবীবা চুম্মি"। মতু তাবদ মমানা হায়জরকই, "খঙ্গদে তাদা, মচা অসিস্থ থরা ফম্লবা য়েংবীয়ু, অরাম্নন মত্তিক চানা কৎচগনি, কম্লিনো হম্দক মরক অসিদা মাগী মশা'সিদা তৌরিবসি হায়ফম খঙ্গ্রবনি। চাক ঈশিংস্থ মহৌশাগুম চা-থক্ত-খিদ্দবস্থ কুইরবনি। ওনিং ওনিং তৌই, পুক থুক থুক লাওই হায়হুনত্ত মরৈ, মশক মচুস্থ ইথোক থোক্তে, ডাক্তর অমা কৌহুনা য়েংহনসি হায়রবস্থ য়াবা লৈতে। করিস্থ তৌদে হায়হুনত্ত মরৈ"। মাইবনা খুমই "অরামনগী য়া নক্তে ইবেম্ম, ইবুংদি, হিরম অসিদা থোইনা মায় ওনশিনবগা ঙমদবনে, ইথৌনগা য়াম্বনে ঐনা য়েংহুনা থোইদোক্লা ফল তারোইদা। হায়রি হায়রিক্লা

পুস্তক অহ্ লাইনা অসিগী হোনবীনি, মিহুল থাহল করিস্থ অকায়বা লৈতে"।

ময়ুম পাল্লবা নুপী অমা ওইরম্লবদি মাটবা অহুস্তু অশেংবা হায়বা ওমগদবনি অহুবু মাস্থ মপুক্ত' রা থরদি লোৎপা উয়ে। মহুনা য়ানিংদবা কোংদোক্লিবনি। মসি ঐতন থঙ্গবগী রানিং মাগী মপুক্লিং ঐনা থঙ্লুবগী রাকম নত্তে।

মাইবগী মরা অমস্থ তারে। "করিস্থ তৌরোই হায়রবদি, হয়েং অমুক লাকপা হায়বহুনি", ইমানা হায়। ঐঙোন্দা ওন-শিল্লক্ত "চৎলসি, ইবেম্মা থে'ত্রে, য়ুম মী কনাস্থ লৈহোদে"। মহুদা কমলাগী মমানা হায়হোৎ, "রাধে অয়ুক ঙায়হাক্তংদি চথোরকউকো, ইচা লৈরম্বা ওম্মোক্লা মুংঙায়ত্রে, অহু নৎলম-ত্রবদি থুদোং চারম্লোইদবনি"। ঐনা থুম্লমই, "লাকচগনি ইমা"।

লম্বীদা অস্থম লাকমিম্নবদা ইমানা ঐঙোন্দা হংই, "কমলাবু ঙরাং নহালতস্থ ঐথোয়দা লাক্লমবগুম তৌবদাই"। ঐনা থুমই, "লাক্লমই"। "মহুদবু মাবু মশা ঙমদে থোক্তেকা হায়রমত্রনে"?

অঙকপা রাহংনি। হোৎত্রবা মিকুপ থরগী মমাংদগী ইমাগী মায়থোংদা হাম্নদগী থরা হেম্না চিংনবগী মমি তাত্রমাম্লে, হায়বসি পুক্লিংদা চিংনত্রবনি। ঐ অমস্থং ঐগী ইশুং ইমাম্নবীশিংগী লমচৎ শাজৎ, ঐঙোন্দগী হেন্দোক্লুনা, থঙবা ঙমলবগি চিংনদনঙাই কম্নি লৈবগে? য়াম্না অয়ুক্কী মুংথিলগী ওইনা জুনা চাম্না তিমরিবস্থ কমলা ঐথোয় অনিদনি। মানা ঐথোয়দা য়াম্না তোয়না তোরনা লাকথিবহু ইমাগী মপুক্লিংদা করিস্থ থল্লমলোইত্রা? থল্লমদ্রা ওইসহু। ঐদি চিংনদবদি ঙমদে।

ঐগী পাউথুমদা থাজগে হায়রবসু থাজসনু, থাজরোই হায়রবনু তোক্লসনু। ঐনা থুমই, "মতম অহুদগী থয়া থরদি হৌরমাল্লে, ওসায় অয়ুক লাক্লমবা অহুদদি মমায় মমিত্তু ইচপ অমুক ঙাংনা ঊথি। ঐসু হংহৌদে, মানসু মহুগী মরমদা করিগুম্বা অমগুসু হায়রমদে"।

ইমা'হু মথা অমুক তানা হংলকখিল্রে। ঐসু ঈশিং অঙাওবদা হোনবা হিগুম অহিং চুপ্পা'হুমা তুকম হিপকম থগুথিল্রে।

ঐন. ওরাং হুমিদাং হল্লকপা মতম অহু ফাওবদি মাইবা অহু লৈহৌরি। মথা তানা করি ঙাংনরমগদগে হায়বহুদি তাহৌত্রবনিনা থগুল্রে। ঐনা কমলাথোয় য়োবা মতমদা পুং ৮ তারমলে। কনা ওয়া চংলুগে থনবনি। অহুবু ইমুং মনুংগী থবক ইনথাং লোয়-শিনবা হোংনরিঙৈদা থেংদোকল্লে লৈকায়গী ইমা ইবেন থরম্ব করিগুম্বা থরা মুগুক মুগুক ঙাংনরহুনা মরী মরী থোক্লকপা থেংনরে, মথোয় অহু ঐনা মশক মুম্না থগুবা ঙাক্কনি। কমলাগী অমাংবা হংজুরগা থোরকপা মাল্লিগ।

কমলা লৌশিং তারমলে। য়াঙাংবা ওমলমলে। ঐসু হেক লাকপগা মাগী মনাক্তা ফমথরে। হৌগৎ-কাংথংপদি ওমত্রি। লাইবা পুম্নমক্তগী থবাইদগী শাথিবদি থম্মোয়গী লাইনানি হায়ন-রিবনি। থম্মোয়গী লাইনাসু য়াথলগী অয়াম্বা পোকই। মাগী মওংদি কেনত্রি হায়বত্ত মঙায়রবা, লৈথোক লোয়ম্নবা লৈয়াংগুম্নি। ঐনা অয়াপন শোপ্লি— ইসঃ ওরাংগী মত্তৌ'হুদি। অহুনা হংই, "থম্মা হুংঙায়কম থগুলব্রা কমলা"? ঐগী য়াহং অহু অচাকপা লৈদা

ঘি 'হৃবগুম থোকলূরমাল্লে, লুপা মহি চেন্থৱকপগুম পিগী মরিক অমা অনিস্থ মাগী মিংলূ নাপোমদগী শিন্থত্রে। মপুক্নিংগী থুংঙাঈ-তব'হু শ্বর থিঙ্গংতুনা খম্লগা হায়রকই,

—য়াধে, ঐনা অমুক হন্ন' করকপগী আশা তৌকরগন্থু। ঐবু শিজ্জত্রো হায়ত্থনা বর থরা পীবিয়ু। ঐ শিজখিবনা হেন্না ফরে।

—অহুক য়াম্না খম্মোয় শোক্লিববু, ওরাং মাইবনা করি হায়রমলবগে ?

—মহু পুম্নমক ঐ অমত্তা খঙ্গেদে, খঙ্বস্থ পামদে। মথোয়না ঐগীদমক কন হোৎনন্নস্থ ঐদি হিংত্থনা লৈবা শুকপাম প্যামজ্জদ্রে।

—শিনিংলে হায়হুক হেক্তা শিবা য়াবা নত্তে, কমলা থরায় পাম্লিবা জীব অমনা করিগী অহুক পীকপা য়াথল থল্লিবনো ? হিংননবা পোক্লিবা নত্র ? করিগী শিবা পাম্লিবনো ?

—ঐগীনি হায়বা লৈজবা পুম্বা মাঙ্গ্রবদবু হিংলুহুনা করি কাম্রথিগদগে ?

—নংগী করি মাঙ্গ্রহুনা অহুক য়াম্না অৱাবা ফোংদোকু-লিংবনো ?

—করি মাঙ্লহুনা হায়বা! পুন্সি, ইজ্জৎ, লোয়না মাঙ্-লবসিদি। মসিদগী হেন্না মমল য়াম্বা করি অমা লৈরিবগে ?

—মনম্তিরুবা নৈতনা পীথোকপ্রবা নপুম্সিগী মমল অত্থ য়োম্মোকপ্রবা মত্থুংদা নিংশিংলরুত্রা ? নৈবা লাকপ্দা য়োম্দে হায়হৌবদি কৈদৌবগে ?

—পুম্সিগী ইজ্জৎ নিলাম তৌরগা মুংশিববু নৈগে হায়ত্থনা তৌরুবা নত্তে। নিত্তি খুদংগী মতম্রা মত্থুতবু "পীরো পীরো" হায়ত্থনা তকশিল্লকপা অত্থদদি "অত্থু মগুায়রে" হায়ত্থনা পীথোকপ্রবনি। য়োম্মোকখিবা নত্তে।

—হোই, য়োম্মোকখিবা নত্তবা অত্থনবু শেল্লেপ অত্থক খিনা মাঙহৌরিবনি। মুংশিতবু হায়রবদি পোৎকী মমল ফংওবা কাউথোকখিবনিনে। কাম্দে, শেনমাঙ কুপথত্তবদি য়াদে। মী ওইনা পোক্লগা, মপোক অত্থ-মগী ললোনবদা শেল তোংত্রবদি, যমনমু নংবু হয়েং স্বর্গদদি লায়রদনা নরক্তা ফাওবা পুশিনবিরোই। রাথল অমদদি তৌদনা ?

—ঐগী রাথল অতৈ অমা নৈত্রে, রাধে। শিজখিবা হায়বা'সিমত্ত মগুায়রে। মসি নত্রবদি পুম্নমক অসিদগী নাম্মোক্লনবা উপায় অমা নৈত্রবনি।

—মত্থুদি হায়গমু। উপায়দি অরাৎপা নৈতে। মহৌ-শাগী পুকৈ লনগৈনিদনা।

মাগী মপুকচেল তক্লুনা য়েংথোক্লগে খল্লহনা পাউখুমগী-দমক্তা রায়গদৌবা, কোচি থাংবা রাঙাং অমুক হৌরখনি। ঐনা মখা তানা হায়খি,

—উপায়শিং'হ্ তাকত্রিবঙ্গী মমাংদা ঐগী য়াহংগী পাউথুম পীখো। হায়মু, "নশক্না নশাগী নপুক্নি, ইঙ্গং মাঙ্-হনজবনি" হায়বসি নং য়ানিংব্রা ?

—ঐগী শক্না কবি ভোরবগে ? মাগী মকমদদি শকী মমল হুম্নখিবা লৈখিদেনা।

—অহ্ ওইরবস্মু, নংগী নশকী লাংদা সুম্মজীৎ থুখিবনি। অমুকস্মু, নংগী খোইহী তৈবা য়াঙাংনা মাবু নংগী খম্মোয়গী বন্দি ওইনা ফাখিবনি। মীয়াৎ শুজ্রিঙ্গৈনা শো হয়ান্দুনা চেনখ্রবনি মাদি।

—মহুদি হায়নভাই লৈতনা লাপ্লি। ঐগী শক্না মাবু কাখিবা নত্তে, মানা ঐগী মাযখোংদা শুমহৎচখিবনি। ঐ য়াঙাংনা মাবু বন্দি ওইনা ফাখিবা নত্তে, শকী ইখৌ লাংলবা মাতম ঐগী খম্মোয়দা চংজক্ম নিখিবনি। ইদোম ইনিং তৌনা শাৎচবী ঐগী ইকমমদগী লৈহী নিখিবা মহাক্নি। থাজরুবদগী পুক্নি কখোকখিবনি। পুম্নমক্ মাবু হুংশিরুবদগীনি, ঐগীনি থল্লুবদগীনি। ঐগীনি থনখ্রবা মাগী মকমদা লৈজবা থুদিংমক পীখোক-পদা করি অকাযবা লৈবগে ? মাবু ঐনা নমহুনা বন্দি ওইহনখিবা নত্তে। মশানা য়ানা ওইজখিবনি।

—করে, পীখোকখ্রবদি পীখোকথ্রে, শিত্তোকখ্রবা তৌদ অমুক হজিল্লকউ য়াররোই। অহ্গা বন্দিশংগী খোদি নশানা পায়জহৌবা নত্রা ?

—থাজরুবদগী মাবু শো লোম্দুনা থমগে থল্লুদে।

—চেকশিলহৌদবা অদুনা ওসি নংস্থু সম্মাজগী মীনোক লাংদা থুগদৌম্বিব'সিনি। অদুবু নংনা মাবু অদুক য়াম্না থাজ-রুম্বিবদি করিগীনো।

—থাজরমদ্রবদি মাবু করিগী হুংশিরমগদগে। হুংশিরম-দ্রবদি মঙোম্দা লৈজবা'পুম্বা করম্না পীথোক্রমগদগে।

—হৌজিক মতম'সিদদি মীহুংশি থঙবতনা মমাঙলবনি হায়বসি নংনা খঙহৌদবননি। অদুগা তৌওম্বা বন্দি অদু'দ নংগী ইজ্জৎ মাঙ হল্লম্লগা তুমিন চেনগ্রে। নংনা মাগী মৈরীদ নশামক মৈরাম্বী ওইজগে থৌরাংলিব'হু লাম্রা ?

হম্বকী রাহং সিদদি মাস্থু পাউথুম পীবা ঙমদহুনা খঞ্জান-হুনা লৈরে। অদুগা হায়রকই অচুম, "অরানগী বিচারগীদমক্তি অজম অঙান থায়রীবা ঈশ্বর লৈরি"।

ঐনা উরে, মা মথা ত্তানা ঙাংবা ঙম্বগী মাগী পাজল লৈত্রে।

---

## ৪শুবা শরুক

অস্নুম্বা ভায়হাক অওক অথোং ত্তৌদুনা রাম্নী শাম্নরিঙৈদা কমলাখোয়গী পাবুংগা লোয়নদুনা ডাক্তর অমসু লাকপা উরে। মত্তুদা ঐনা হায়,

—অচুম অরান থায়বিরগদবা বিচারপতি লেণ্ডক্লে, কমলা।

—কনা লাক্লগে ?

—ডাক্তরনি। ওরাংগী মাইব'ত্থু'দ কৈদৌথ্রেবগে ?

—মত্তুগী মরম ঐ খণ্ডদে হায়থ্রব'ত্থুনি।

—হোয়, নং খণ্ডত্রবসু খরগী মথৈদ ঐ খণ্ডই। ঐসু নংগী নাক্তা কন কুইনা লৈরমই।

—করি করি হায়রমবা ত্তাহৌবগে ?

—মরৌ লৈবা অনাবনি ডাক্তর অমা য়েংহন্নু হায়রম্বনি। মাইব'ত্থুদি মথৌ শংদে, মানা য়েংবদা কন ত্তাবা ওনপোইসু হায়রম্বনি। মরম অত্তুনা ডাক্তর কৌকবা ওইরিগনি। মখা অত্তুদি ঐসু ত্তাহৌজ্রে। ঐখোয় হমাস্ন লাকলবই। মহাক্তা লোয়নত্থুনা ঐ অত্থুম চংলে।

—করে কৈদৌরদগে।

—করিসু ত্তৌই হায়বা নত্তে অত্তুগা নংগী পুক্নিংদ, করি-গুম্বা অমত্তা চিংবা পোকত্রা ?

—চিংনক্কুনা কায়কম লৈত্রবনিনা করিসু চিংনত্রে।

—ঐনা হায়বদি ডাক্তর অসিনা নংগী মিহুলদং য়েংবদা অয়োনবা পুম্নমক হেক্তা কাগ্রগদৌবনি।

—মহু ওইরবশু কৈ, তাঞ্জা কংলগনা শিব য়াব হু খরা কংবা ওমর্বা য়েংহৌগনি।

—মহু য়াবা নত্তে। তুমিন লৈরে', ডাক্তর চঙ্‌ঙক্লে।

ডাক্তর অহু কমলানা হিপলিবা কা অদোমদা চঙ্‌লক্লে। ডাক্তর লাকপগী মখোল তারমাল্লে, ওস্যায়মথৈ ইমু-মচুংগী থবক ইনখাং তৌহুনা লৈরম্বী মমাস্থ থোরক্লে। কমলাগী কমশেম্নবীদি ঐনা ওইরক্লিবনি।

ইমুং-মচুংগী মী শারহুনা ঐশু অমগা অমগা লাম্থোক লানশিন তৌবহু য়াওরে। কমু' মনাক্তা থারিবা চৌকি অহুদা ডাক্তর কমথখে। মমানা খুয'দ কমই। মপাবুংস্থ মনাক অহু-রাইদা অহুম মোরা অমদা কমলহুনা ডাক্তরগী য়াকা ওায়রি। হকচাংগী অইং-অশা ওয়নবা যন্ত্র অহু পুখোরক্‌ুনা কমলাগী মচিন্দা উরশিনহনব্রে। মহুনা মাগী খাইদগী ইহান হাম্না তৌগদবা মখৌ ওইরমাগ্রে। খুদাংখড়ীগী থোঙ্‌চংকা কমলাগী মিহুলগী তাম্বাগা চাংদমুনহুনা য়েংলি। মিনিট শুরহুনা মহু লোখোকপ্রে। থাকঙুনা য়েংব্রে। অহুগা হায়রকই—হৌজিক্কমক্তি নোরম্বেলদা লৈরি। মখা তানা য়েংখবা হৌব্রে। মরৈ তিংথোকহনব্রে। মশিং-মনা কাওবা কুপথনা য়েব্রে। খুদাং মিহুল য়েংবা হৌব্রে। মহুস্ত লোয়ব্রে। ডাক্তরনা, লাইশক-লাইওংগী পাদম লাকপা হৌব্রে। লায়না মশক খঙ্‌ব্রে। হায়দি হায়দোকপ্তি। করি হায়রক্লদগে হারবহুগী মমা অমসুং মপাবুংদি মম্না কাহুনা চেক মুক হায়দমথৈ ওায়হুনা লৈরি। ঐশু য়েংই। অহুনা ঐদি

মীপাইনা য়েংই। ডাক্তরনা হায়রকই—ইবেম্মগী হার্ট'সি শাথিনা শোল্লে। অসিগুম্বা অসি রাখলদগী থরা নম্না থোকল্লি। ফকচাং ফত্তবগীসু মসিনা মরম অমনি। অহুনা মপাঙ্গল অসি কনথং-ননবা হিদাক-লাংথক থরদি চাবা তাই। অসি হায়রগা কমলা-রোমদা ওনশিন্দুনা—ইবেম্মা! হিদাক চাবদি হৈনরিনিদনা? ডাক্তরগী মমাংদা ইকায়রপ তৌনা কমলানা খুমই—হৈনৈ। অহু ওইরবদি থুনা হেক্তো ফরগনি রারুগমু—ডাক্তরনা মখা শমথরকই। মপাবুংলোমদা ওনশিন্দুনা অমুকসু হায়রকই—নচা ইবেম্মগী মশাসি ঈ ইপেং-শেংদে, রাংসু রাংলে।

মখা তানা করি হায়রকথিগদগে হায়বহু খনবদা ঐদি ইথক থগৎপ্রবনি, অহুবু মতম অহু ফাওবদি করিসু চিংননিঙাই ওইবা রা অমত্তসু হায়রকত্রি।

মপাবুংনা হংই—ঙসিগী ওইনদি করি তৌবিরম্বা তারিবগে।

ডাক্তরনা খুমই—ঙসিগী ওইনদি মশা অসি কনথংননবা হিদাক কাপচরমগনি। হায়রিবা অসি ঙসিদগী হৌরগা ফুমিং নিপালনিঙুম্বা লেপ্পুনা কাপ্পা তায়।

মমানা খুমলকই—ফগদবা অহুদা তৌবিয়ু ডাক্তর বাবু।

অহুদগী হিদাক মখিং ইবা চে মচেং অমা মপাবুংদা পিরেে অহুগা হায়রকই--হৌজিমকপী ওইনা অহানবগী অসি লৈবীরুদবা যাত্রে। থরা রাবীবা তারে। ঐ ঙায়জরমথিগনি।

"এঃ তৌকম থোকপনি," হায়রম্নগা মপাবুংসু হিদাক্ক লৈযা চংখ্রে।

মরক অসিদা ডাক্তরনা মরো তৌনা হংলকই— ইবেম্মা'সিবু কনানো ?

মমানা খুমই, "ঐগী ইচানুপীনি ডাক্তরবাবু"।

কমলায়োমদা ওনশিন্দুনা অমুক হংই, "নশা নুংঙাইতবা কয়া কুইরবগে, ইবেম্মা" ?

কমলানা'চিংমনা খুমই, "পংকুই কুইজরি"।

ডাক্তর অতুনা মমিত্তুনা অর্থ লৈনা য়েংলতুনা অমুকস্ হংলকই, "লাইরিক্তি কয়াগুবা তয়রবগে"।

কমলাগী মমাস্ত পি, ইউ, সি হায়রবা থোক্তে। ঐনা ওক্নুনা খুমলে, "পি, ইউ, সি তমলিবনি"।

ডাক্তরনা হায়রকই, "অসিগুম্বা লায়না অসি লাইরিক লাইশু তম্বীদনা থরা নম্না থোক্কলি। অতুগা ইবেম্মা, করিগুম্বা নুংঙাইতে হায়রবত্ নশানা খঙ্জরবদি, থুনা ডাক্তর অমা লনাই ওইনা তানহৌ, কুমজিন্দুনা থম্নবদি অকবা করিস্ ওইরোঙ্"।

কমলা করিস্ খুমখিদ্রে।

হন্দক্কী ডাক্তরগী য়াঙাং অসিদদি ঐস্ থরদি শাউনিংবা পোকই। মরমদি ঐস্ ছাত্রীনি। অতুবু থোইনা কা-হেমদি শাউনিংলুবা লৈতে। মরমদি ঐগী পুকশুংদ. অমকপা অমত্তস্ লৈজদে।

ঐনা খল্লি— ডাক্তরগী য়াহং মতাক্তনদি, য়াগী মমিং মনা শিংবা মত্র অতুনা কমলাগী ইজ্জৎকী অয়োনবা মিহল অতুবুস্ থেংনরমাল্লে। ডাক্তর বাবুস্ মরু লুকখতুনা লৈলে। "মমানা

মচাগী লমচৎ খঙদবদগী, মচানা মমা মপাবু কয়ামুক লায়না নমথাক তৌরবনো", হায়দুনা থনবমক হেক মাল্লি। মসি ঐনা চুম্নত খঙ্গবগী য়ানি। মতুমক ওইরমদবসু য়াই। অতুগা মীনা হায়নবা অমদি নৈকো, মতুদি— মায়থোংনা মীগী মপুকচেল তাকই।

মমাসু চা লোম্লুখিগে হায়দুনা চঙ্ক্রে।

মরক অসিদা ডাক্তর বাবুনা মাগী বেগ মজুংদগী নোংদারনা য়োম্বা হিদাক গুলি অনিথক অমুক্তদা চাশিল্লু, হায়ৎনা পীরে। টেবল মথক্তগী ঈশিং গিলাস অতুসু লানশিল্লে। ঈশিং য়াউম অমগা লোয়ননা গুলি অনিহু অমুক্তদা কমলানা চাশিনখ্রে। নৈতোন্দা পকহৌবা গুলিগী মহাও'হু য়াম্না থাবগী নাওংদা মউে অহু নিকলপ তৌনা থাঙ্ই। ঐসু মাগী মওং অহু উবদা য়া চিকশিন্দুনা থাঙ্লে।

ডাক্তরনা হায়রকই, "গুলিকা চাবদি য়াম্না হৈরম্রবা পোৎনিদনা"।

ডাক্তরনা হংলকপা, ঙাংলকপ ঙাঙাং খুদিংমক চিংনিঙাইগী চিংনিঙাই ডাক্তনি।

করম্বা গুলি ওইরিগবা হায়বহুনি ঐসু খঙ্ক্রি। নোংদার মচৈৎ অহুদি নৈবাক্তা তাহুনা লৈর। করি করিদা কান্নবা গুলিনো— হায়দুনা ঐনা হংগে খঙ্গানরিঙৈদা হিদাক নৈবা চংথিবা মপাবুংসু থুংলরে। হংবা নংহৌক্রে।

অমুক থিম্বা তৌদনা ডাক্তরনা মশা কনখৎননবা হিদাক কাপক্রে। মাগী মথৌ লোয়ক্রে। মমানা চা পুহুনা থোরক্রে।

ডাক্তর অহু চা থকজি। থকলিঙৈ মতুং অহুদা মপাবুংনা অরা-মলসু কংথ্রে। মমানা, হংলকই "হয়েংদি কয়া ঙম্না লেংবিদ দগে ডাক্তর বাবু। ডাক্তরনা খুমই, 'ঐদি লাকচরোই, ঐগী ইহুন্না হিদাক কাম্নগীদমক কনপাউন্দর অমা থাজরকনি।"

ডাক্তরনা চংলমদাইদা হায়রমই, "করিসু ভৌররোই ইবেম্মা, রাথল অহুক য়াম্না সুংঙ ইতবা থলদুরগনু।

মপাবুংনা ডাক্তরগী বেগ অহু পায়রহনা থিদোকখ্রে।

ডাক্তর হেক ?েকা?বগা, ঙসায়গী গুলি য়োম্লবা লোংদাম অহু ঐনা খুঙংতুনা য়েংই। মুমদি পাহৌই হায়ববু চিনবাদদি হায়দোকপা ঙমদ্রে। ঐগী ইত্তৌ অহু উবদা কমলানা হংলকই, "করিগী গুলিনো রাথে"। ঐনা খুমই, "ডাক্তরগী হিদাকপু ঐনা করম থঙগদগে, 'সিদা থারিবা অসিগী অর্থদি অমত্তসু থঙদে"। মানা অমুক পাগে হায়রকপসু য়াই, থন্নহন: শ্র্ শ্র্ নোইহত্তুনা মাঙহল্লে।

ঐনা খন্নি, "লৈশাবীগী লায়েংবা লীকপদা, ডাক্তরনা অসি-গুম্বা হিদাক গুলি অসিসু পুবোইরে"।

ডাক্তর চংখ্রবা মতুংদদি কা অহু কনাসু লৈহৌত্রে। মথোয়গী মমাসু কৌত্ত-চেংগুগী থবক পায়খৎখ্রে। ঐখোয় অমিত্ত মঙার-হোরে। ভৌনঙাইদি লৈত্তবনিনা ঙসায় লোয়শিনখিদবা য়ারী য়াঙাইদু অহুগী মপাং মপাং ওইনা ঐনা মশা অমুক শম্মখরে।

ঐনা হায়, "হৌজিক্তি ডাক্তরনা য়েংলবনিনা নশা অহু করগ-দৌবনি। মহৌশাগুম ভাইবং থোইহু করাগী মীহৌনকম ওইখ্রদো,

হন্দক'মুক্তি মতুদগী হেল্লগনি। মৈহোৌবা পোকপবা থম্মোয়দে নংগী লাংদা থুরবনি। খা মচেৎ শারবা নংগী মুরুবা পিশুম মিংপান তাবা কজবা মিন্না থম্বাল, চুমতক তাবা নাজোন, পিক্কক-চেংক্কপা শুকশম। আঃ করি অমুক হায়রসিবা, রাকচৌংগী গুলাপ কুচুবু শুমজবী নংগী ভঙাং ভঙাংলবা থজাই অমত্তমু মওং কায়ত্রি। কুচুদংদি থয়া তাইত্রা, অতু ওইহুনমু তাইরে তাইনা মকক্তে। শিংলিদা চেনবা ঈ কাওবা উঁরবোই নিংবা নিংথিরবা নংগী চেংলৌ শক্রুম। পুন্নমক হাম হামগী'হু মওায়। নশাগী পাক চাওববু খুংনা চনবা শকয়েং মীংশেল অমত্তং নংগী লৈজরয়বদি, নশানা নশাবু কল্লকচয়মগদৌবনি। নহাক অসিবু কয়ামুক কজবগে, খ্রৈবু হায়জৌ হায়রবদি—চেদা য়েকপা চিত্রপোংকুম্বনি হায়গনি। মীমদি অসুপ হায়নৈদো—কমলাগী কজবদি মচু তয়েংনা পুনবনি। পিক্লবা নোংলিক কয়া'হু তয়া কোয়ৌ মশেক্কা য়ৈশিল্লকপদা চুমথাং থনবগুম লম ওাম্রি। য়েংথি য়েংথিবা মফম থুদিংদা য়েংহুনতা লৈনিংই। ইয়ায়দা থম্বাল চামনিপাললা পুম্বুম শাংকায়রকপদা, মালংগী ইথিল কংবদা মারথোং অতু পুওমদহুনা থয়া খেজ্রোং'খাদা লোংচবগুম ইকায়থিনা ভই। লৈচিল থাংত্রবা অহিংদা, থয়োনা মতায়োই থাজ য়েংহুনা মিংচি মীনোক তমলকপা অতুগা শাগী মীনোকা মানৈ। মথোক কারকপগী হৌনখা ওইবনা চংশদদি কয়া মওম শানজদে হায়ববু, তাশিল লোয়শিনবা ওমজত্রবা নিংহুনী মচোই মচোইরবা, থাজেলা, শংত্রৈগী মনমত নমহুনা লৈপবা [illegible]

অহু পুরহুনা চীং লেম্না লাকপা অহুদি, মালেম লৈমনা ফাওবা টকায়শবোই নিংনৈদো। মীপুম থুদিং চংনা চংনা শিরগদৌ-বোহি থম্নেদো।

মসি পুম্নমক'সি মাগী মপুকচেল হাংহল্লবা হোৎনগে হায়হুনা শিজিনখিবা রাহৈগী লৈতেং ঙাক্তনি। অহুবু মাদি ওস্থোকনা পামজরমত্রমা ম্লৈ। মহু পুম্নমক অরেম্বনি হায়বগী নাওদা ইহৈ হৈনিংত্রহুনা হায়রকই, "শক ফজৈ হায়হুনবু মমল য়াওত্রবুদি কু'র কায়গদগে?

ঐনা ওক্তুনা থুমলে, "ফজবস্থ পামদবা সংসার অসিদা কনা লৈবগে? পামবু পামলবদি পোৎ থুদিংমক মমল নাইদবনি। নংনা স্থরজীৎত পীথোকখিবা অহুদি ইজ্জৎনি, শক নত্তে। নশক্তি নশাগী ওইহুনা মরৈরি। পীথোকত্রবা নংগী পাম্মুজরবা ইজ্জৎ অহুস্থ লোম্না থুংশিন্নখিবনি। কনাস্থ থঙহৌ উহৌবা য়াওবা নত্তে। শক্তি লৈত্রবদি অচুম্বস্থ থুদক্ত অয়ানবা ওল্লি। শাক্তি পীবিগদবা মহাক অহুদি লমদম তামগ্রবনি। ঐনা থঙলিবা অসিস্থ শাক্তি ওইনা চোংথোকউ হায়রবদি করিস্থ ঙমগদবা লৈত্তে। নংগী রাহৈ, রাঙাং-শঙাংদা ঐনা থাজবগী রানি। থাজরিবা অসিদা নংগী চিংনবনা ঙাক্লৌ ওইরুবনি। ঙাক্লৌ অহু শঙ্খোক্লো, ঐবু ফাওবা থাজহল্লস্থ। মহৌশাগুম কে-মৌহুনা অহুম মরৈয়ু। কোলেজদা মীং অমুক চনশিল্লসি, হন্দময়ু'ক্ত নরায়বক শীবনিন শোথহৌরে, মথং চহিদা কানা লাক্লনবা হোৎনরগা খক লোয়রে। চিংননঙাই ওইরিবা হায়ববু ডাক্তর বাবু অহুনি।

মাতনি নিংথিনা খঙ্‌জিবা ।' মহুস্তু করিস্তু লৈবা রাকম নত্তো মাস্থু ঐগুম্বনি, তুমিন্না খঙজখিবনি। নংগী ইজ্জৎকী অয়োনবা অহুবু শস্লোকপদি ডাক্তরগী মথৌ নত্তে। নহাক লৈশাবীনি হায়বা নখোয় ইমানা খঙহনখ্রেদনা অহুগী মতুং ইমা মশানা হিদাক থারমলবা অহুনি। শিদহিদাকী মপু ওইরিবা ডাক্তর অহুগী মথৌদি অনাববু কম্মবা য়েংবনি। মাগী মিংচৎ অমসুং ইজ্জৎকী মথক্তা অরামনস্থু কৎখ্রেদনা। ডাক্তর অমত্তা মী লায়েংলুব-গীদমক বিচারশং য়োই হায়বা তাদবনিদা। অফ--যত্তু খুদিংমকী দায়ি পুন্নমক পূবা ওন্নগনি হায়হুন চিংনবা লৈতনা লাইয়েং পথাপ পায়খৎলমলবনি। মীগী পুন্সি মাঙনঙাই ওইবা রাকম অহুবু উৎনা রাইনা খুমহুনা থম্বা ওমত্রবদি, মহাক ডাক্তর নত্তে। মী হাৎপনি।

অসিমথৈ থদাং চোকপমথৈ হায়রে। মাগী মপুকচেল অহু খরতা ওইরবস্থু ওন্নমলগত্র। হায়হুনা খনবা শারহুনা ঐনা হংই, "নংবু হৌজিকপু শিনিংবা পোকলিব্রনে? রাহং অসিগী পাউথুম মাস্থু পীবা ওমত্রে।

ঐনা অমুক হায়রে, "কামদে কমলা, চৎখ্রব', হৌখ্রবা কৌরুহুনস্থু লাকলরোইদবা হুমিংশিং অদুগীদমক হুংনাংলুরগনু"। থরগা কনশিন্না শকক্‌ম হজিন্দুনা অমুকস্থু হায়রে, "কমলা, নং সুরজীৎ কাউথোক্লবা হোংনৌ"। মসিদা মানা খুমলকই।

—মাবু কাউথোকপদি করম ওমগদৌরিবনো। হুংশিনবী মানা তম্বিরমবলি।

—ওঝাগী চাম্নরবী ছাত্রী শায়বত্ নংনা ওইরে। অদুগা চিনকা পুবা অমসু ও:স্থাক্না কল্লিরে। মাগী যাত্ মত্রনা নংবু ওমহৎলমচুনা চৎপ্রবর্ন। সুংশিবগী পারা তম্বিরমবদগী হেন্দোক্নুনা মাওম্নবগী পারা অমত্তদা হনজিন হনজিন তম্বি-রমবদগী ওসি নহাক কোক্না মোনগা তায়নরিবা'সিনি। কত্তবা অমসুং কত্তবা অচুগী হৌরকফম ওইরিবা পুম্নমক অচুবু কাউথোকপা ওমত্তবদি, মমৈথংদা কত্তবা মরাম অচুনা নংগী খম্মোয়সুংদা মহম শারক্নুনা নপুক্সি অচু খাঙ্থক্তা মাঙলগদবনি। অচুনা নং মাবু কাউথোক্নবা হোৎনৌ।

—মাবু ঐন মপোক'সিমগী কাউথোকপা ওমলোই। মচুগী মহুত্তা, ঐ ইশামক হেক শিজপ্রবদি কাউথোক্নবা হোৎনবগী অরাবা অচু নংগদবা নৈত্রেদনা।

—হিংম্নবা হোৎনবদা রাবা অচুদগী, শিবগী উপায় থিবনা হেম্না লুবনি। হিংচুনা নৈবগা, শিখিবগা করম্বনা হেম্না পামবগে, ঐনা অমুক হংলুবগী কাম্নত্রে শিখিবনা কৈ, হায়রগদবা নত্রা?

—মচুদা ঐ লেপ্পবনি।

—শিগনি হায়ত্রে, হায়খিগনি হায়রবদি থাজগনি। অচুগা হেক্তা লেপ্পে হায়বচুদি হায়গনু।

—ঐদি লেপ্পবনি হায়রিব'সিনি। মসিদা নংনা থাজক্লিবা করিগীনো?

—থাজফম থোক্তবা, অচুনা হায়রিবনি।

—করিগী থাজত্রিবনো ?

মহাক্কী শিবা ওমবগী থোনা লৈরবা জাংলা, য়েংলগে হায়-ত্তনা ওনথং ওনথত্তনা হংলিবনি ? শিবা হায়বসে থবকী ওইনা হেক চথরক্রবদি তরায় তরায়বা রাকম নত্তে। খুদোংথিবা অম-দগী হেক শিখিবা হায়বত্থদি শিনি থওনা থোকপা থৌদোক নত্তবনিনা থরবু লায়রি। মানা হেক শিখিবা জারবদি থওনা থওনা শিবদা মতারি। অত্তবু থাঙ্গেংশেংনা শিবা হায়বত্থ মরেপ্পত্রা ? শিবা ওমবগী পাঙ্গল মাগী শোয়দনা লৈরত্রা হায়বত্থ য়েংগে থল্লি। য়ারগনা মাগী মপুকচেল ওলহনবা ওমত্রা য়েংগে। ঐনা মথা শমথরে।

ঐনা হায়, "পুন্সি, ইজ্জৎ, অনিসিগী য়াম্রবা মমলগী মরমদা নংনা ফনা হায়প্রবদায়। মত্থ থওলিবা নংনা করম্না শিনিংবা পোক্লমগদৌরিবনো ? মমল মশক থওলিবা নংসে, কায়বত্থ থওলিবনি। মসি হায়বদা চিংনিংঙাই করি লৈবগে ? মাবু কাউথোক্লনবা হোৎনবগী অরাবা অত্থ নংগনি থল্লুবদা শিখিবনা হেন্না কৈ নিংলিবা নত্রদো ? পোক্লগা হেক্তা শিরগা লোয়রে হায়বা রাথল'ত্থদি মীনা থনগদবা নত্তে। শিবা ওায়বগী মতম অত্থবু পুন্সি কৌবনি।

অস্রুক পাক চাওরবা তাইবংপাল'সিদা নংগীনি হায়বা চেংজেল থজিক্তা ফাওবা লৈত্রত্রা ? রায়বা থম্মোয়গী পোথাকম মচি অমত্তসু ঈশ্বরনা শীরমত্রব্রা ? পুংজা কয়া কপল্লুরগা, মিকুপ অমত্তং নোকচম্লা মতম ফাওবা নংগী শরুক তমলমত্রত্রা ?

শিঙেলনা লৈশাং তমলকপদা, সুংশি মৈশা খজিক্তং অয়েনখিবদা, নংগী পুক্তি পামেল কংলগদবা নত্তে। পুক্তিনা লৈবা মকম অছদা আশাসু ইকুংকুম লেপ্তুনা চেম্বরকই। চেম্বরকলিবা ইচেল অছুবু ইথৈ পীবা হৈহোৎগা থম্মুরুখনা মাওথি। সুংতায়রুরগা য়াবা, য়াকুরগা সুংতায়বা, শোয়দবনি। নংসু মী ওইনা পোকপগী য়াকম থোকপা য়ারেদনা। হিংছনা লৈয়গা সুংতায়রুকপা য়াবা পুন্নমক থনবা য়াকম ওইরে।

মানা হায়রকই, "মাগী য়াথলতনা মিকুপ খুদিং ঐবু ওত্তনা লৈরবদি হিংছনা লৈবগী সুংতায়বা কয়া ফংগদোরিবনো? শিগ্রবদি অয়াবা পুম্বা কোকলেদনা"।

—হিংছনা লৈরগা অয়াবা অছু কোকহনবদি য়াক্রা?

—হিংলিবা মথৈদি মাবু নিংশিংদবা ওমগনি থাজদে। থাজবা পোকত্রবদি অরাবা কোকপসু ওইথোক্তে।

—ওকওম হেক ওমলরোইত্রা?

—ঐগী লৌশিং, জ্ঞান পুন্নমক অসিবু মাওহনবা ওম্বা, মপোক মপোক'সিমগী হোৎবা কয়াছুবু কাউহনখিবা ওম্বা হিদাক অমত্তংগা চারগা নিংশিংবগী শক্তি অসিবু মাওহনখিবা ওমলবদি, মওমবসু য়াই।

—অছুদি নংগী য়াখলগী ইচেল থৈয়োদনা। অতোপ্পা কায়দোংকম অমা থিরো।

—ইশা ককথ্রবা ঐনা কায়দোংকম উপায় থিবা। ওইথোক্তবদি

মাগী থম্মোয়বু পরিক্ষা তৌ তৌহনা, কয়ামুক য়াম্না চেৎলবা পুকচেলনো, য়েংগে হায়বসি ঐগী রাথল ওইগ্রবনি। মতাং অসি ফাওবদা মাগী পুকচেলসি থজিক্তনু হোংবা লৈত্রি। ঐনা মথা তানা অমুক হংলে,

—নংনা হায়রিবসি হন্দক মপোক্কীদি শুকশুম শুমলয়োই হায়রিবা নত্ত্রদো ?

—নশোন্দা থোক্লমলবদি শুমলমগদ্রা ?

— মতুদি মতাং মতাংগী ওইনা লাকদোবা য়াকমনি। ঐগীদি হৌজিক হৌজিক মতুদি নত্তবনিনা হায়বা শুমলোই। অতুগা হায়য়ু, হন্দক মপোক্ত সুয়োবু নংনা কাউশুমগ্রগা হয়েং মপোক্তা মাবু শোয়দনা হেক মকংলগদ্রা ? ঐদি থাজদে। মরমদি, পুল্সি অমত্তনু মপোক অনি শুদে। শিগ্রবা মী অমত্তনু হল্লকপা লৈতে। সুয়োনদি নংবু কাউথোকপা শুমলগা, নংনদি করিগী শুমজ্রিবনো ?

—মানা ঐবু কাউগ্রে হায়বসি নংনা করম্না থগুলিবনো ?

—কাউথোকত্রবনু, কাউথোকে হায়নদি হোংনবা হৌগ্রে। মরম'হুনবু নংবু মানা হুন্দোক্লমলগা চংগ্রিবনি। নংবু মানা হুংশিবা য়োদবননি। অতু নত্রবদি, ফিভম অতু থগুনা থগুনা করিগী নংবু থাদোক্লমলগা চংথিগদগে।

—অতুদি, হুংশিরুবা ঐতনা অয়ানবা তারব্রনে ?

—হুংশিরুবগীদি অয়ানবা করিনু লৈতে। মাগী পুকচেল থগুদনা নপুল্সি কথোকলুরিবা,হুনি লাক্লিবদি ।অতুক থল্লুদনা

নংবু থাদোকপীরমলগা চৎথ্রবসি চুমত্রা, চুমদত্রা ? মসিবু মীগী শাজৎলা ?

—মাবু ঐনা ঙমথৈ লৈতনা হুংশিরুই। মানহু ঐবু হুংশিরমগত্রা নিংলুবনা মহু পুন্নমক অমত্তহু থলহোদে। মী অমনা হুংশিরবদ অমহুনহু হুংশি হায়নবদাইনে।

—মহুগী মতমদি নহাললা হোৎখ্রে। হুংশিফম থোকই হায়বনি, হুংশিগদবনি হায়বদি লৈতে। পুন্নমক্তু কান্নত্রবা রাফম ঙাক্তনি। তুরেলগীহু কংবা মতম লৈ। নংনা মাবু কাউঙমত্রিবা অহুহু, কাউদবা য়াদবা মতাং লাকখিগনি। মহু ঙায়গদবনি। নং শিখ্রে হায়রগা নশাগী মথৈদি অরাবা কোকথিবা য়াই হায়ববু রারীদি লৈহোগনিদো। নংবু ঈ মতুমনগী চাওমবা য়োকপীরকলিবা পলেম পহোবুহু অরা-মৈরীহুংদা লংশিনবীরমগনিদো। নশাগী ঙাক্তহু থনগহু।

হন্দক'মুক্তি মানা খুমলক্কদোবা পাউথুম অহুগী মতম ঐনা পীত্রে। মাগী হুংশিবগী ইচেল লপত্রি। মপুকচেল হোংত্রি। মাগীদমক্তা থনবদা ঐদি রাদবা ঙমদে। অহুবু অসিমত্তাদি খঙহনবিয়ু, "নখুৎনা থাজবা হুংশি লৈরাং, নঙংলাংগী লৈমন চনখিবনি খঙনা খঙনা, মাবু লোশিনবীররোইত্রা" ?

অদোমগী লৈফম, থিকানা খঙদবদগী পুন্নমক'সি থোঙলৈ থিনথ্রবনি। অহুবু লাইথক ফবদগী নোংম নহাক্কা মনিপুর থাদোক্কুনা চৎথ্রবা মতুং থা অনিরোম লৈরগা শকখঙদবা নংগী

মরুপ অতু লম্বীদা থেংনখি। ইকায় ইকি হুন্দোক্তনা ঐনা হংহৌই। মানস্থু নিংথিনা তাকপীরমই। মাবুদি কাউগে ওল্লরোই।

" কমলগী মরুপ, রাধে "

চিঠি পাবা লোয়রকপদা শাংলবা শ্বর অমতং হোন্দোক্লগা খল্লি "ঐসি শাদগী হেন্না তোল্লেদকো"।

---

## ৫শুবা শরুক

সুরজীৎনা আই এ -অরোইবদা তমলিঙৈনি। মতম অতুদা মনিপুর অপুনবগী ওইরবা চাওরবা মেলা অমা তৌথি। লরাই, ইম্ফালগী মী লিশিং লিশিংনা মতুবু য়েংবা লাকখি। কুম্লিৎ তরানিরোম লেপ্তুনা চত্থিবা মেলা অদুগী হুমনি চল্লকপদনি। সুরজীৎসু মাগী মরুপ অনিখক্তা লোয়ননা মেলা য়েংবা চৎখি।

হুংথিলগী পুং মরিয়োম তারে।

মীনা চিক্ক চায়নবা লৈতনা চংফম, থোকফম ২তুদা তিল্লি। সুর-জীৎ অমসুং মাগী মরুপশিংসু টিকেট অমমম কক্লহনা চঙওক্লে। কুক কুক ইম্ননা তিনথ্রবা মীয়াম মরক অদুদা অমনা হায়বা অমনা তানদে। লাও-খোংবগী খোঞ্জেলতনা পুমনিল নিল্লি। মাইকৈ খুদিংদগী মাইক খোংজিল্লকই। মচি ময়া খুদিংদা অসিনা অতু কৌই, মসিনা মসিনি, অসিনচিংবা কয়া তাক্লহনা লাওল্লি।

উচিন নাচিন্না মখোয় অহুম মন্নুং য়োবা ঙমহোরে। চেক্লা কোয়না শীরি চল্লবা পুথি মচা অতুমক অহানবা মক্তুদা উরে। মতুগী হেক ময়ায়মক্তুনা মতোক অমা থিঙ্গৎলহুদা, মতোন অতুদগী ঈশিংগী পেরে কাপলি। মতুগী মচি অমদা লম ঙাহু অনিথকসু মতু ইপোন পোল্লহুনা তুমিন তাশিন্দুনা লৈরি। মন্নুং অহুদনা মথল অনি অহুমগী ঙা য়োকই। য়েংবা লাকপা মীশিংনা কবোক, অচাপোৎ চায়র চায়রহুনা ঙাশিং অতুবু লক্লরি। মতুমা হায়কেৎ য়েংলমলগা মখোয় অহুম্মক অতোপ্পা মন্নুংগী চঙফম অমরোমদা অমুক লাকলে। মেলা অতুবু পাঙথোকলিবা মীওইশিং অতুনা অতুকী মতিক হৈ-শিংনা শিল লাংই, শেম শায়, মতুদি অমুক চঙখিবা হোজং অতু অমরোমদ! থোরকপদা উবা ফংহনদে। পুথোকলিবা, উৎলিবা, য়োল্লিবা ময়াম অতু মিৎ থকপা মথৈ ফজহল্লি। পিক্লবা কাংজৈবুং অতুগী মন্নুংদা, চাওরবা সহর মন্নুংদা লম্বী ঙাওবহুগুম, চঙফম অমত্তুং শোয়খিবদা হেক্তা লম্বী ঙাওহল্লি। অমগী মথংদা অমা অসুম অসুম য়েংলকপদা, মথৈ-থংদা হাংলবা মফম অমা অমুক তারে। মফম অতু ময়ামগী পোথাফম ওইনা তৌই। পোৎফম, হোটেল কয়া কয়ানা থুরক হাংদবথৈ ফমই। মতুদগী নাকল অমরোমদা চঙশিনখ্রগা, হায়গী অতুদগী তংথায় অমরোম য়েংগদবা রাংলি।

পুং ৫ রোম তাশিল্লরে।

মখোয় অহুমসু করিগুম্বা থরা চা থকখিসি হায়রহুনা দম্বুরনা পাকথন থনবা হোটেল মচা অমগী মন্নুংদা চঙহুনা ফমলে। চান থক্লবা ওর্দর তৌখ্রে।

মীরক্তগী খোক্লকপা অহুদা হমাং শৌরহুনা সুরজীৎনা ফুরিংখাওদগী রুমাল অমা লৌখোক্লহুনা মমায় অহু তৈখোকই। মরুপ অনি অহুসু, হুসায় মখোয়না য়েংলকপশিং অহুগী মহুংদা করম করম্বা পোৎশক্লা য়েংবদা ফজখিবগে অসিনচিংবা বাঃরী কয়া শানরি। সুরজীৎ মমায় তৈখোকপা হেক লোয়বগা রুমাল অহু ফুরিংখাওদা হাপচিন হাপচিনা মপাললোমদা য়েংখোরকই। অয়েকপা লাইগুম নিংথিজরবা, নিংথিনা ফিজেৎ লৈতেংলবা লৈশাবী মচা অমনা মঙোন্দা মুমা য়েংহুনা লৈরম্বা অহু হেক উরুবদা সুরজীৎ ওকপনা থেংখ্রে। মাসু মমিৎ কুপ্পরমখৈ ভায়হাক য়েংহুনা লৈরে। মাগী মতৌ অহুদা ইকাইরহুনা লৈশাবী মচা অহুসু মমায় লৈখোকখ্রে। মরুপ অনি'হুদি বারীদা মুনখিবনা সুরজিৎকী কুপ্পে অহু উদে। হোটেল বামোমা চা, খজুর পুখোরক্লে। অমনা হায়, "সুরজিৎ চা থকউ।" সুরজীৎতি লৈশাবী অহুনা অমুক য়েংলকখিগত্রা হায়হুনা মঙোনতদা য়েংহুনা লৈরি। লৈশাবী অহুসু মঙোন্দ য়েংলমখিগত্রা হায়না থনমাক্লে হেক হেক য়েংখোরকই। য়েংখোরকপা খুদিংদা অমগা অমগা মিৎচাইরে। অমনা অমগী থম্মোয়গী কোটো লোনখ্রে। করিসু করিসু হায়নজবসু শকী মখৈদি কাউওমদনা য়েহুনা থমনখ্রে।

সুরজীৎ চাগানি থকনি হায়বা কাওবা কাউই।

লৈশাবী মচা অহুসু লাকমিররিবা মরুপ মপাং, মচে মনেমশিং অহুগা পোৎকম অমগী মনাক্তা চঙ্‌শিনখিহুনা কয়া করিনো থরা লৈরি। মাসু মখুত্তা পাররিবা অহু সুয়া

অনি অহুনা কেময়হৌরিবা, য়েংত্রিবা শরুকশিংছু মপুং ফানা য়েংখিল্লিংই। সুরজীৎনা নৈশাবী অহুবু অমুক্তং উহৌরবদি হায়রুনা মায়কৈ শরাইগী থঙদনা পংচত্তা চংলি। মখোয়’নিহুসু মাগী মথুং ইল্লুনা পংচত্তা চংলে। সুরজীৎতু মানা চংলিবা অহু করোয়দনো হায়রবকুা খঙব্রা জাং নৎত্রে। মাদি পুংতুম ভুমহৎ-অমলবনি। মখোয়’নিহুসু জান মান ইত্তা তাত্রে। নিং মাং চিংহুনা লৈরে। অকোনবুদদি মখোয় থোরক্রে। অমনা হায়, “নৈকনোনে, থোরকলেনে’সিদি, ওঃ থোরকুল্লে।” ত্তায়খোলে, অমত্তসু য়েংদনা থোরকলিব’সিবু নৈকদৌরবগে”। সুরজীৎতু মথোং মরম অমা ইখঙ খঙত্রবা জাংনি। মাগী মথৌ য়েংবদা মরুপ অনি’হুসু পুমঙক ঙকব্রে। সুরজীৎতু পরুপ পরপ থোকপগা মনিং মমাং কোইয়েং য়েংই। উবা ফংখিত্রে। কদোমদা চংগ্রবনো হায়রবহুসু খঙবা ঙম্মখিত্রে। মমায় নৈথোরকপদা মথোয় অনীমা গং হেক থেংনরে। অমনা হায়রকই, “কনাগী মমিদনো নংনা খোঙ্গাক্নরিবা অহুনা।” অমনা অমুক হায়রকই, “ত্তোকলেদনা, ওহোকপা মী মমগা খোঙবু ওইরুদনা শেল মাঙলেদনা।” অমনা অমুক হংলকই, “কনানো নংনা অহুক শাথীনা তামরিবহুখো।” সুরজীৎনা খুমই, “মীনি।” অমনা হংই, “মী হায়রবসু কনানো।” সুরজীৎনা খুমই, “নৈশাবীনি”। অমনা ঙকলহুনা অমুক হায়রকই, “ওঃ লোয়রেদনা, লখোইবনা শমজেং হাংকে হায়রকপ’সিদি, মুগ্র হোংলেক্লে।” অম’হুমনা অমুকসু হংলকই, “কদোম চংগ্রবা।” সুরজীৎনা খুমই, “মাংগ্রেদনা।”

অহুম অছু মেলা য়েংকম ইথঙ থঙদনা অহুম হল্লক্রে।

সুমিৎ অহুগী সুমিদাং ভুমলমদাইদা সুরজীৎনা থনখি, "কয়ম্বা মালিপী থুংশেমদা চাওয়কপী শিঙেল ওইরিগবা নিংখিগ্রেগা কল্লগ্রেদা।"

নিংখিনা য়েক্লবা মুত্তি অমগী কজ্জবদা গুমহৎপ্রবা কনাগুম্বা অমনা, য়েকলিবা কলাকার অহুগী মশক থঙনিংবগুম, নিংখিয়বী মাগী কোলোই মিংলেন, শিঙেলগী শাংকম থঙনিংবতনা লাং-ভক্লয়হনা অহুম ভুমথগ্রে।

× × × × × ×

সুমিৎ অহুদগী হৌরহনা সুরজীৎকী থম্মোয়সুংদা সুংশি সুংওলগী মরু হনবা হৌগ্রবনি।

চাহি অময়োম হৌগ্রে। লৈশাবী অহুগী চেংলৌ শককম অহুতবুদি কাউওমদনা লৈরক্লি। লমদম কৈদা শাংগী লৈরাংনো হায়বহুদি থঙহৌত্রবনিনা কোয়না কোয়না কয়া চত্তুনা সুংশি খোজুল লিরুহনসু কংলকপা, থেংনরকপা লৈখিগ্রে।

সুরজীৎ আই এ পরিক্ষা পাশ তৌরহনা বি, এ দা মিং চনগ্রে। ছাত্র অরিবা কয়া মহৈগী মন্দির অচ থাদোকলমহনা চংগ্রে। মথোয়গী মহুত্তা অনৌবা কয়া অমা মরোন মরোন মিং চল্লকই। কোলেজগী ছাত্র ছাত্রী অপুম্বা অরি অনৌ উরবগী সুংওায়রবা কুম্মৈ কিয়োং কয়াদা হরাও মথোই কানক্লি। লাইব্রিক ভম্বা নিংখিনা হৌগ্রে।

নোংমা সুরজীৎনা ওফ পেরেড অমদা মাগী মরুপ প্রেমচাঁদ অমসুং সুনীলবু উমনিংহুনা খিবা থোরকপদা, কোলেজগী মরাক চপ্প শাংলবা মাঙোল অহুগী করোইবা নাকল অমরোমদগী ছাত্রী অনিথক লাকপা উই। অসুম অসুম চঙশিন্নরকপনা গজ মঙা তরুক্কী অরাপ্পদমক ওয়রবলে। সুরজীৎ অহু থোঙখাং অসুম অসুম শোম্বরক্লে। থোঙ থাংবা ঙমশিল্লকত্রে। লাক্লিবা অনি অহুগী য়েংথংবী অহুগী মায়থোং অহু হেক উরুবদা মপু-ক্লুংদা মতোমদা হংজৈ, 'মহাক অসিবু নন্দ্র-নন্দ্রনে-এন উখিবদো। নোংম নোংমা মেলা য়েংবমদা ঐনা ঐনা থিখিবা তানথিবা ঐগী মিংয়েংগী পোইরৈদগী মাংঙমদা মাংখিবা মহাক অদো। অসুম নকশিনলকলে। অহুদগী লেপ লেপ্পুনা লৈনখ্রে। মাগী মমাসু অহুদি তংঙক মায়ঙক্নরহুনা অহুম অমদা অমুক য়েং অমদা অমুক য়েং তোহুনা লৈখ্রে। সুরজীৎ অহু খর থাংতপ্পু হোন্দুনা লৈখ্রে। মশক লাকশিনবা ঙমদে। অমুকসু মতোমতা খুমজৈ, "মানে মানি মহাক অসিনি। ঐ হৌজিক কল্লি তোগনি ... ...।

থঙহৌদন, পুংফম থেনকম চাদনা, খহু মাংওইন্নন, লৈকং থম্বাল শাংলকপদা, খোইমু অহু চংসি কদায়নো, হনসি কদায়-নো, নির্জিং মাংজিংনহুনা লৈখ্রে।

শিঙেল অহুদি কমদোরি? নোংমতং উহৌবা খোইমুগী শকুন অহু কাউরমত্রিবোই। মাবু হেক উরুংদা মমায়'হু চিনিমুক ঙাংখ্রে। সুরজীৎনা খরখিবা অহুদগী মানা নিংশিংলকপা অহুনা হেল্লবোই নিংই। মাদি মেল সুমিৎ অহুতবু শংশনো উই।

নিংশিংহই, মানা লোম্না মিৎচিগী পাউখোং চনখিবদা, কত্তাও-নহুনা লৈহৌবা খোইমু অহু মহাক্কী। কোংওমত্তবা ঐগী পুক্কিংগী রাহৈনা, মায়খোংদা ইঙ্গিত তৌরকপদা, ঐগী মায়খোংনা লোম্না হুরান হুরান য়েংখিবদা, ঐগী শক্তী ইখৌ লাংহৌবা মহাক অহুনি।

মাগা লাকমিম্নবী মমাম্নবী অহুনা "কৈদোরবগে, কমলা অস্তুম শোথহৌরবদি"। কমলানা খুমই, "খোঙ থাংবা থোকত্রে রাধে, ঐ কৈনোম্না তৌগে"। রাধেনা হয়া য়েংখোরকপদা স্নুরজীৎ অহু মন্ত্রনা শুমহৎপ্রবা মীগী পান্দমগুম, মমিৎ পাংনা পাংনা তুম্বা মীগুম, চত্তক্কহুনা লেপ্তুনা লৈরম্ব'হু উরুরে। রাধেনা থাত্তি, "শাদানবগী তেম্না পানখিহুনা মখোঙ থাংবা থোকত্রবনিদনা কমলা'সিদি। স্নুংশি চৈনা হায়বসিস্ন ওস্তোক্কা কনবোইরে, মশক্তা উবদা হেক্কা পথৈৎহে"। মখোল থোক্কা হায়রকই, "পথগনবী তথৈত্নে ইবেম্মা, কোলেজগী মাঙ্গোলনে মসে, লৈকোন নত্তেয়ে। চৎলসি লাকওসে, মী উথিবা তারে"।

শক্তী ময়ায়দা শুমহৎলুরবা স্নুরজীৎস্ন লোশিং তারক্রে। ইকায়মপ তৌনা মাঙ্গোলগী নাকন অমরোমদা থৈদোক্কুনা চৎক্রে।

রাধেনা হায়রকই, "চৎক্রেসে, চৎলসি, হৌজিক কাওবা ঈ চেত্রিত্রা নংগী শিংলিহুবো"। লুককনা য়েংথৎলকপদা স্নুর-জীৎ লৈরমত্রে। লোম্না লোম্না রাধে উহনদনা মায়কৈ থুদিং য়েংই। উবা লৈত্রিত্রে।

অশুম লাকমিন্নবদা রাখেনা হংই,

—কনানো হৌজিক্কী শকহেনবা পাখং অদুবো ?

—খঙদেদা।

—খঙজগা করিগী কবোয়াই তৌবদৌনা নখোঙ থাংবা খোকত্রিবা ?

—মাগী মতৌ ঊবদা হৌরিবনি।

—মাগী হায়বদি —।

—হৌজিক্কী'দো —।

—খঙদে হায়বদাইনে ?

—মমিং খঙদে হায়বনি কৈদৌরবগে।

—মশক্তি খঙইদনা ?

—ঊখিবগুম তৌরে।

—শোয়দ্রে, নংগী শক্কী লাংনা কাপ্রেদনা নিপা অদুমদি। ঐনা মথল্লিনে, লাপলিঙ্ঙদগী নিপা অমুমওং অমা ইতৌ তৌপ্রেনে। অদুগা থাজোহে, নিপা'দু শোয়দনা নংবু খিন্নকখিগনি। কয়াম কুইপ্রবা জাংনো, নংনা মাবু ঊখি হায়বদুনা।

—চহি অমরোম কারে।

—মদু কাওবা নিংশিংবা ঙমলিদনা। দুমিং কাওবা মশিং খিদুনা লৈরম্লবা জাংনিদনা। কদাইরাইদা ঊরখিবনো ?

—মেলাদা।

—হাকুমগীদো।

—উম।

—অহুদগী অমুক্তা উমখিত্রিব্রা ?

—উমখিত্রি।

—অহুদি, মুমিং ৩৬৫ নিরোমগী মতুংদা নোংম নোংম য়েংনগদোৱহ্ ওসি নোংমতদা য়েংথোক্লখিবহুনা, মিংয়েংগা মিংয়েংগা তিমখিবদা নংসু মাসু হেক্তা পথনবনিদনা। থুকউ শেনজৌ, নিপা অহ মিংয়েং অমা তৌরম্মিকো।

কমলাগী মচিন্দা য়ানিংদবা ওককোং কোংদোক্তে। মসিনা তাকপদি, সুরজীৎপু মানা হায়া মুংশিহুনা লৈরমদে। মীনা মুংশিদবকা হায়বসিদি মশক অহু হেক উবদা তিল শিংনিংবা জাংনি। অহুমু, কমলাদি সুরজীৎপু য়েংনিংবা পোকই। মমাংমক্তদা চুং কীয়ান চানা লেপ্পা কাওবা য়োনা ওমখিদে। মুংশি মৈরীনা হাইশ্রবা কনাওবা অমত্তসু মানা মুংশিবা অহুগী মমাংদা ইচং থোবা ওমদে। কমলাসু মহুৎক তোখি। থম্মোয় মুংওায়রগা মায়থোং কজবা হেনগৎলি। সুরজীৎকী মায়থোং অহু হেক উক্লবদা কমলাগী থম্মোয়দা চিক চিক লাওবা অমা কাওখি। মহু মুংশি তিলনা চিকপা হায়বহ্ ওইরমাম্রে। সুরজীৎকী মিংচিগী তেলনা মাগী থম্মোয় তম্বা কাপশিল্লকপদা চৈনাখোল অহুনা নাখিবনা, মহু থাওবা হোংনবগা মমায় কাওবা ইচপ মুক তাংখি। থুমবা লোইবী হাওরমদা য়ারোনা খোঙথাং থিমগুম, শাদান খোজেল তাংদা মীপায়হুনা য়েংবগুম, লেপখিবা, য়েংখিবা কমলাগী ঋিভম মুত্তি, মাগী নোংথাং মিংচৌ ওমজবী

মিংয়েংদ, শাবী শানৌ অনিমক সুংশি মিংচি ইকায়রৈ, অপাম থম্মোয় সুংঙায়রৈ। সুজাগী থম্মোয় লকাদা সুংশি তেললা থাখিবদা মায়থোং লুক্কুনা থাঙখি। থম্মোয়নদি কোংনা য়েংনিংই, ইকায় খীবী ওইবনা লোম্না হুনা য়েংজবদগী হেনখিদে।

কমলানা শকথঙদবা নিপা অহুবু সুংশিদ্রে হায়বসি থৌদোক অহুনা প্রমাননি। মহু রাধেস্ম চপ চানা থঙই। নিপানা "সুংশি" ফোংদোরকলগা মহুদগী শরুক চামা হেন্না অমুক সুপীনা ফোংদোকই। সুজা ওইবীশিংদি মানা ফনা সুংশিজবা মী লৈরবস্ম সুংশি হায়বহু হান্না হায়দোকচবা ঙমজদে। মঙুং মমান্নবীশিংগী মরুমদা করিগুম্বা অমতং ফোংদোক্কে থল্লবস্ম, "ফজদ চাকচা" মাল্লি হায়থিগদ্রা খন্দুনা অহুম মরৈ। থম্মোয়সুংগী রাহৈনা চৌনবান য়োরকপা ঙমদনা খোনাওদা কংহুনা অহুম মাঙখি! অহুগা অমস্ম লৈ। চিনবানদা সুংশি, সুংশি তোয়না শোনবহুবুদি, নোক্না নোক্না সুংশিদে, সুংশিদে হায়বহুমনা অমুক সুংশিবগী শরুক চাম হেন্না লৈবনি! মহুনা ওইনজবা হায়বহুনি।

কমলাদি সুরজীৎনা মাবু সুংশি হায়বস্ম ফোংদোরকত্রিঙৈনা পাউথুমগী হান্না শেম শাখিবগুম তৌগ্রে। রাধেনস্ম মাগী মপুকচেল থঙলহুনা "খুউ শেনজৌ" হেক হায়খিবহুদা কমলাদি অশেংবা ওইনা লৌগ্রবনি। সুংশিরমজ্রবদি মাস্ম পাউথুমগীদমক রারমলোই।

পাথংনা লৈশাবীদা অর্থ লৈবা মিংয়েংতনবু হেক য়েংলম্নবদি, মরোল অমা শোয়দনা লৈরবনি। মিংয়েং অহুবু

চেকশিলহৌত্রবদি, নোংমা নত্রগা নোংমদি মাগী পুক্লিংগী রারোল অহু ফোংদোক্লকপা মতমদা শেংযদনা পাউথুমগীদমক রারগদৌবনি। মসিনি, হুংশিবা হায়বসি, মিংযেং নায়েং. রাঙাং শঙাং, মিনোক লাকনোক, অমদগী হেক্তা হৌথিবনি। মহুমক কমলস্থু তৌরে।

কমলানা হায়রকই, "রাধে, হোরেল করিগুম্বা হৌজিক্কীহুনা হেক মইম্বরক্লবদি, মানা করি হায়রকপদা ঐনা করি থুমগনি"।

মীগী পুকচেল খঙগনবী রাধেনা থুমলকই, "পাউথুমগী-দমক্তা হৌজিক্লা রাবীরমলবোইরে, হুংশিবদি নংনা হানথ্রেদনা। মহুবু নংনা হৌজিক শেম শংদোক্লুগা থম্বা য়াবা পোৎ নত্তে। মানা করি হংংক্লনগে হায়ববু খঙলত্র.ন? হোরেল লাকপীদহুনা তোকপ্রা কনানা খঙবা পোৎনো"।

রাধেগী পাউথুম অসিস্থু চুমদবকাদি নত্তে। ওস্থোক্লা চুমথ্রবা পোৎনি। অহুবু কমলানা সুরঙ্গীৎপু মশক্তা উরুবদা মপুন্সি অহুম কথোকখিবগুম তৌরে। মসিগুম্বা মতাংদা ওইবতাই, হুংশিবা হায়বসি মমিৎ তাংই হায়নরিবসি। কমলাস্থু ইকায় ইকি খঙদবা হৌরকলে। মাগী পুকচেল হাম্নগী নত্রে।

রাধেগী পাউথুম অহুনা চুম্মনখিব'হুদা কমলাস্থু ইকায় ইকায় থাঙথ্রে।

অসুম থম্ম থম্মনা লাকপনা মথোয়গী ক্লাস হেন্দোক্লুনা চংলমগদৌরে। মথোয় অনিহুগী মরক্তা খরা জ্ঞান তারিবা হায়ববু রাধেনি। কমলাদি পুমঙাও ঙাওথ্রবনি। রাধেস্থু মতেক মতেক্কী ওইনা লৌশিং তারক্নবা য়াওই। মতাং অহু

হেক থোকলুবনা কমলাতন হেন্দোক্তুনা চৎলুবা নত্তনা মাসু চৎলুরবনি। থোঙনাওবোমদগী ছাত্রী অমা অনিথক্লা, "কদোমদা অমুক চৎলবগে নথোয়বু" হায়রতুন লাওরকপদা মথোয় অনিমক, "হোয়নাহে" হায়বতুনা নোকমি নোকমি তৌতুনা ক্লাসতা চঙথ্রে।

# ৬শুবা শরুক

হুরান্দুনা চাবা উহৈতনা মহাও হেনবগুম, লোম্না হুনা য়েংলকপা মিংয়েং অতুত্তনা থম্মোয়দা তিং শোকপা মহেল্লি। থারবা রাকচিংগী উনলেম্না য়ৈবদা শাৎঙমদ শাৎপী লৈন্নুংশি গুলাপনা কুইথতুনা থাঙবগুম, কোলেজগী মাঙ্গোল চিদায়দা সুরজীৎকী নিংজবা লৈকোন্দা শাৎপী লৈরাং'তুনা নুংশি মায়োক্লবা ঙমদতুনা রানা থাঙখিবা মতৌতু থল্লুবদা সুরজীৎসু ইকায় নুংশি য়াম্নখি। থাবুম কয়া চুপ্পা মশাবী মাবুত্তবু থিবদা মপুম থিংলবা ফাওবদা, মতমগী লৈত্তোয় শেক্তো মথক্তা তাহৌবা নুংশি খোঙ্গুল ১ত্তুসু থেংনবা লৈতনা রানা থাঙলক্লবা সুরজীৎসু, শর্গগী লাইয়েম্বী- না ধ্যান তৌরিবা মুনিগী রাথলগী অ'চিকপা থুগায়হনা, তাইবংপাল অসিবু কাউহনবগুম, থম্মোয়নুংদা কাউঙমদবা য়েকপ্রবা নুংশি মুত্তি অতুনা মাগী মিৎলমদা ইংনা চিক্লা, ইকায়খিনা ভাম্মোয়- ররবা মতম অতুদদি, নোংজুথাগী থিকলেন ফংবদা নোক্তৌবী

থম্মোয়গী থোৱাংবা কোকহনবা অহ্নদগী হেনখিবনা, সুংশি লাইজ ইহানথিবনি। উদ্রগস্থ উনিংহ্ননত লৈবা, উরগস্থ করিস্থ হ'য়ঙম তৌঙমদবা পুন্নমক অহ্ন স্থুরজীৎকী ফিরেপ্তগী উবা ফংগ্রে।

পাম্বৈ য়াওজ্রবদি মীপুম খুদিংমক অমত্তস্থ হিংহ্ননা লৈবা ঙমলমলোই। হিনাওগী পাম্বৈ নোরেলনা ওই, মীগী পাম্বৈনা লৌশিংনা ওই। অহ্ন নৎলমজ্রবদি সুংশিৎনা পুবা মায়কৈ অমদদা অস্থম চৎখিহ্ননা লমথুংকম তান্না পুবিদবস্থ য়াই, হেন্দোক্না চৎথিবস্থ ময়াই, নত্রগা মাইকৈ শেরান্নবা অমদা পুবিখিহ্ননা খুদোংথিবা কোঙ্গাই নংহনবস্থ য়াই। স্থরজীৎস্থ নোরেল য়াও-জ্রবা হিনাওগুম মশা মরোমদোমত ঙাইখিবনা করিগুম্বা অমত্তস্থ ফোংদোকপা ঙমহৌদে। কমলাগীদি হায়না হায়না রাধে য়াওবনিনা ঙায়হাক জ্ঞান মাঙলুরবস্থ ইরেন লমজীংবিখিহ্ননা পাউথুমগী মতাং ফাওবা খন্নগ্রে। স্থুরজীৎস্থ পাম্বৈ থিবা থোরকপদা সুংশি রায়েল চৈনা ফৈগাক থিংহ্ননা লৈরম্বনা ঙায়হাক পল্লুরবা মতুংদা শুনিল অমস্থং প্রেমচাঁন্দ অনিদা রাকম অহ্ন তমগদোবগী সুংশা খর থাংতপ্ত হোল্লহ্ননা, থোংকাপ লাওনা লাওনা কান্নহ্ননা কা থুদিং চঙ চঙহ্ননা মথোয় অনিবু থিবা হৌগ্রে।

কা কা চঙহ্ননা কাচিন কোয়া শুনা মথোয় অনিবু থিরুরে। অহ্নবু থেংনবা মরৈথিজ্রে। স্থরজীৎ নিংবা কায়রে। মানা থল্লি, "অস্থক কুইরবা অসি মাবুতবু থিবদা কেমলবা ঐগী পুন্জিনি। উরে ঙসিদি ইমিৎসিনা য়েংজনিংবা, উজনিংবা ৰাগী শক্তম, অহ্নবু পুক্লিংগী রাহৈ কয়াসি হায়দোকপা ঙমদনা

লৈহৌরগদ্রে ? পুন্সিগী মিকুপ কয়াদা মাবুতবু লাইনিং ওইগ্রবনি, অত্তুবু থাওথক্কী লৈরাংগুম মাঙলগদ্রে ঐগী আশাসে"।

খনবমথৈ খল্লুরগা, ক'রিগুম্বা খরদংদি কনাগী মতেং য়াওদ্র-বস্তু মকোংদোকহৌরগে হায়না মপুক্লিংদা লেপ্লে। ফুংশি মাংদা চাং তারবস্তু, অথিবা খোম্না চৈরমলবস্তু, ফুংশিবদি পাপ নত্তে। হকায়বা নংন্দবসু মশুংলাংগিনি, অভাওবনি হায়না লোগে হায়রবস্তু কৌজগ্রসনু খনগ্রে' ইকায়-ইকি থুদিংমক মাগী মফমদা মমিং তাংগ্রে।

লেমহৌবা পেরেডশিং অত্তু যাওবমদনা স কল ইম্বো-রক্লে। কোলেজগী মমাংথংবা হোজগী চীংসু মখোঙ অমদা মরুম ওইরপনা লেপ্লহনা ছুটি থারকপা ভায়হনা লৈগ্রে। মিৎয়েং চোয়খোকত্রে। মাদা চংখিবা মায়কৈ অত্তু খভগদৌবগী কোলেজরোমদা চাগদোবা মথৈ যেংহনা লৈগ্রে। অমুকস্তু নত্তোমত হোরেল তৌগদৌবত পল্লুবদা খভগৌদনা চুমাং মরিক মরিক শৌরকই। খজিলগ িহুল অত্তু ফাজিনবা ভমদবমথৈ হেক চোংলকই। ফুংশা স্বব চানং তানা হোম্থনা অমুকস্তু খাওই। ফরিৎখাওদগী রুমাল পুখোক্তুনা মনায় অত্ত অমুক তৈথো-কই। অয়েংবা অমনা য়েংলগনি মানা তৌরিব অত্তু ওম্বোক্লা ফুংভায়রবা কুম্মৈ অমনি।

পুং অহুমলোম তাশিল্লক্লে।

মায়কৈ ফাংলবা কোলেজগী খোকফমনি। কদোমদা ভায়রগা মাবু উম্নগদগে ? শেরাম্ননা চৎখিহনা উম্নদহনা তোক্লগদ্রা ?

মচুত থনবদা চম্মনখ্রে। মমৈথংদা লাইব্রেরী লৈরিবা মফম অদুদা লেপ্লবদি মায়কৈ খুদিংমক উবা ফংগনি. থল্লদুনা তপ্পা তপ্পা সাইকল থৌজিল্লক্কুনা মচি অমদা ঙাশিল্লে। মাঙ্গোল মচি অমদা অমুক লেপ্পুনা কোইয়েং য়েংদুনা লৈরে।

ছাত্র ছাত্রী মথং মথং অসুম থোক্লরক্লে। নোংপোক, নোংচুপ, থ—মরাং, শিম্মা চায়না চায়না থোঙনা কয়া চংনখ্রে। সাইকলনা কয়া'মা চংনখ্রে। ঙসায়মথৈ ঙায়বতগী রাথলদা লুপ্লিঙৈদদি থরদুম শাফরমই। হৌজিক্তি ঙায়ঙমদনা হৌখ্রবা মকুপ কয়া অতুনা মাবু হম্না হম্না খংলমলগা চংখ্রেদো। তানফম অদু অসুম অসুম নকশিল্লক্লে। লৈ-লৈদুনা য়েংবমক্তদা ঙক্লি নারক্লে। ফন য়াম্না চংনখ্রে। মাবু য়াওখিবদি উথিদ্রে। ফনা কুইশিল্লক্লে।

কয়া য়াম্না রাংলিংবনো, মাবু লৈরমথিগত্রা নত্রপ্পা মানা চংখিবদা এনা উহৌত্রবর অসিনচিংবা কয়া থনবা হৌরকলে। থল্লিঙৈ তাঞ্জা অতমক্তদা ঙসায়গী মথোয় অনি অদু সাইকল ইল্লদুনা তপ্পা তপ্প থোরকপা উরে। হেক উরুবা মক্তদা ইপোম হৌত্রবা ঈশিংগী ইমায়দা লৈতুম অমম্তুং খংদুন হুম্বদা মথং মথং নাইনা ইপোম কয়া'তনা লৈরায় তম্না হোৎচিনখিবগুম, ঙসায়মথৈ ঙায়বতদা রারম্লবা মাগী থক্লায় হকচাং, পুক্লিং-ম্নাথল খুদিংমক্কী তাংথক নাইরবা ইপোম্ন কমলা তম্না চেনশিনখ্রে। চংতি চংথিরমদ্রিদনা হায়দুনা হেক থল্লুবদা হায়ঙমদনা সুংঙায়বম্ন পোকই। হৌজিক এনা করিনা ইহান

তাগ্না তেঁবা তাবগে হাযৰত্তগী লংলা লংজিন থিবা হোৎনবদা ভমথৈ নৈলত্তনা অমুকস্তু থাই। কান্নদে, মুংশি আশাগী পম্ন্ংকম য়েঁগে থল্লবনিনা নি হন্নররোই, ইকায়-ইকি রাংথা লাম্না মাগী মঘমদ চঙজরগা অ শাগী কায়দোংফম থিরুরগনি—অসি হায়না থল্লহুন মাঙ্গোলদগী কুনথরক্তুনা সাইকল ইম্হোক্কদবগী থৌরাং তৌখ্রে। মশ অহ্ থভহৌদনা, করিনো হায়কম থঙদনা ইচোক চোকথখিবগুম তৌখ্রে।

কোলেজগী মযায় লম্বৈবোমদা মখোয়না চংখিবহ্ মাস্তু উতৌবে। সাইকল তোংখংখিদ্রি। মাস্তু সাইকল ইম্হোরক্লে। মখোয়না চংলিবা লম্বী অদে'মদা মমায় ওনলক্লে। মানা তৌরিমা পুন্নমক অহ্ কনাস্তু উদে। অত্তবু মতোমত্ত পংচিংদা চিংনজ্জে। মপুক্লিং অহ্ চবাং খোযরাংনবা অস্তুম অস্তুম হেঙ্গৎলকই। চরা'নবব মপুক্লিংবু মানা থেমজিল্লি, "করিনো পুক্লিং নংনা অত্তুক যাম্না পাথৎ চাওবিদা, ঐনা করিগুম্বা থৱা ফোংদোকহৌগে থল্লকপ'সিদা নংনা অমুক অকায়বা পীগদৌরিব্রা? মিহুল নংনা অত্তুক য়াম্না কন্না চোংলকলিবা করিগীনো? ঐনা হায়নগদৌরিবা থৱা অসি ফাওবা ময়েক শেংহল্লরোই হায়রিব্রা"?

ময়য় লম্বী অত্তুগী পরিং অমত্তুদা থৱা লাপনরবস্তু মখোয় অনিগা মাগা তুংথ মাংথ ওইনা চংম্রিম্নবে। তাইবং মীনা অস্তুম চংপা খোৎপদা তুং—মাং য়েংবা হায়বসি হৌনশা ওইরমাল্লে। সুরজীৎনা লাক্লিবা অহ্ মখোয় ২দি থভত্রি, থঙন্নবা থুদম অমত্তুস্তু সুরজীৎনা পীথিবা নৈথিত্রি। সুরজীৎকিদি মখোয়রোমদা

য়েংবা নত্তনা তুং হন্না অমুক য়েংলুবগী কান্নবা কৈদ্রে। অদুবু কমলা অমসুং রাধে অনি'তুদি সুরজীৎনা মখোয়বু ঙাইরম্বা য়াই নিংনা নিংনা অসুম লাকপনা কম্বা অদুগী নাক-হেৎ, হৈনৌ মখোঙ, কান্তিনগী লম্বী পুম্নমক য়েংন হেংন লাকই। হন্দবমুত্তা তুংলোমদা য়েংখোকপগী মতাং খোক্রমল্লে, হেক য়ে খোরকপদা সুরজীৎনা মতোমত লাক্রমনভু উংলোকখ্রে। রাধেনা "ঙসাংগীহ তুংদা লাক্রবনি য়েংউ, ঐনা হায়র' শোয়ব্রদে।", হায়বদুন কমলাগী য়েং থংবা নাকচিদা খুনিংন লাম'শন্দনা তপ্পপ হেক থ'ল্ল। কমলাসু পাখৎপোই করিবোই হেক তৌখ্র না 'অঙইহরনে" হায়রগা য়েংঙমদ য়োথোরকই। মাগী মিৎচি তেংগী চৈনা অদু খঙলদুনা সুরজীৎতু মরু লুকৎবপ তৌনা থাংই।

সুরজীৎনা মখোয়বু ঙায়রগলি হায়বসি রাধেনা য়েংথোরকপা অদুদা খঙখ্রে। রাধেনা কমলাগী নাকচিদা খুনিংনা খিনখিব'তু মা লাক্লি হায়বা তাকপনি। মদুসু সুরজীৎনা খঙখ্রে। কমলানা মাবুসু উখ্রে। ফোংদোকদবা শরুক্তা ঙাযবনবনিনা সুরজিৎতু করি হায়া হোৎদোক'সদে হায়ত্তনা খনবা হোৎখ্রে।

প্রকৃতীগী ফজব শিংথানরকপদা ইয়ায়দা পুম্বুম শাংকায়জবী কৈলরাং থম্বালবু ফজবা শিংদা থানৈ। মচুগী নিংথিজবা অমত্তং পুখোক্লরকপদা শক্তিবুদা শাংপী কৈলহাও কৈলরেন, লাকচিংগী উনগেন ন'লবী গুণাপকৈ হেকতা মহায়নৈ। চৎপদা ফজবা হায়রগা, তেনব্রানা মালেমকৈদা চৎপগুম, য়ুমলমনা লিক্লা কানবগুম, রাহোংনা নোম নোম চৎপগুম,

হায়বা শোয়ত্রবনি। মরদং অসি হায়রগস্থু, হায়রিবা পুন্নমক অসিদগী হেন্না কমলাগী মতৌ লৈজে। চেংলৌ শকক্কমদং য়েংবদা শুমহত্তবা ঙমত্রবা, পুক্নিং হুনা মক্তরবা মাগী মশক্তি। ঐস্থু নোক্লগে, অদোমস্থু নোক্লো, কমলাস্থু নোক্লসহু। অত্তবু, মাগী মিনোক্না ঐগী নংগী মিনোক্না চাংদম্নবা য়াদে। মাগীদি চিন্নান্দস্থু নোকই, মসি নং ঐনা নোকপগুম্বনি। অত্তুগা মহাক্তী য়েংনা য়েংনা মিৎমৈ অত্তুনা মোমোন নোকপা অমস্থু য়াওই। মত্তুমতংদি ঐথোয়না তানবদা রারগনি। মরম অত্তুনা মাগা মায়োন্নহুনা নোকমিন্নরুবা তারবদি, নাকপমথৈ নেওগা কোম্থংদা কপনিংলকপা অমস্থু য়াওরকপ। অত্তুগুম মায়থিত্তুনা তোক্লগদবনি। সুরজীৎস্থু মাগী মিৎয়েং মাংদা মিকুপ অমত্তস্থু ফিভম চুন্না লেপ্পা ঙমজদে। য়েংবমক্তদা ইচং থৌবা ঙমজদবা মানা করম্না ফুংশি মকাদা পুক্নিংগী রাহৈ ফেংদোক্কদৌরিবনো হায়বসি থল্লুবদা থোয়না হেন্না অরাবা পোকখ্রে।

কমলা অমস্থুং রাধে অনিমক মতম অত্তু মাওবা সাইকল তোংথত্তুনা চৎলগে নিংঙ্গ্রি। নিপা অত্তুনা কবি হায়রক্কদৌরিবনো, হায়দত্তুনা তোকখিগদৌবিব্রা, ঙসাযগী মতৌ অত্তুগা হায়বদি করিমত্তা হায়রমদনা, কোংদোক্লমদনা চৎখিগনি হায়বদি থাজদে, অস্থুম খঞ্জানত্তুনা তপ্লি তপ্লি অত্তুম মচৎলি।

মমৈথংদদি অপাইবা ফুংশিং অমা থেংনগ্রহুনা “হেক্তা হায়বগা লোয়রে” থল্লহুনা সুরজীৎতু খোঙথাং কনথৎখ্রে। মথোয়'নিগী মনাক য়ৌগদবা চাওরাক্পা খোঙকাপ ৪'৫ রোমতমক

মঙায়রে। মতাং শুক্লরায়দগী মকোক খোংপা তেৎথ্রে। মানা নকশিল্লক্লবা অতদদি, কমলাস্তু কোৎৌ মৈশা অমৈনখ্রবা থুজং লৈগুম ইপং পথথ্রে, রাধেস্ত মপুক্কিংগী ফিভম চেংনা লৈখ্রে। সুরজীৎনা মকোক খোংল খাৎলহ্নবা মখোল নিক্লপ তৌনা হায়রকই, "করিগুম্বা'মত্তা হংজহৌগেব?"

রাধেদি কমলাগুম পুক্কিং শোন্থদে। কমলাদি মাগী মাগী হায়বহ্ন থোকপনিনা পংথজখিবনি। সুবজীৎনা হংনিংলিবা, খংনিংলিবা পুম্নমক অহ্ন হুংশিংবগী মর্বাদনি হায়বসি বাধেস্তু চপচানা থওই। বাধেনা খুমই, "কবি হংবিনিংবগে, হংবিয়ু য়ানি।"

ইকায়বসি নোক্লগা থব ফবগুম তৌব্রা? সুবজীৎত্তু নোক্সি নোক্সি তৌরহ্নন। হংলকই, "য়ুমবু কদাযরাই—"।

কমলাগী মতৌ যেংলগে থল্লহ্ননা বাধেনা হায়রকই, "নঙোন্দনি ইবেম্মা, হংলিবাস খুমউদনা।"

মতোম মতোমত ভাংনবা ওইরম্লবদি তঙাই ফদবনিনা কমলাহ্নস্তু খুমলকপা ময়ারস্বনি। অহ্নবু রাধেগী মমাংদদি পুক-হুংদদি খুমনিংলবস্তু তরায় তরায় হেক ইকায়বা মপান থোক্কুনা খুমদোকপা ঙমখিদ্রে।

কমলাগী হুংবনবা মতৌ অহ্ন উবদা রাধেনা খুমলকঈ, "আঃ য়ুম্নাম লৈকায়দগীনেইযে, মাদি নিপা উরবদি মরোল থোক্কেইয়ে, ণ্ম হংবিরিবযু করিগীনোইয়ে" অসি হায়রহ্ননা মঙক নোক্লপ

তৌরম্বনা নোক্লিংবা থাজই। কমলাগী মপুক্লিংদস্ত মহুমক হেক হায়হননিংবগুম তৌই।

সুরজীৎসু মানা হংবা থুদিংদা কমলামক্তা থুমলকত্রবস্তু, চৎমিন্নরবা মমান্নবা অতুন' থুম্রক্রবনিনা মপুক্লিং থরদি নেমথরে। মথা ত না হংবা ওম্বগী পাঙ্গল লৈরক্রে। লৈফম তাংদাওবা অমা থওদোক্লগা থবক মথা চত্থরগে থল্লহুনা অমুক হংই, "মুন্নাম লৈকাম্বগী কদায়গাইদা ওইরবনো ?"

রাধেনা থুমই, "পিগুম লৈরক্তনেইয়ে, করিনো—হায়গদোবহ্ন হেক্ত। হায়বিরম্লোইয়ে, থেংঙ্গ্রেঙয়ে চৎলগেইয়ে।"

পাউথুম থুদিংমক্ত "য়ে, য়ে" হায়তুন মমৈ তারহুনা কমলাগী মহুত্তা ঙাংবিরি।

সুবজীৎতি রাধেগী পাউথুম অহুগী নোক্লিংবা পোক্তে। হায়বক্লিবহু মঙোন্দনিকো হায়বহুত থল্লুবদা পংহাওদা হন্নাওই। রা ময়াওদা পায়থৎলহুনা অহুক হায়রকই, "লাকচনিংহুনা, য়েংজনিংহুনা তৌবনি। লম্বী অহুবু থর থর চৎচগে হায়রবু মতিক চাদবানিনা চৎচকম লৈরোইদ্রা ? মপু পানুথ্রবা লম্বীরা ? থওজনিংহুন তৌবনি"।

মচেক্ত য়ৈরগা মাগী পুক্লিংগী ফোংদোকনিংবা রাইহেদি ফোংদোকখ্রে। সুরজীৎ পাউথুম ঙায়হুনা লৈরি।

রাধেনা হন্দক থুম্নকদোরিবা পাউথুম অহুনা, কমলা অমসুং সুরজীৎকী মরাম্নবক লেপকদোরিবনি। মাগী পাউথুমদা অশোয়বা য়াওথ্রবদি কমলানা হায়হননিংদবা কয়া হায়দোকখিবা,

য়াওথিরমলবদি মাগী মায়থোংদা নিংবা থুংদবগী মনি তারম্লগনি। মত্থু ফাওবদি উবা ফংদ্রি। সুরজিৎকী রাহংগী পাওথুম অত্থু হেক্তা ইরায় লায়না, খুসি তৌদুনা থুমদোকপদি ঙমদবনিনা কমলারোমদা হায়কেৎ য়েংলগা মাগী রাখলগী মনম অমত্তুং নম্লগা শির সি, চংলগ চং হায়রদুনা "মপু পান্দ্রিবা লখীনেইরয়ে" হায়দুনা থুমদোকখ্রে। পাউথুম অত্থু হেক পীথিবগা কমলা-রোমদা ওনশিন্দুনা য়েংবদা করিস্থু অশাওবগী মওং উত্তে। রাধেনা খল্লি— "কমলানা পাম্বা পাউথুম্মক ওইরম্লবদি মুঙায়গনিদা।"

সুরজীৎথু পাউথুম অদুদা পুমপেন পেনখ্রদুনা, "অদু ওইরবদি, খোঙ্দাজরক্তু ভৈদা এগী পুক্নিং-লখী শেংদোকচবা ওইনা হয়েংথু পোৎ অমতং ...।"

রাধেগী পাউথুম অমুক ঙায়রমদনা অসি মথে হাযরম্লগা "লৈজহোরগে" হায়দুনা সুরজীৎ লৈহোরে। মাগী হকচাং কায়াৎ খুদিংমক মুঙায়রবা আশাগী ঈনা পুমথুং থুংনা চেনখ্রে। সাই-কল তোংথৎলদুনা তপ্না কোহথোক্লুনা থাংমৈবন্দ লখী মশাংদা লাক্লগা ময়ুম মায়কৈ পাংখ্রে।

কমলাগা মথোয়'নিস্থু সাইকল তোংথৎলদুনা তপ্লি তপ্লি থোরক্লে। থোনা থোনা রাধেনা হংই, "ঐনা হায়খিবা, খুমখি-বখিংথু কমদোই কমল।"। কমলানা খুমই, "ফরে, কৈদোবগে" রাধেনা অমুকস্থু হায়রকই, "মখা তাবদি নশাগীনিনা অমুক তৌজরো, ফোংদোকপদি ফোংদোকপিরম্লেদনা।" কমলা মখা মুঙ্লানা খুমদ্রে।

মখোয় অনি চিক্লবা লম্বী অহুদা তুমিন তুমিন ঙায়হাক চৎনরে। রাধেনা ৎংলাক খংজিল ওইনা হায়রকই, "অমদি কাউহৌরেদো।"

"করি কাউহৌরবগে?"

"নংবু মাগী মমিং খঙ্দে হায়বদাই।"

"উম"।

"মমিং হংবা কাউহৌরেদনা।"

"হোইনে রাধে"।

"হয়েং হংজরোকো"।

রাহং অহুগী পাউখুম, কমলাহু ইকায়মনখিবনা পীবা ঙম-খিদ্রে। অসুম্না ঙায়হাক রারী শানরগা মযুম লমদম পাংনখ্রে।

# ৭ শুবা শরুক

শুরজীৎকী মপুক্লিং অহু, কুইনা রানা মিশুগী পি ঙাদে ছায়বদা খাক্লা থিরুরবা কবিশুম্না পোৎশক অমনা ইখঙ্ খঙহৌদনা হেক কংলকপদা হুংঙায়বহুগুম, মথুম মরাং হৌরহুনা লমকৈ চৎলুবা কৈরুদনা মযুম তাম্না চুমত্রিং অহুম লাক্লে। হেক য়োরকপগা মাগী লাইরিক ঔরাইকম কাদা চঙ্লহুনা মকি মরোল তনহোং হোংদোক্লগা চৌকিদা কমথরে। কলম পুখোরহুনা

মহু মুক নিংথিনা হাঙজিল্লে। অহুদগী য়েখংবা মথুং অহনা মথদাং শৌরহনা চিঠি ইগদবগী রাথল কয়া খোমজিনবা হৌল্লে। মাগী বাথলগী মিংশেলদা অগানবা মমি তাবকপা অহমা ইবা হৌবগে থল্লহনা, "মতম কুইনগী মমাংদগী ঐন নংবু" হায়বসিকাও ইবা হৌরমলে। মসিবু নাতৈ চারিত্রনে হায়হনা মহুদা থন্দুনা ওাইহাক অমুক লৈরে। কমলাগী মাযথোং অহুবু মুত্তি ওইনা মাগী মমাংদা চিংশিন্দুনা ফমথল্লে। অহানবগী রাহৈ পরেং অহু ফজমন্দে হায়হনা অতেংপা। অমা অমুক ইবা হৌবে। মকোক হৌগৎলকপদা ওায়বিংশুবা মুমিৎ তাথোকখ্রে মথুংমক্তা লালটেন কোইশি থিহুনা অমুক থাঙংলে।

সুরজ্বীংকী ইমুং মহুংগু ফনা ইনাক কৈবাক খুল্লিদি হায়ববু নৌন। মুংওাযথৎশকপা ওইনা তৌরহনা বিজলী থাওমৈগী খুদোং-চাবদি ফংদ্রি। পোদোন, লালটেন অহম শিজিন্নরি।

অহুদগী মথা চথনা অমুক ইথরক্লে। ককথোক্ককশিনগা অমুক তোইনা লোয়রে। মীনা পাবদি থোকপা জাৎ নত্রে, মাদদি মথুংনিনা থওজৈ। চিঠিদি ইবা লোয়রে। রাহৈ নাতৈ চুংশরখ্রে। শিন্দোক্কদবদা মওাযরে। ইবা হেক লোয়বগা ফজরবা "রাইটিং পেড" অমথক উপু শো হাংদোক্লুনা লৌথোক্লে। মহু মানা হৌখিবা চহিগী মেলা য়েংবা চৎলুবা মুমিৎ অহুগী মতুং নিনি কোনবদা, করিগুম্বা লৈকায় থুঙং শাৎনা থিরুবদা শক-থওদবী মুজা অহুবু থেংনবা থোক্লবদি, মাগী থম্মোয়গী য়াবা খোঞ্জেলনা ঐনা তাম্না কৌজবদা খুম্বিরক্লবদি, মঙোম্না পীননবা চিঠি

ইরদা শিজিন্নগে থন্দুনা লৈশিন্দুনা থম্মথিবনি। মতম চারে থুরক্লুনা চেন অমত্তসু শিজিন্নবা লৈথিজ্রবা "পেড" অত্ত পুথোরক্রবনি। মহুগী অহানবা ঙোরবা চেনা অহুগী মথক্তা মচিন পিক্লবা কলম্না কুপ্প চেকশিন্না ইবা হোৌরক্লে। পুংখায় অমুক্তা মমুংদা পুখলোয় লোয়খ্রে। মকোক্তুগী মথৈ ফাওবা ফরান অহুই কাগদোবগী পাবা হোৌরক্লে। চিঠিগী মরোল অহু, অমুম তৌই ;

চেংলৌ হেনবী মুজাও,

কুমজা চুপ্পা ঐগী রাখল লুবাকমুংদ। কাউওমদ চৈরেনা কুপ্তুনা থমলুরব, অহুটৈ মেলাগা চিরবা তানকমদা অশাগী ছুলিকা পায়রগ। ঐগী মকত্রবা থম্মোয় লাইম্মুম'থক্তা মেকক্লবা নংগী মুংশি প্রতিমা, পুন্সিগী লৈকংলা ময়ায়দা খোৌরাংবনা তৎলবা লংটৈ চংপা। মায় মায়চীকাবু ঈশিনি থন্দুনা মীতাথিবগুম, মুংশি মায়থোংহুতবু মীতাক্লম্নবা হায়হুনা ঐগী শরুক তমগ্রবা ফংওমদ ফংথিবা তাংলবা মিকুপ থরহুবু মরিন তক্তুনা শিজিন্নরগা, খোৌরাংলবা মিৎসিনা মুংশি চেংলৌবু মীতাক্লবদা, ঐগী মিংথেংগী লম্বীদগী অয়ুকী লৈচিল নোংফাইনা কৌরৌ মৈশাদা মাওথিবগুম, মাওমদ মাওথিবদা ওইহোৌইদে। তরং মালং পুজিসে।

ফোংদোকফমদি লৈরগা ফোংদোকপা ওমদহুনা চাকপা মৈচাক, কোংদি ফোংদোকনিং ফোংদোকফমদি লৈতহুনা চাকপা মৈচাকা কৈদৌমুংদহু ম'মবা য়াদেদো। অতবু ওসিদি, কোং,

দোকক্ম থঙলুত্রবা পুক্নিংগী য়ারা কয়ান' থম্মোয়স্থু'দ য়ামৈগুম গুমছুনা চাক্লকপনা, থাজবা গুমলকত্রে নিংশিংবত্তন' হিংছুনা লৈবা গুমগনি হায়বসে। মরম'তনা, পুস্নিগী তাংলবা খেনক্মদা সুংশি মিৎয়েং মিৎচানক্লবদা, য়াথলগী তাম্থা চান্না শিঙেলনা লৈশাং ত্তমজক্ম লৈকোন্দা, পাথং খোঙদোহ ছনজরগে অপাম সুংশি কিজিনচন, থম্মোয় সুংশি পাউদমজরগে, মপোক মপোক অসিমগী "সুংশি" কোংদোকচরগে। হায়'নি'বা য়ানা থম্মোই থম্না লৈরবস্থু, সুজাই পুকচেল থঙদনা করম কোংদোক্লসিগে য়ায়বা পুন্সিগী চাম সুংশি ইপাউসে। কুমজা'ম চুপ্না নিংশি লংলা চহমগা হমকুমঙানা তাহুনা শুংলবা য়াশক্কী কাব্রং লংলমদা থরায়–হকচাং, পুক্নিং-আশা, ঐগী পুন্স, ঐগী থম্মোয়. ঐগী য়াথল লৈরাং লৈথন শুনা লেংজরগা সুংশি থুদোল ত্তমজবা, চেজেৎত পাউজেল্লকই হায়ছনা লংনবীগমুকো পুন্সি শায়োল গুইরিবী। শজিবু সুংশিং লাংবদা কংলবা উনানা কেনঙমদ কেনখিবগুম মাঙহনবিগমুকো অরেম্বদা পাঙত্রবা ঐগী আশাসে।

সুংশি নপাউথোলতবু ইথৌ লাংনা ভায়জরি।

"নহাক্কী"

মপোক মপোক থু'দিংগী

চিঠি অসি ওয়া ওয়া অহুম মরিরক পারে। করম্না পীগদগে হায়বগী য়াকম অমমুক লাক্রে। কয়ারক হয় থল্লবা মতুংদা উপায় লম্না খেংনরে। মানা থম্লি, "হয়েং অচৌকপা তাঞ্জ কংত্রবস্থ

ক্ষোংনা পীবরম্ভ খওলহোইদবা কলম মহুং অহুদা হাপ্লগে” হায়হুনা কলম মওক লৈথোকখ্রে। মহুংদগী মুক অহু থোও-নাওবোমদা মথুং থিদোক্তুনা হৈদোকখ্রে। মহু তেংথোক্লগে খল্লহুনা হোৌগত্তুন ঈশিং থিবা চাকশংলোমদা চংখ্রে। চিঠি অহ পীক্লা থুপচিল্লগা থমলে।

মিকুপ খরগী মহুংদা থোৌবাং পুম্নমক লোয়রে। হুমিদাংগী চাক চাবা তোক্লে। ইশৈ মতেক অমা উমশাইল্লা ভংলহুনা সুরজীৎ ফমুং চণ্ডখ্রে। ভসায়গী থোৌদোক ময়াম. হয়েংগী ওইবা য়াবা মওং মতৌ পুম্নমক খম্ন খম্না অহুম তুমগখ্রে।

কমলাসু কোলেজ হেক কুমলকপদগী মপুক্লিং অহু তয়াং তশোইবা অমগা য়াওনা লা তক্লাখবনা ইমুংগী খবক ইনথাংগী শিন্থোং শিল্লম ফাওবা পুমকাউ কাউখ্রে। চিখ ন.স্থহৌবা কোক-থোং অমসু য়াওরে। শেরান-তুরান তৌশিনবনা কোঙ্গাই অমসুনি। কোলেজ কুমলকপগা মহোৌশাগুম চরা রানবা লোয়-বগা কোন-লিক কেংব থোরকপদা, অহেংবা কেন অহু চাম-থোকপা কাউহুনা পুশিল্লগে হায়হুন পরপ পরপ লাকপদা মথুং অহু জ্রেং জ্রেং লাওই হায়দুন যশুবদা হুরা পায়রুংগী অমোংপা অহুনা ওইরমলে। “হৈম, কোন চামলমজ্রেনেহে” হায়হুনা তনহন হল্লোকখিহুনা পুথ্রিদ অমুক কুমথরে। “ঐগী হৌজিকী হুবু মী উরমগজ্রা, উরমদ্রবনি ফনিদ,” হায়হুনা মতোমত অমুক ইকায়খৈঞে। থোংগ্রা অহুদা ইবেন কমলগা কান্দি চামজ্রহুনা ঈশিং লোমদা হায়থ হায়থহুনা শাংলিবা লাংবন থাগী শাজিন্দা পোম-

শাৎনরকপী তখেল্লৈগী লৈকাদা খোইমুনা ঙং ঙংহুনা লৈহী খিরিবত্থ অমুক য়েংহুনা লৈংথোকই। মানা খল্লি, "মসিগী ঐগা অমহানিহে, খোইমু অসিনা ঙংবদি তাই অহুগা লৈরাং'সিদি রা মচেৎ অমত্তুসু ঙংবক্তে, ঐদা নত্তেবগ," হায়রহনা কোন্নু চামথোক্লে। অহুদগী, ধুপ থাওমৈ কংপগী পৌরাং তোক্লে। তুলশীবোং অহু ফাওবা রাই শিংলগা তৈগনি হায়বা কাউথোকই, মমা লাক্লবদি চৈররগনি হায়হুনা কোম্থোংলোমদা য়েংনা য়েংনা কেল্লমলিবা তুলশি মনাশিং অহু মথুংনা হেক থুন্দোকই। মনিং মমাং ইওন ওাহুনত্তা লৈখ্রে অমা অমুক তোকরে, শেরান-তুরন হেক তোরম্মী, "ইহে ঐদি ঙাওরেদন।" হায়হুনা মত্তোমত্ত অমুক শোইঙ্খে।

হুমিং তাশিল্লক্লে। মমানা পোংকুপ চৈকুপ লৈরগা হঞ্জিনলকপদা, "হমুংগা খবক ইনথাংনি হায়হুন অমত্তা তৌশিল্লমদব'সিবু ঐবু অমুক লোত্তানরিবা হায়বহুরা," পংচৈ চৈররে। কমলানা খল্লি, "এবু ফনা য়াম্না তোরম্নবদায়নে"। অহুবু কমলাদি, "চৈনিংলগা চৈজো, চৈনিংত্রগা নখদা' চোক্লগা তোকচখো, হাৎলবা য়াত্রা," হায়হুনা তাশিন্নদনা অহুম লৈখোকই।

কমলাহু মমানা শাওবা খরা ফম্নবা হায়হুনা চাকথুম চঙখ্রে। লাইরিক ঔরাইবগী রাখলকা মতোম্দা চংবা পোৎ নখ্রে। লাইরিক তমলিবনিকা হায়হুনা তৌরিবহু, তমদবা য়াদে হায়বগী নাওংদা তম্লিবা জাৎনি। কোলেজদি নোংমগী লেপ্পুনা অহুম কাই। লাইরিক্ল ঔরাইনিংদে। পানিংবা পোক্তে।

মশানসু "ওইরোইনৌবা জাংনি," ওহুম খৈজে। থরগা ঔরাইনিং দবগী মথক্তা হুমিং অহুমসু টেবল মনাক্তা ফাওবা চগুলুজে। করি-গুম্বা মীওইবনা মপুক্লিংদা সুংঙায়বা য়াখলনা পিক পানা লৈগ্রবদি, অংাওবগী মতৌগুম্বনি, মরম ইচা চাত্রবসু হেক্তা নোকই, কম্নি। মাগী মপুকসুংদা করি লৈহ্নুা তৌরিবনো হায়বহু মীনদি খঙদ-বনিনা, মিহুল চোয়হ্নুা তৌরবোই ফাওবা থল্লি। ভশেংবদি মহু নত্তে। কমলাসু চাক থো'না থোংনা মথুং ওই থংবা অহ্নুা থোওবা শা'রগা মঙক অহ্নুা মখুউদা শৌরগ, মমায় লৈথোক্লপ তৌর-হ্নুন মথুং য়েং থংবা অহ্নুা চেগপ অহু পায়রহ্নুা মতোন অহ্নুা লৈবাক্তা লৈয়ি চিং চিংহ্নুা শান্নরি। অমুকসু মতোমত থিক থিক নোকই। লৈর'গী শিং অহু শেমজিনবা ফাওবা কাউই। অহুকসু পাখংলক্লিবা চফু চবোনগী মনিল অহ্নুা ক্রি ক্রি হেক কামলকপদা। "করি চাগেনা পাথবশারিনে" হায়হ্নুা চেগপ অহু লৈবাক্ত থমলগা অশাবা পোংনি হায়বা কাউথোক্লহ্নুা শায়বা কোনথুম অহু মথুংনা লৌথোক্লগা লৈবাক্তা দং হেক থাদরগা মথুং অহ্নুা মনাদা থংপায় পায়শিন্নুা আশাবা অহু থাঙই। মপুক অহু মোরোক শিংলায় নাবদোনা প্রোক প্রোক হেক চাকথেকই। মাগী মতৌ অহু উবদা শাওহ্নুা তৌরিমান্নে থলহ্নুা মমানা, "নিংথি নিংথিজনা তৌ, চফু উয়ানকা কায় লাকনি" হায়রকই। মচিন্দ মুরুম মুরুম হেক শোল্লি, কমলাহু।

নিতিগা মামত্রবা অ সগুম্রবা থোদো অসি সুরজীৎকী য়াখলদ লাকহংখিবনা থোক্লিবনি। মিকুপ অমত্তসু অতৈ অতোম্বা

য়াখলদা চোয়থোকপা ঙমদব্দগীনি। মীওইবনা লন-থুম য়াৎত পাদবা মথৈ পৈশিল্লগা মোস্তেক মোনহুম'খক্তা হুংঙায়না লৈবা অহুগা, য়াখলতদা হুংঙায়বগা মহু'ঙায় মায়দে। অহানবগী অসিনা লন থুমগীত খনবদা, নিংঙকপা খুদিংমক পাওথোকপা ঙমলগনি হায়হুনা হুংঙায়জবনি। অকোনবগীসিনা, ফংঙমদ্রবা পোৎশক অমা ফংগদৌরে, নিংব থুংগদৌরে, হায়হুনা হুংঙায-বদ্রিয় নিংলক, নিংলকপদা হেক থুদ্রবুদি, থুংগদৌরে, ফংগদৌরে হায়হুনা মতম ঙায়বনা হুংঙায়বা হেল্লি হায়নবদাযদো। কমশাস্থ মহুনি।

চাক লোয়রে। মপাবুং অমসুং মমাদ চাক তাক্লে। ইমুং অহু মমা মচা মথোয় অহুমদগী হেয়া লৈজ্রদে। শ গৈ নাতৈনা তোঙানবা য়াকম ১নি। কমলাগী মপাবুংসু শেল কাবক মপায়জৈ। লৌ পরি ৫/৬ অহুম মরৈজৈ। মীনগা য়ামদবনিনা চাবা-থকপা মনিং থুংনা, চাজৈ খকচৈ। মপাবুংহু থবক তৌদে। লাইয়েক লাইওস্থ ইবা পাবা থরা ঙম্বতনি। মাগী হায়ববু মরক মরক্তা লয়ায়দা কুমহুনা কৌ-চেংগী ময়মদা য়েংশিন থোৎচিল্লি। ইমুং অমগী মহুংদা নিপানা তৌবা য়াবা থবক খুদিংমক নিয়ম নাইনা চথৈ। অয়ুকী থবক ইনথাং থরগা, হুমিদাংগী চাক থোংবগসি কমলাগী মথৌনি, অতৈদি মমানা অহুম মতোই। মতোমতগা পোকপনিনা মানা তৌনিংবত্ত তৌহুনা লৈ। শেৎপা চাবা মীনা হেক তৌয়িবমথৈ মাস্থ শেত্তবা চাদবা লৈতে। ময়ম অহুনা থরদি মকেৎ লমহাইনা মরৈরে। ওসি হুমিদাংয়াংরমগী থবক কয়া

অদুগুম্ব অতৈ মতমদদি, তৌনিংঙ্গা তৌ, তৌনিংত্রগা তেক তৌবনি। মতুনা মমানা চৈগ অমু কমলানা থ্রা ওইনা লৌদে।

সুমিৎ অতুদি চাক চায় চাক্কম থগুদে, য়েনশাং মহাও ফাওবা থৈব্রবোই নিংই। অবাব থগুদে, হুংগায়বা থগুদে, রাথল হায়বসিগী বন্দিবু হেক মগু২থ্রবদি মাস ঙাক্তুনি।

চাক চাবা লোয়নবে। কমলাসু মথোগু মথুং হামদোক্লুনা ত্তুমক্কম ক্যাপ চগুশ্লে। ঙসাবগী থোদোক কয়াছু নিংশিংলুবদা কনা কুইনা ভুম্বা যাদত্তনা ঙাওন শাওন তৌদুনা লৈবে। অমুকসু থল্লকই, "ওস্থোক্লা ইকায থিগ্রেদকো ঐসে, করিগুম্বা অমগুসু ইচিন অসিনা থুমদোকপা ঙমহৌদেদা, মশক অদুত উরুবদা হকচাং অসি হেক্তা তনিক তানকপসিবু করিগীনোনে, ওস্থোক্লা মীগুমদবা হাযবত্থু ওইরে; বাবেমক য়াওরমত্রবদি ঙসিচমসু তোক্র-বনিদো। রাধেদি মানা হায়নিংবত্থু ঐনা হায়নিংবদগী হেম্না হেক্তা হায়দোকপা ঙমই, ঐ দ ঙমদে, মসিনা করিগীনা"? মাস হেক থল্লুবদা শোল্লবা মা গী পয়ে য়না শোম্বাংম্না থুমলকই, "রাধেদি নংগা মাম্রদে, মাসু মাগী ওইবম্রবদি নংগুম পংথবী হৌবমগদবনি। শোযদবনি, রাধেগী মত্তাং পোব্রকপদ নংসু মাগুম ইচং থোগনি, মানা নংগুম শোম্বথিগান"। মথোল থোক্তুনা অমুকসু হংই, "অদুবু হয়েং অসিবু কমদোদগে, ঙসিগুম কুম্বংনহুনা লৈহৌর-গত্রো?" মসি হায়ম্বগা থম্মোযগী পাউথুম অমুক তারগে হায়তুনা মথা ওল্লম্বদগী অরাং ওস্থোক্লগা মনা থাঙ্গৎলহুনা মীচিক

মীয়াওখোল তাত্রব। অহিং অহুদা থম্মোযগী পাউথুম ঙায়হুনা লৈরি। থম্মোয়না পাউথুমলকহ, "য়েংবী-নবা লৈববা মতম অহুতদা ইকায়থৌবী ওইংদবনি, নুংনা ফন ইকাযহনস্সু যেংবিনবা লৈত্রবদি নশানা নশাবু ইকাযজবা নত্রা? ফুংশিব মাগী মক্ময়দা অহুক কুইনা ইকায়থৌহুনা লৈববদি মাঙোন্দা "ফুংশি," কবম ফোংদোকপ। ঙমগদৌবিবনে, মাস্সু মতোমত লাকই, নংস্সু নতোমত লিথোবকপা ঙম্মনবা হোৎনৌদনা, অ'চকপদা কনাবু ইকায়গে হায়াববনো, নপুক্লিংগী রা'হ অহুদি চিন্বান্দা ফোংদোকত্রবদি মানা কবম ংঙংদগে"। "হোহ মহুস্সু চুম্মি, অহুবু বাধেদি ঐগী চাম্নববা মরুপনি, কাবে কামিন্নৈ, বুমলে কুমমিন্নৈ। ফুংশি রাগগী অহানব সবগমগী শৈহৌদি মানা তম্বীথিবনি, মা যাও-রবদি, ঐনা খোজেল নিক্না নিক্না হাযবক্কদৌবশিং অহু মাগী মমাংদা ইকাযজে, অহুগা মাবু লৈহোরে হাযগদবস্সু ইচিন অসিনা করম হায়গদগে, নিকস্সু হায়বস্সু য়ারোইদো খোজেলসে, করম্ম-নো ঐনা তৌগব" কমলানা লোম্না হংই। থম্মোয়না হায়রকই, "অহুদি নংগী বিধি বিধাতানা তমগ্রবনি, নিক্লে হ য়রবস্সু নিকচনস্সু, মহুনবু হেন্না কৈ, কান্নদে তুমতুম তুমলো, থোক্ল থোক্লবা লাক্কনি, নিংবু নিংলবদি থুংদবা লৈতবনি, নংস্সু ঈশ্বরনা শেম্বিরকপনি মাগী থুয়াদা চংজৌ"। মসি মথৈ তারিবৈঙে মিকুপ্তা, নিত্রা দেবীনা নারোম্নগী চেম্বেরকুনা মথুবাক্ত। মীওম লাইরা মস্র শোম্নগা কমলাগী খোঙদগী তোন ফাওবা অমুক্তদা নাম্বিখ্রে। কমলা ইশি শিনা তুমথখ্রে।

মথংগী অযুক্তি।

মু'শিনবা শাবী শানৌ অনিগী মরক্তা পুক্সিগী অহানবা মু.শি খোঙহৌগী, থম্মোয়গী পাউদম, পাউথুম হায়নরিবনি। অসিগুম্বা মতাংদনি, মিকুপ অমবু পুংজা অমা, পুংজা অমনা থাবুম অমা, থাবুম অমনা কুনজা অমগুম থমৈ হায়রিবসে। অসিগুম্বা তাংকক্তনি, থিরবা শক ফাওবা মঙাল তানা ফজরকপা চারবসু চাত্রবসু ইথম্দ থন্দুনা লৈব, য়ুমদা লৈরে লৈকম থগুদবা, চংলে চংফম থগুদবা, মুংশিংনা অপু অপুবা মায়কৈদা মায়রৈ তোয়বা হিনাওগী পাম্দমগুমলকপা।

সুরজীৎ, কমলা, লমদম তাম্না লৈনরবসু অমগা অমগা উম্নহৌনা রারী শাবগুম তৌরি। মখোয় অনিসু শাবী শানৌ-শিংনা ফংলিবা মুংঙায়বগী শরুক অহু ফংলিবনি। সুরজীৎসু চিঠি পীবগীদমক্তা থল্লুবদা অরা মুংঙায় ইয়ান য়ায়না লেপ্লি। কমলাসু মুংশি মপাউখোল অঞতবু তাক্সবা ফংলগনি থল্লুবদা পুংমুংদ মু'ঙায়।

মখোয় অনিমক লাইরিক তম্বগী ভাব ইচং চংনত্রে। নিংনরিবা আশাশিং অহু কোংদোকপ্নবগী মাথলত তৌহনা লৈনব্রে।

কমলাগী মশা অহু চবং য়াঙ্গোয়নবা অমা অসুম অসুম হেনগংলকপগুম তৌরি। মসি হৌনশা ওইরমাল্লে। থল্লুব্রবদি থরহুম ফবোই নিংই। অহুবু থন্দবদি ঙমদে। থন্দবু হেক থল্লুরবদি, মুংঙায়—মুংঙায়তবা চরম হেক্তা ফুনগংলকপা জাংনি।

ওন্থোকপনি! কয়াদা থুনা পাইশ্রবা মশা পাল্লবা মিকুপ কয়াসে। পুং ৯ তাগ্রেমেসে। অসিকাওবা ওয়রকপদা কয়াদা রানা থাগুলকলিবা, কমলা। হৌজিক্তি মাস্থু মকি-মরোল শেং-চিনবা পোয়রক্লে। সনাগী মথক্তা তম্ফা থিম্বগুম, ফজহনত লৈরবা মশক অহুদা মকে অমুক শেমখ্রে। লাই মচাহু ভারথ্রে। হোয়, লাই মচানী, ফজবা কৌবা লাই অহুনা শেমলকপনি, মাগী তালোয়নি, কমলা।

খোয়ক্লে, সাইকল অমা ইল্লহুনা কোন্থোংলোমদা। অহুদগী, মনিংলোমদা থরা চথরগা রাথেবু কৌরে। রাথেগী মমান, "ইবেম্মা মাদি মশা ওমদহুনা লৈরে, ওসি নোংম নিনিংসদ লেপহল্লগে," হায়রকই।

কমলাহু, "ঐবু ইতোমত্ত থাদোকপীরবোইরে, করে অহু মঙায়রে," হায়হুনা পুক্নিংদা থল্লগা "ইমা অহুদ ঐস্থু হোরেল কুমলক্লগা লাকচরগে, কয়াম কম্না ওমাত্রবনো রাথেবু," হায়হুনা হংই। মমানা থুমলকই, "থোইদোক্না কম্না ওমদবা নত্তে ইবেম্মা, মাগী থাগী — "। অহুদগী কমলাস্থু "চৎলগে" হায়রগলগা অহুম লাক্লে। মতোমতা কোলেজ কায়ক্লে।

লম্বীদা অচৎ-অওক কয়ানা য়েংবদা মিংকম হোংনদে। "কনাগী মচানোনে, ফজথ্রেদা, চীং-লেমথ্রেদ," অস্থুম্না শোম্ন শোম্নহুনা লৈহৌই। থরা তোয়না উবা কাংবুনা, "উম ফজগ্র-বনি, চবা হাওগদবগুম নিংবনি", হায়নরি। পাথং থরদি মানা লাকপহু য়েংগদবগী চাক ওস্তা চাথোক্লগ। মড়ী য়েংথুনা, শোরোক্লী

চিদায়দা লেপ্লহনা ভায়নরিবনি। কমলানা নোংথাংগুম হায়ক্কেৎ ভাল্লম্বহ উহৌরবতদা নোংম'হুগী থবক অমা লোয়রে থম্নরিবনি।

কমলা কোলেজ য়োরে। অহানবগী পেরেড মথ নংহৌ-ররোই মত্তাগুম হো হো তৌরহনা ক্লাসতা চঙখ্রে। প্রোফেসর অহনা মখোল হেক তাবমথৈ লাওই, ভাংই। ময়ামদি তারিগদ্রা অহুবু কমলাদি মথ তাবা নৈতে। হুমিৎ অহুদদি কোলেজগী লাইব্রেরিদা য়ানা ভায়জররক্রিবা পুন্সিগী হুংশি লাইবক চাংয়েং মিকুপ অহুগী .হয়া লুবা নত্তে, হায়বতুফাও য়োৎম্রে।

অমনা অমবু মসিনা হেল্লি হায়নভায় নৈতন মখোয় অনিমক হুংশিবনা থম্মোয় থম্মোয় অমম্ভ ওইশিন্নপ্রবনিনা কমলানা ক্লাসতা তৌরিবা পুম্নমক অহু সুরতীৎসু মত্তোই। লেকচর অমত্ত মভোম্মা নাচুংদে। মাবু লাক্লমগদ্র ? লাক্লমদহুনা অরেম্বদা শাগৎচক্লরিবা হুংশি আশাগী ফুরাসে নিংথায়হুনা তোক্লগদ্র ? মরিম্ভ থনবদা মশা অহু পুমথিৎ থিৎখ্রে।

ক্যাংশি য়ৈখ্রে। হোং হোংহুনা চথবা কোলেজগী ক্লাসনিনা. অমনা অমদা চৎখি, অমরোমদগী অমদা লাকই, কোলেজগী মাঙ্গোল মশাং অহু ছাত্র ছাত্রী ওয়াশিংনা চিক্ক চায়নবা য়াদবমথৈ মিকুপ থম্না চথোক চংশিন তোম্নমলগা খাই হেক মাঙখি।

অসিগুম্না তাঙ্গা'দিগী মী থরা চৈকুরক্লবা মতমদনি। ভরাং সুরজীংকা, কমলা অমসুং র'খেগা উর্মিথবহু। মকম অহু মখোয় অনি কাউনবা নৈদ্রে। মকম অহু কাউভমদহুনা মখোয় অনিমক ভরাংগী মত্তোগুম নাকল য়েংলোম ওইরোমদগী লাকনরি। অমনা

অমগী অ শাদি থঙ্নবব'নিনা ইকায়নবস্তু ভবাংগী চাং অহুদি য়োনদ্রে হায়দি শক্ক' শক্কা হেকঁ উনবদ মবোল থোক্তনা পুক্লিংগা পূক্লিংগা রা তানথিবনি। হন্দকমুক্তী "মানা পীরকপা ঐনা লোহোবা ; ঐনা পীখিবা মানা লোগৌবা" অস্মুম্না মহৈ মহৈ থল্লহুনা লাকপনিনা হুংশিবগী অনোবা প'থৈ অমা লান-শিন্নরক্লবনি। কমলাহু লাইরিক মচা অমনা মচিন্বান ত'থায থুমলহনা, কবিগুপ্না স্থরজীৎন নাহং অমত্তং হংলক্লবদি ইকায়বা অহু মহনা ভাবথোক্লগা হেক্তা থুমলগে নিংলহনা লাকলি। স্থরজীৎস্থ মাবু লাপতক্লা হেক উ'খবা মিকুপ অহুদগী "ফবেদা ভসিদি মাস্থ মতোমতা লাক্লে, ঐস্থ ইতোমতনি ইনিং তৌনা ক্ষোংদোকচবা যানগনি" থল্লহনা জেপ্তু মাবহুন কলম'হু য়াওবিব্রা, তাহৌরব্রা হায়হনা মাহুনা যেংই। অস্থুম লাক্রম্লগা চিথেক মাইরবা চাওবগা চেক্কী য়ুস্বী অমগী মক্কমদা কমলা থুপ্তুনা লৈখ্রে। মতম অহুগী মকম মহাক্কা পীখ্রে। চেপথ চেপথ স্থরজীৎলোমদা অমুকস্থ যেংলকই। মহুমনা মানা থল্লিব'হু স্থবজীৎনা খঙদ্রব্রা হায়বগী নাও'দনি। স্থরজীৎস্থ লেপ্পা লৈতনা চুমত্রিং অহুম য়ানশিনখিহুনা "কলম'সি অমুক্তা পায়'শিনবিখোবা—মহুগী মহুংদা —" হায়রহুনা কলম অহু জেপ্তুগী শক্তো'ক্লগা য়ুস্বী মক্রম অহুদা ইকায় ইকায়না মথুং অহু থিংজিনখ্রে। কমলাস্থ মমায়দি লৈখোরক্লনা মথুং অহুতা মাপ্পী লেংজুম মথক লাম্না তিংখোরক্লগা কলম'হু লৌখ্রে। করিস্থ ইতৌ তৌদবা শারহুনা কমলা লাকপা মাঙ্গোল পরিং অহুদা স্থরজীৎ চংখি। স্থরজীৎনা লাকপা পরিং

অদোমদনা কমল' চংগ্রে। লম্বী অমত্তদা মথোয় ফনিম্নক থুনা চংনগ্রে।

সুবজীৎকীদি পীরমলে, লোইরে। মানা পাঙ্ খোঙ্কে নিংলম্বত্ত থুংগ্রে। কমলাসু মাহু লৌনবগীদমক্তা লাকই। মাগীসু মহুমদি থুংগ্রে হায়ববু অমদি রাংলি। চিঠিগী মরোল পাত্রি। অহুতগী লাংতক্লবনা খঙ্ হৌদনা মশ' ঙমশিল্লকত্রে। মহু অনৌবা পোৎলুম অমা শাপকৎলকপ'হুনা ওইরমাল্লে। কোক চিকপা, লোক খুলাইগী লায়না নত্তে। পানিংবগী লায়নানি।

"পীবগলেকো, লৌবেহৌকো" হায়হুনা অসুম খম্না খম্না লাকপনা মফম মরাং ইখঙ খঙদনা সাইকল থমফম মনাক্তা কমলা লেপ্তুনা লৈবমলে। চংকে হায়হুনা মফম অহুদা চংপা নত্তে। "য়ুমদা চংলগা পারুরগদবনি" হায়বা রাখল অহুনা মাবু মফম অহু তাম্না পুবিরকপনি। মাগী মতৌ অহু উবদা মমাম্নবী অমা অনিথক্ল, "চংলগেরা কমলা, কৈদৌরে অসুক ঙম্না" হায়রকপা মতম অহুতদা নিংশিংলকই। "হৈমা, ঐদি সি য়ৌরমলবোইবে'' হায়হুনা তুমিন্না খঞ্জরগা, মীনা মরম লৈতবা মানখিবা তারে হায়হুনা "অং, ঙসিদি ঐ থরা হানজরমলগে" হায়রগা মথা তাদে। ইকায় খাঙদগী সাইকল অহু শো হাংদোক্রগা অহুম ইম্বোরকলে। মমাম্নবী অমনা মথুৎ শিংলহুনা, "মাইসে রাধে কারক্তবা অহুদ' তৌবা ওইরিনি" হায়হৌই। কমলাসু পাউথুম পীদে। "মহুদা অহুম থাজহৌরোকো নখোয়" হায়হুনা পুক্নিংদা থম্লগা, নোকমি নোকমি তৌহুনা অহুম লাক্লে।

লোইরে।

রাখলসি পুমথনদ খল্লগা খু ভায়বা অমসু নৈ, অয়াবসু নৈ। থোঙ্না চৎপদা থথাদকা য়োবা ঙমদবা, লোইবা থম্বা নাইদবা লম্বীকাসি মিকুপ্ত য়োরবোই নিংই। কমালাগী অতৈ অতৈ অমা খল্লুবা লৈরুদনা চিঠি অদুদা য়াওরম্বা য়াবা মরোল করাহুদা খন্নুনা লাকপনা মযুম য়োথিবা থঙ্হোক্লে। কমলাগী রাখলদি অয়ারগী নত্তে, খু ভায়বগীনি।

মতম ইচা চাদনা মযুমদ। হেক হল্লকহু উবদা মমানা "কৈদোরে ঙসিদি অহুক ঙম্না হল্লরুবদি," হায়হুনা হংই "ওঝা শুনদ্রেইয়ে অহুনা ছুটি থারক্লবনি,', কমলানা অসুম্না খুমই। ছাত্র ছাত্রীদ অসিগুম্বা পাউথুমসি অয়াম্বনা হৈনৈ। মমাসু চুমদ চুমজদোই নিংলহুনা মথ তানা হংলক্তে।

অমুক থিম্বদন কমলাহু মাগী কা য়োমদা চঙ্খ্রে। লাইরিক খাউদগী কলম অহু লোথোক্লে। খরনা খু খু কামলহুনা মযুম অহু হাংদোক্লে। কলম অহু মঙক য়াওরমদে। চিঠি অহু পিল্লা কোনশিল্লগা মথুমগা মশাগগী মরক্তা ভংথায় ভংথায়, হেক শক্তোক-পদা রেয়া তৌদনবগী মওংদা হাপলকই। মহু ইরেম্না লোথোক্লে। কোনশিন্নলমবহু হন্দেক্লে। চিঠিহু ক্যাক্তোক্লগ পুক্লিং চংনা পাবা হোরক্লে। অহানবমকুদা "চেংলৌ হেনবী খুজ্জাও" হায়হুনা হোরমবহু হেক থেংনরুবদা "ইস! ইস! ঐবু ক'রদা কত্তরহুনা" হায়হুনা হেক শোল্লি। শক কক্তবী অদুনা মাগী মশক অহুবু মীনদি থগৎপীদনা মতোমত হেক থাগৎচরবদি,

মতগুম্বা মীহু মীনা কয়া মুংশিদে। কমলাদি মশক ফজৈ হায়হুনস্থ শোইচং রাংচংনবদি তেৌদে।

টেবল মনাক্তা অস্তুম লেপ্পা লেপ্পা পারমবদগী অরাংথংবা পোঙনাও অহু হাংদোক্লে। ইল্লিবা মফি অহু রাই চিল্লি হায়হুনা ফিয়াম্দা যানশিনখ্রে। ফমুংদা চঙখ্রে। উপ্রাক্সা হিপথখ্রে। অস্তুম্না লেং-ওংপদা মফি অহুস্থ কোমদানখ্রে কনাস্থ লৈত্তবনিনা ইস্থ ইকায়বীদে, থনস্থ থনবীদে। চিঠি অহু নিংথিজন তিংথোক্লহুনা মোন মথক্তা থমলে। মথুং অনি'হুনা মথদাং শেৌনহুনা হান্নদগী হেন্না মপূক্লিং চংনা পাবা হৌরক্লে। মতাং মতাংগী ওইনা "হুঃ হুঃ, ইঃ ইঃ" হায়হুনা অমুকস্থ নোকই। লোংনা অমুকস্থ হিপ্পী, মথুং অনিহুনা চিঠি অহু পায়হুনা থাঙংলগা অমুকস্থ পায। অরোইবগী "নহাক্কী মপোক মপোক খুদংগী" হায়বা পরেং অহু হেক পাবা লোয়বগা, "ঐস্থ, অদোমগী মপোক মপোক্কী" হায়হুনা লোন্না পাউথুম পী। "ঐগী ওসরবা, মাগী ওইগ্রবা" হায়বসি হেক য়োৎকপদা নিং তম্বা ঙাংলকত্রে। কমলাস্থ স্থরজীৎকী চিঠিগী মথা পোনখ্রে।

চিঠিগী পাউথুম অহু অহুক্কী মতিক পন্দনা হন্নিংই মহুদি কমলাহু রাধেগী মনাক্ত চংলগা চিঠি ইবগী মতাং'হু তানক্সরগে হায়না লেপখ্রে। ফমুংদা অস্তুম রাথল তৌহুনা হিল্লমবদগী হৌগংলক্তুনা ফি মতেক ঙাংলৈনবা অমা ইনশিনখ্রে। চিঠি অহু ফিরৈদা য়েপশিল্লহুনা রাধেখোয়দা চংখ্রে।

রাধে চায়বী কুণীমচা'সি য়াম্না মিংশিং নাশিংই, রাহৈ রাতা, প্রধান পাইশ্থ ওম্থোক্ল হৈ। মসি মী অমমমগী তোপ তোপ্পা গুননি। কমলাদি মপুক্কিংদা নিংজরবস্থু কোংদোকপদি ইরায় লায়ন ঙমদে। কমলান মতম চাদনা লাকপা অহু হেক উক্কবদা রাধেনা মপুক্কিংদা খঙ্গি, "মাগীসি ঙরাংগী থোদোক্তুগী অনৌবা পাউ পুরকপা মানগ্রেদা"। তশেংবস্থু মহুনি। চাক চাবা তোক্লকপদা মাথেয়গী ইমুংগী নীশিংস্থু ঙম্না পোথানগ্রে। রাধেনা কমলাবু হেক উবদ, "হৈমা! কমলা কমদৌরে, মমিং হংহোরব্রা?

কমলানা খুনই, "কদায়দগী নোদা নংনা হায়জবশারিবসে, মিংকা হংবা ঙম্না পোৎ নক্তেদা, সে'সিতুম পাউসে, নংন খোকপা তৌগ্রো, মহুদা লৌরকপা কাওবদা নিকখিবনা —।"

রাধেস্থু হরাও হরাও চিঠি অহু পারে। অহুগা হায়রকই, "মসিদা ঐনা খোকপা তৌগ্রো হায়রিব'সিনা ঐবু করি তৌ হায়বগে"।

কমলানা অমুক শাওশিন্নহুনা হায়রকই "তৌথৎলক্লগদবনি মাগী হৌনবী পাউথুমদো ঐদি ইবা হৈতেবা, নংবু খরা ইবিমু হায়জরিবনে"।

"হুংঙাইবীরেদকো, নংগীবু ঐনা করম ইগদৌরিবনো?"

"হৈদি হৈতে ঐদি, কমদৌনি হায়বগে।"

কমলাগী মতৌ য়েংনিংলহুনা, "অহুদি য়ানিংদে হায়হুনা হেক্কা ইরগেকো?"

"ওস্থোক্লা মী ওৎপা হৈত্রে রাখে নংসিগা।"

"ফাগি তৌনিদা ইবেম্মা, অমুক শাওথিজ্রবস্থ —"

রাখেত চিঠি ইবা হোৎত্রে। কমলানা মনাক্তা কমলহুনা "আকার" রাংলে, "চৈথৈ" রাংলে হায়হুনা শেমরি। মিকুপ থরগী মন্থুংদা ইবা লোয়ত্রে। অমুক মথোয় অনিমক পামিমরে। "য়ারে রাখে, নংসে ওস্থোক্লা হৈত্রেদকো" কমলানা হন্নাওনা রখি।

---

# ৮শুবা শরুক

সুরজীৎতু সুমিৎ নিনি অতুগী মন্থুংদা থোকত্রিবা কাউওমত্রবা খোদোকশিংহু প্রেমচাঁন্দ অমস্থুং সুনিলদা তমগে কম্না থল্লমই। অহুবু মথোয় অনিনা কোলেজ শুককা হেক কারকত্রবহুদদি মপুক্লিংদা থর রারোত্রে। উম্নরবস্থু তমগে থনথিত্রে। হুংঙায়-বসিস্থ কোংদোকত্রবদি মতুগী চাং হস্থবগুম তৌই। সুরজীৎস্থু মতু মথোয় অনিদা তম্নগা থরগা হেন্না অমুক হুংঙায়ত্রা য়েংগে থল্লুবনি, মানা নিংজরম্বা অহুনা হেক কাম্নবহুদা মথোয় অনিবু রারৌথিবনি।

থা মথায় অমরোম হোৎত্রে। মসিগী মহুংদা সুরজীৎ অমস্থুং কমলা চিঠি কয়ারক পীথোক পীশিন তৌনত্রে। পুক্লিংগী আশা

মথৈদি ক্ষোংদোক্লগ্রে কমলাগী মমিংদি ম্নাধেগা মখোয় অনি শুব-নিনা নোংমতস্থ কৌনরকপা মতম য়াওই। মতম অহ্নদা সুরজীৎনা মাগী মমিং হংলুবা লৈত্রবস্থ খঙই। সুরজীৎবীদি মরুপ মপাং অতৈ কয়ামুক্তি খঙ্‌দ্রৈন হায়ববু তিম্নরুদবনিনা প্রেমর্চান্দ অমস্থং সুনিল অনিগী মরক্কা অমত্তস্থ উম্নহ্না চৎমিন্নরুবা য়াওদ্রবনিন', অহ্নগা মখোয় অনিনস্থ হেক হংলক্তবনিনা মতম অহ্ন ক্ষাওবা মাগী মমিং খঙ্‌থিদ্রি। সুরজীৎস্থ মতোমত চৎপনা হেন্না মুংভায়বা অমস্থ পোকখ্রে।

মী অমনা পীরকপা চিঠি অহ্নগী মহুংদা মাগী থন্নায় অহ্ন উবা ঙংই, মহ্নতনা পুক্লিংগী মীংশেলনি হায়নরিবনি। অহ্নবু চিঠি পীখোক পীশিন তৌনবতনা পেন্নবা ঙমলম্বা মতমশিং অহ্ন লাম্বোরক্লে। মতমগী খোঙ্‌দ্রৈল মতুংইন্না শাবী শানৌ অনিগী পুক্লিংগী অহানবা থম্মোয় অমনা থম্মোয় অমগী অচিকপদা পোত্থাকম থিনরকপা, পুক্লিংনা পুক্লিংগী মশাইকোন্দা তাংজকম থিনরকপা মতাং অহ্ন য়েনরক্লে। মকম লেপ্লরে, মতম থানরে।

পূর্ণিমাগী অহিংনি।

থাবলনা করোক পোকপগুম নিংথিজরি। তাংলৌ লৈন থেংলক্রুবা, মালেম ইচিক হুনগ্রবা অহিং অসিদা শাবী শানৌ অনিমক অহিংদা চাক্তাবা পোম্বী চেক্লাগুম, কমলাখোয়গী য়ুমগী চিথ্মে পাংবরোমদা লৈবা, হৈরাং লৈরাং নিংথিজনা শাংলবা পুত্রী মপালগী তখেল লৈহাও পাম্বীগী মরুমদা থানথিব মতুং ইন্না উমগ্রে।

ভহানবক্তে অমনা অমগী চেংলো শক্তম হুক উনবদা লুংশিননা থল্লবা থম্মে য অনি অদু কবিসু অমত্ত হায়দোক্লবা চুমনদনা লপ্তুন শেনবে। প্রকৃতা ফাওবা মখোয অনগী মওং মতৌ অদু যবদ মখৌ কাডববোই নিংই থাজ ফাওবা শেংগ্রবোহ, নু শিং ফাওবা শিংবিত্রবোই নিই মফম অদু ভায়হাক্তুংদি উন রাইমুক চৌকপ্রে। অচিকপা অদু খুগায়রদুনা সুবঙা না মখোল নিক্রপ তানা হংলকই,

"কবি থল্লিবনো, কমল" ?

"থাল্লবন, নং আসবু এগী কনানে।" ?

'নং অসে ঐগী পুন্সিনি, এগী থবাহান, কমলা। অসি নত্তবা কবিবুনো নংনা খঙবা পামলিববু, ঐগী মিং, এগী শাগে নাতে—"।

"নাকা, নত্তে, মদু নত্তে, ঐনা থজবিবদি নংন ঐগীদমক্তা কয়া কুহনা শোক্লবা ঙমগদৌরিবনো—"।

"মদুদরা নংন খঙব পামলিব" ?

কমলাদু হোয় হায়সি কদায়, মাই হায়স কদায় খুমফম খঙদ্রদুনা মরু লুকথদুনা নৈশেগ্রে। সুরজাংনা মখ চথরকই।

"কমলা। ইশ্বরনা সৌওইববু অমরগী মপোক করিস্ত ওই-হনদে। মীপুম খুদিংমকসে মানা মানা পামজবা শক্লোন পুখোত্তুনা তাইবং লিলা ফম্পাকথকসিদা ও'য়হাক মশক উৎলমলগা "অশি-বগী থুয়াখাদ" ওয়া চঙজবগদরনি। থরায়দি শিবা নাইদে হায়নবদাইদে। ফরে, ঐগী ককচাং পোল্লাং অসিনা মোংফম থফ

তোইরক্লা।

উক্লুলগী মপৈ ওইনা মাঙথ্রবস্তু, মাঙবা কৈত্রব ঐগী থৱাঘনা নংবু সুংশিন্নবত কৈগনি। নংগী থম্মোয থাংপোকশংগী শাইজিন শায়াদা মপোক মপোক অসিমগী তাংক্ফম থীবগা নংবু লোমা তুমিন য়েংজগনি ঐগী পুক্সিসে নংগীনি কমলা—"।

সুরজীৎনা মথা চথরক্কে তৌবদা কমলানা মচিন অহ মখুৎনা য়েন্দুনা থমখ্রে। পুক্সিগী অহানবা ওইনা সুরজীৎকী হকচাংগা মাগীগ মচেৎ মচেৎ তায়নখ্রে। থঙহৌদনা মশা অহু নিক্ল-তুজুংবা ফাওখ্রে। তুংশিবা হায়বসিদা অমনা অমগী মনাক নক্লখিবদা অপনবা করিস্ত কৈরহৌদে। অমুকস্তু "মাগী বাহংনা লানথ্রবনে" হায়তুনা মতোমত থম্বরুবদা মমিত্তা মপি চরা চেল্লত্না হায়রকই, "নংগী রাশক্কী চবৈ ফিথুম্ন কুপতুনা থম্মীয়ুকো ঐবু, কাউবিগনু্কো মপোক মপোক অ সমগী—।"

সুরজী না থুমই, "নংবু ঐনা কাউথোকপা, কমলা। নংদি অহু ঙমগদ্রা, এ'দ থবায়গা হকচাংগা তোঙান তোঙান তাথ্রবস্তু নংবু কাউথোকপদি ঙমলোই। য়েংউ ! থাজগী মঙালনা য়ৈরকপদা তারিবা ঐগী মি অসে, অসিন শাক্কনি। পোকঙমদা পোক্লবা মপোক অসিনা তাইবংপান'সিদগী বিদায় লৌথিবা তুমিং অহুদা মাস্তু ঐগী ইতুং ইন্দুনা চৎলগদবনি, মহাক্ল। ঐগী ইতুং ইন্দুনা হেক কৈরিবমথৈদি নংবু মিকুপ অমত্তস্তু কাউগে ঙমলরোই"।

অসি হায়রগা মাগী ওইথংবা থুনাওবীদা শিরিবা মমিং থাবা সনা থুদোপ অহু লোথোক্লে। অহুগা হায়রকই—"কমলা, ইক্লনখুৎ অহু পীরকউসে।"

কমলানা মোল্লব মাগী তনৌ তনৌরবা মথুৎ অনি'ঙ্গু তিংথোবকই। সুরজীৎনা মাগী ওইথংবা খুজেং অতুদা পায়রগা মথান্নুংদা কমলাবু চিংশিল্লগা হায়রকই, "থাজ মাসু উহৌরসনু, চীংঙ্ মানা শাক্কিনি, ঐগী থরায় শরুবা মিংল্লেনগা কোন্নরবা মমল য়াওদ্রবা খুদোপসে, ঙসিদগী নংগী ওইরবনি, কথোক্লবনি নংগী নকমদা নিংশিং খুদোল ওইনা। অতুগা করিঙুম্বা মতুদা থাল্লিবা ঐগী মিং অতুনা খঙ্হৌদনা মুংথ্রবদি মতম অতুদা ঐনা নংবু কাউথ্রে থল্লুকো।"

অসিমথৈ হায়ত্থনা সুংশি ফিজিন চল্লগা কমলাগী খুনিংথোদা খুদোপ অতু শিজ্জিনবীরে। সুবজীৎকী খুনাওবীদা চাবা খুদোপতু মাগী খুনিংথোদা চপ চাথোকখ্রে।

মাবু সুংশিবগী চাংনা হেনমনখিবনা কমলাসু হায়রপ লৈথোকলপ তৌরগা, সুরজীৎকী মরেংজুমদা মথুৎ অনি অতুনা শৌরত্থনা ঙাথখরে।

চীংসুং-মাসুং, পাৎ-তুরেল কয়া লাম্বোক লাম্বোক্তুনা অসুম চৎখিবনা থাজসু নোংচুপ চিংয়াদা সুরো অমসুং কমলাবু চিংনা অমুক্তং য়েংলল্লগা তনিক তনিক হায়থখ্রে।

× × × × ×

শিবা নাইদ্রবা মতমগী পামেলদগী থাবুমগী উনা অহমথকসু উহৌদনা কেনখ্রে।

সুরজীৎ অমসুং কমল, লোন্না কয়া, কোংনা কয়া উমত্থনা পুজিগী ওইবা ল্লাহৈ কয়া ঙাংন শরুথ্রবা মতুংদদি চিঠি পীথোক

পীশিন ত্তোনবস্থ থয়া থয়া লংলে। মুপীওইবীশিংগীদি মানা সুংশিজরীবা মীশক অহুবু হায়নিংঙাই লৈতনা উম্মনিংবা পোক্ল-বস্থ মচিনমক্কা হেক হায়দোকপদি তো ঙম্বী ত্তাগনবনা মচিম্ন খোঙ্কা হায়দোকচবা অয়াম্বনা ঙমনদে। নিপা ওইবশিংতনা হায়-রকলবা অতুতদ মানা নিংজম্নম্বগা, অমনা পামজরম্বা অহুপা চাম্নরুরগা সুংশিবগী মরোল অমা অমুক হাপকৎপগী রাদদি। ঙম্নবদি ময়াওরমগনি, অহুম ওইনমক মত্ত ফিভম থরগী মথা পোন্দুনা হায়রকপা নত্তনা অতৈ করিস্নু ঙুরমলোই। কমলা গীদি মশান। "উন্নসি" হায়ত্তনা মতম থাবা ঙম্বগী ফিভম অহুদি লৈত্রি।

নোংমা কোলেজ ছুটি থানরকপা মতমনি। মমাংঙৈশুম কমলা অমস্তুং রাধেনা মমাং থানা চংলি। সুরজীৎনা তুং থরা ওইরপ লাকই। কমলানা রাধেদা হায়রি, "রাধে, মাবু অমুক্তা কৌবিয়ু"।

"করি হায়গগে"?

"করিস্নু হায়রোই, পোৎ অমা পীথিগে ত্তোবনি"।

"অহুদি ঐথোয় অনি তপথরসি, মানা মরায়না হেনগৎ-চরকনি।"

হায়না হায়না সুরজীৎত্তু মথোয়গী মনাক য়োরক্লে। মত্তম অহুদা কমলানা মাগী লাইরিক থাও মহুংদগী চেনা মরোল মরোল য়োম্নবা পোৎশক অমথক পুথোরক্লুনা রাধেদা মহু সুর-জীৎকী মথুং য়োথিননবা হায়জরে। রাধেনা পোৎয়োম অদু সুরজীৎত পীধ্রে। সুরজীৎ চংধ্রে। মতম অহুদা রাধেনা হংই,

করি করি য়াওখিবগে হৌজিক্কা পোংয়োন অঁহুবু কমলা।"
"করিসু নওেদ রুমালনি," কমলানা থুমই।

সুরজীৎনা ময়ুম য়োরগ হাংদোক্লুনা য়েংবদা নিংখিনা থুংচংনা লোয়্রবা রুমাল অনিথক্কী মরক্তা কমলাগী ফোটো অনিককসু য়াওরমই। রুমাল অহু করিসু নৈত্রা। পোৎশক অমনি হায়বা য়াই, ফোটো অহুসু মমিনি, মথরায় পান্দবনি, অহুবু "ফজবনা তোথোরকপদি ইক্ষদ কজে, হায়বগুমহুন।" সুংশিবনা পীরকপনিনা পংসুংদা সুংশি। ওয়হাক পুক্রিং থোয়দাবা য়েংলনলগা মপুক্রিংদা ফোটো অহু ক্রেম চনশিল্লগা মপোক আসমগী মাঙখিদননবা অরোনবা মকমদ থমত্রগে লেপত্রে।

মথংগী অয়ুক্তা পিক্তক ভোবা লুপা মচু কাপ্লবা ক্রেম অমা চনশিল্লগা মাগী উপুগী মরুম থুপ্লবা কাচিন অমদা থমজিনত্রে। লেমগোবা অমা অহুনা মাগী লাইরিক মরক্তা হাপচিন্দুনা থমত্রে।

এসিগুম্বা মতাং অসদা নোংমা প্রেমচাঁদহু লাক্কু অমদগী সুরজীৎকা কোক হৈক থেংনবে। কুইনা উমরুত্রবা মরূপ অমদা কোংদোকপা চৌনবা সুংডায়রবা পুক্রিংগী ইহুল অহু প্রেমচাঁদনা কোংদোকই। অহুবু বারব থম্মোয়হুবু পিনগাইহুনা নোকলকপা মাগী মিনোক অহু সুরজীৎকী মকমদদি তাশোলনা লেংবগুম থোকত্রে। মীওইবা হাববসে মশাগী মরালদদি মমিং ভান্ড হায়নবহুগুম্বনি, সুরজীৎসু প্রেমচাঁদগী রাদি ইত ভাদনা ফরক অমবা পিং লাওনা শাওগৎখিহুনা থরুম তৌথুম। লৈরম্বগী মওং অহু হেক উংলেকপ'হুন্দদি প্রেমচাঁদহু ইকায়খিবনা মায় থমখ্রম

লৈখিদ্রে, মথৱায় মুংঙায়তবা অমসু খুদক্কা ফাওদ্রে। মানা ইকায়বগী মরম্না, মরুপ অমগী মকমদা তৌবিমল থগ্‌দবগী রাঙাং ওইনা সুরজীৎন, "কুইনা কুইনা লোৎপা হৈবীদ্রে ; মরুপ মপাং তিম্নবগী কান্নফমবু থজিক্কা ফাও লৈতে" হায়খি। মাগী রাঙাং অদু করিসু থগ্‌জদবা প্রেমচাঁন্দগী মফমদদি তিং শোকখ্রে। সুরজীৎনা মাবু চাবা থাকই হায়বগী রাফম নত্তে। মরুপ-মপাং হায়বসিদি অমনা অমবু অল্লা-অনা কয়াদা মতেং পাংনৈ। অদুবু সুরজীৎকী চিরবা ঙানফমদা কনাসু মশক উখিদে, মসিদনি সুরজীৎনা শাওগ্রিবা। অদুবু প্রেমচাঁন্দনা কোলেজ কারক্তবগী মরমদি হংত্রিবৈঙনা মাগী নিংবা থুংজদবা অদু ফোং-দোক্নুনা হাননা অঁশাওবা উথোকখ্রে। মায়কৈ অমরোমদা থল্লুরবদি, সুরজীৎনি হায়নঙায় লৈতনা লাল্লিবা। প্রেমচাঁন্দ খোয়না ঙাওশিন কৈজিন্নদুনা মতম মাঙ্‌হনবা পামজবা মী নত্তে। মানা কোলেজ কারক্তবগী মরমদি তমথোকপদা থম্মোয় কায়-গদব রাকম অমা লৈ। মাবু পোকপা মপাবুং অদু শিগদোবমখৈ মারুরে, পুমশিন হৌদুনা হিংহোবনি, লায়কম্নবা হোৎনবদা মহৈ মশিং কাউখিবনি। হিংলিবমখৈদি চামরক হন্না তমলকখিবা য়াই। শিগ্রবদি মপাবুংদু অমুক হল্লক্ররোই। অদুবু, প্রেমচাঁন্দনা অদুক কুইনা তুমিন্না লৈথোকখিবগী মরম থজিক্কা ওইরবসু খিগংদে হায়রগা মানা রারিবশিং অদু মিকুপ অমত্তং লাকুনা হংবিরমলবদি, মাবু সুরজীৎনা রারোয়মলোইদবনি। সুরজীৎতি জুংশি মৈনা চাকখিবনা মহু কাওবা কাউই, মশাগী কায়নবগী

দম্মক্তা মরুপপু কাওবা মরাল পীশিনবা ওৱই। প্রেমচাঁন্দগী কিভমদি খঙবিদনা গুন্দ্রংদা কুগংলকপা সুরজীৎকী অশাওবা অত্বু খল্লুন্দা প্রেমস্তু মথল্লায় জুংঙায়থিদে। জুংঙায়তে হায়রবা লমন খুমনিংবগী রাখল পোকপ্রে হায়বদি নত্তে। মপুক্লিংদদি খৎপ্রে, "মীপুম খুদিংমক মশা মশাগী ত থনবা ঙাক্কনি"।

অস্তুম খাইরমবন্দ বাজার ময় য় শমত্বনা লাকপনা "রাজস্থান হোটেল" মপা য়োরকপদা—সুরজীৎনা "চা থকখিসি প্রেম, রারী অরুবা অমস্তু শাগদোবা লৈ," হায়রকই। শাওপ্রবা মরুপ অত্বগী মৈরী অত্ব নেমথননবা হোৎনবদা জুংশিরবা মপা অত্ব খাঙেনক্ষমদা লৈরম্বা তারবস্তু প্রেমচাঁন্দ চা থকখিবা তারি। ডাক্তরনা "হিদাক লাংথাক মতম চানা পীজহৌত্রবদি, অনাবসি হংজনগল্লি," হায়রমবত্ব কাউবা লৈতনা নিংশিংই।

মখোয় অনিমক হোটেল চঙ্‌লক্লে। প্রেমনা হায়রকই,

"অরুবা রা ওইরবদি মত্বুংদা চঙ্‌শিদনা সুরো"।

"উম, ঐস্তু মত্বনা পামচ।"

মখোয় অনিমক মী কয়া কয়দবা অচিকপা কা অমদা চঙ্‌ত্বনা ফমপ্রে। চা ওর্ডর তৌপ্রে। প্রেমচাঁন্দগী শেগাদা থাও অমা য়াল্লকপত্ব সুরজীৎতি ঙসাই মথৈ উদে। মত্ব হেক উবদা হংলকই,

"থাও অংদি করিগীনো?"

"হিদাক লিক্লি হাপলিবনি।"

"হিদাক্কি করিগী?"

"ডাক্তরনা লৈরু তাকপীরম্বদগী—।"

"ডাক্তরনা !!"

"উম, সুরো"।

"কনা নারবগে" ?

"ঐখোয়' পাবুং—।"

"কয়া কুইরবগে প্রেম, কয়া কম্না নারুরিবনে।"।

"হৌজিক ফাওবা ফত্রি, ঐনা কোলেজ কারক্তব মুমিৎ অহুনগী কমশেরম্ভনা নাব। হৌগ্রবনি, অদুগী মমাংনগী নারক্লবান, শিরগনি হায়ত্নুা পুমলোই লোইরুরবনি, অদুবু ঙসি নোংম। নিনিসি মমায় থরা থরা লৈরকপগুম তোার।

সুরজীৎতু মতম অহুতদা জ্ঞান তারক্লে। মাগী অশাওবগী হৌরকফম ওইরিবা হ্রাথল অদুগা প্রেমচাঁন্দনা রারমলিবা অদুগদি চাংদম্নবা য়ারমত্রে। নিংঙমদবগ', ইকায়বগা অনিনা লাকহৎত্রহুনা হায়রকই,

"প্রেম নংগা ঐগা করিস্নু থোক্লত্রবা ? নংবু ঐগী মরুপ নত্রবা ? পাবুংগী ফিভমনা অহু য়োথ্রবা ফাওবদা পাউ অমত্তস্নু ঐঙোন্দা থঙহল্লক্তবা করিগীনো ?"

"সুরে। লাইরবগী অনাবনিনা পাউ চেনবিনবা মী ফাওবা লৈখিদে মরুপ। ঐবু হ্রারোগহুকো, লমদম্না তাম্লখিবনা মসি থোকখ্রিবনি। নোংদম থীরবা বিধাতানা শুংশিরবা ঐগী ইপাম্নু থুদক্তা লোশিনবীরমলবদি মরুপকী মত্তেং পাংবা ঙমজরমগদবনি। অদুবু মীওই মপোক্লিন শিব। ফাওবা মনিং তমজবা ঙমবিত্রমাল্লে, খর হোলহৌরিদে।

সুরজীৎসু হু'ঙায়ৎবনা হেঞ্জিনলক্লহনা হায়রকই,

"প্রেম, অদুগুম্বা রা অদু নংগী নচিন্দগী করম্না থোরকহনবা ঙমলিবনো মরুপ, ইমা ইপাদগী হেম্না লুবা করম্বা অমা লৈ'রিবগে ? নংগী কিভম থঙ্‌লুদবনা ঙাকপীক্রম থোকত্রবা মরাল কয়া লংজগ্রে, মদুগীদমক্তদি ঐবু ঙাকপীয়ুকো মরুপ।"

"নংগী করি মরালনো সুরো, মরুপকী অরাবা মতাংদা লেপ্পা ঙমথিদবনা থিরবা ঐগী লাইবকপু রারোজবনি। অদুগা মরুপ্পা নংথ্রিবা অরাবা অদুতদি ঐঙোন্দসু থঙ্‌হনবীয়ু, সুরো"।

"রাকম'সিগা নংগী কিভমগা মরী লৈনদে, প্রেম; পাবুংনা হৌগৎ কাংথৎপা ঙমলক্রবা মতমদা, নংনা পোত্থাকম থঙ্‌লক্লগা, থঙ্‌হনজগে।"

প্রেমচাঁন্দদি সুরজীৎনা মাবু শাওথিবগী মরম অদু তশেং তশেংনা থঙ্‌দ্রি। সুরজীৎনা করম্বা অরাবা তাথিবদা থঙ্-হৌদবনা মানা মতেং পীবা ঙমহৌদ্রিবনো, হায়বসিতনি প্রেমনা খল্লিবা।

রারিঙৈ তাঙ্গা অদুদা মাগী রাকম অদু কোংদোলুবদি নাত্তে চাদ্রে খল্লহনা সুরজীৎনা রাকোই অমদা পুথোক্লুনা হায়রকই,

"সুনিলসু পাউ অদু তাদত্রা ?"

"মানা লাইরিক তম্বা তোক্লুনা উথ্রুলদা ওঝা ওইবা চংথিবগী মরম নঙোন্দা থঙ্‌হল্লমদত্রা--" ?

"সুনিলবু ! ওঝা ওইগ্রবা !! লাইরিক তম্বা তোকগ্রবা !!!"

"উম সুরো ; মাসু ঐগুম্বনি। লাইরবা মচানি, নংগী

নমাংদা ইকায়হ্না হায়বোক্লমদবা ওইরম্বসু মাই, লাইরবা হায় বসিদি মা খঙ্দবনি, সুরো"।

সুরজীৎতু তুমিন লৈখ্রে। চাসু ইংখিবন হাল্লমলে। মখোয় অনিমক চা থকত্রে। প্রেমচাঁন্দনা হংলকই, "পুং কয়া তাপ্রবগে"।

"নিপালগা থরা হেনখ্রে"।

"অত্তুদি, পাবুংগী ছিদাক পিজবা মতম ওইরক্লে সুরো, কোম্না অমুক উম্মরসি, কাযনবসি"।

মখোয় অনিমক থোরক্লে। সুরজীৎনা হায়খি,

"ঐসু হয়েং লাকচগনি"।

মখোয় অনি কায়নখ্রে।

# ৯শুবা শরুক

চহি অমগা মথায়রোম থরা হেন্না হৌখ্রে। সুরজীৎ পল্দনা বি. এ, অরোইবগী পরিক্ষা পীখ্রে। কমলাসু অনিমকশুবা পি, ইউ, সিগী পরিক্ষা থাখ্রে। অহানবগীত্তুদি মরায়বক থীবনা লোথহৌরে। (সুরজীৎনা আই, এ, অরোইবা থাখিবা কুম-হুনা মত্তুগী অরোইবনি, মত্তুগী মথংদদি পি, ইউ, সিনা লিনখ্রে) অকোনবগী অত্তুদি হায়দোকত্রি।

শাংলবা মতম অসিগী মমুংদা থা অমগী মরক, অনিগী মরক্তা সুরজীৎ অমসুং কমলা হেক হেক উরে। উম উম্নবা খুদিংগী হুংলি লৈলুল পরে থোয়না হেন্না চেংলিরখি। পুজিগী

লমথুংক্কম লাপলকত্রে থম্নরহুনা শাবী শানৌ অনিমক ম্লাইথুংনবা পুন্সি অমগী মংলান্দা হুংঙায়নন্ত্রে ।

বাধেদি পনবা লৈতনা অস্নম অস্নম হায়গংধি। মহাকস্তু বি, এ, তম্বা হৌত্রে । কমলাদি মহৈগী মত্তাংদদি রাধেগী মতুং ইনবা ওমদে ।

প্রেমচাঁন্দগী মপাবুংস্তু ঈশ্বরগী শেন্দোল কোকথোকথিবা ক্ষনা কুইত্রে । মাদি কোলেজ মথা তমথবা ঙমখিদ্রে। ইমুং মতুংগী ভার অপুম্বা মাগী কোকথক্তে, তাখিবনা পাখং ওইবা পুন্সিগী হুংঙায়বা শরুক মাগী তমলমত্রে। অফিসকী থবক মচা অমস্তু তৌজত্রে। অয়ুক হুংথিলদি সুরজীৎকা মথোয় অনি কয়া তোয়না উম্নবা ঙমনদে। মানা অফিস কুমলকপদা সুরজীৎন নিতিগী ঙায়হনা লৈরমই । ঙায়রমত্রে, মানা সুরজীৎপু কোয়থি থিহনা উমৈ। কমলাগী মতাংদা সুরজীৎকা ম্না তাথোক তাশিন তৌনরিবা হায়ববু মাতনি। অদুবু মাস্তু কমলা অমস্তুং রাধেনা মশক থঙ্দে। রাধেবুস্তু প্রেমনা মশক থঙ্দে, কমলাদি ফোটোদমথৈদি সুরজীৎনা উহনত্রে। প্রেমচাঁন্দগী মথৌনা চিন-মনখিবনা হুমিদাংদমক সুরজীৎকা চংমিনৈ। মখম অদুনা শক্না শক্না মায়োক্লনদি অমত্তস্তু উম্নখিদ্রে।

সুনিলগী মম্না মপাওদি তাখিদবা কুঈরে। মযুমদস্তু পংনা থোরক্তে, থোরকলমলবস্তু নোংমঙ্গম্বতং কায়হনা লৈরমলগা মথংগী অয়ুক্ত হেক্তা চংথি হায়ত্রনা তাই।

কমলাগী পরিক্ষা হায়দোকত্রে। হন্দকমুকস্ত মরাম্নবক থীরে। মথা অমুক চথগে হায়বস্তু মহাক নিংথিজ্রে।

থাবল করবা নোংমগী অহিংনি।

সর্গগী লৈকোন্দা তোমখিন শাৎচবী লৈরাংগুম থাজগু ইংনা চিক্লা ওাম্বোয়রি। পোকওমদা পোকপা তাইবং পুন্সিনা পি-রোইনবা উরগা লৈচিল্ল'ক্ল' লোৎচ'র। শাবী শানৌ কযাগী রাইথুংনরবা পুন্সিগী হরাও—তয়াম্বা অত্থ য়েংলুরগা লোম্না মিনোক তমজরি। মালেম অসে মঙালগী ইচাও হৌরি। থাবলগী ইপোম মরক্তা হৈরাং লৈরাং থিবিকগু ইরোইননা শান্নরি। ইপোমগী তাংথক্তা মালংগী ফৌরোই তু' ইন্না পুখি মপান্দা কবোকলৈনা জগোয় থুৎথেক কৎলি। লাংবন-মেরা ওম্নবদা শাৎচবী তথেল্লৈ তম্না শিঙ্গারৈনা মিংচি মীনোক তোয়রি। তাইবং লৈকোন্দা শাৎওমদা শাৎলগা মত্থু তাইবং খোঙ্গাওনবা মপোক্কো পামজদে হায়রহ্না মালেম শিস্থুংনা শিঙেল লৈনম য়েল্লমলগা শিঙ্গারৈ কৌবী লৈসুংসি লাইজ ইরেম্মুংদা চোংথ চোংথহ্না মথরায় থারি। নিল্লবা হোজং মরুমদা, চিগোংলৈ লৈরাংনা তথেল্লৈগী নাপদা নাচোম লৈচল ওইমিন্নসি হায়হ্না রাচৎলি। লৈরাংগী চীরোল খঙলহ্না শুমাং মতোন্দগী শিঙেল মালিকানা হৌনা নোক্লক্লি। মত্থু তাবদা জাত্তিকুপ্পী মখোঙদগী শংবৈনা "ঐ য়াওদনা করম্না নাচোম লৈচল শেৎগেগে, খঙগনি চঙদা চঙজরকউ মতিক থোকপা দত্তি পীগে" হায়হ্না ওই-নরি। হাংলবা নোংমদোল অতিয়াদা নোংইন কৌবী অহিংগী চেক্লানা নোক্লা খেনা পাইরি, থাজ মায়থোংবু মীতারি। মালংগী শউমদা লৈহি থিকথরবী কয়া'মনা মপুক্লিংগী আশান্না লৈনম চনখিবদা মিৎলুদগী তরংগী লাইজ শিহ্রি।

থাদল ফরব অহিংদা কযা, থামমবা অহিংদনা কয়া অমা, সুরজীৎক কমলাগা চিক্লবা লৈকোম্দা উৱে। পুক্নিংগী অাশা কয়া ফোংদোকখৈ। রাশক কয়া তেমশিংনৈ। অপাম-সুংশি ফিজিন চনখ্রবা শাবী-শানৌ অমনা, পুক্নিংগী য়ারবা মিকুপ কয়া কয়াদা, সুংভায়বগী পুংজা কয়া কয়াদ, কপমিম্রৈ, নোকমিম্রৈ। অমুকসু শাওশিন্নহনা, অমুকসু ওইনশিন্নহনা সুজানা পাখংগী পুকচেল, পাখংনা সুজাগী পুকচেল খোত্নহনা য়েংমৈ। নোংমা অহুগী কায়নরমদায় মিকুপ্ত, "ঐনা নংবু সুংশিকে, কমলা; নংবু ঐনা সুংশিকো সুরে।," হায়হুন পোম্বী চেক্লাগুম চিম্নোক্হুনা সুংাশ চিনদিন্নরগ, থম্মোয় থম্মোয় শিন্নরহুনা সুরজীৎকী হকচাংনা কমলাগী ওই, কমলাগী হকচাংনা সুরজীৎকী ওইহুনা ভায়হাক মংওই-হাওই লৈমিন্নরমলগা "লৈহৌরোকো চান্নবী, চৎলোকো ঐগী শরায় ওইরীবা" হায়হুনা পাউমেন্নরমলগা কমলানা মাবু চিংনা চিংনা য়েংহুনা লৈহৌই, সুরজীৎসু সুংশি মায়থোং অহুদা কাউভমদনা অমুকং য়েংলমলগা হনভমদা হল্লকই।

হৌখিবা অহিং অহুদা সুরজীৎ অমসুং প্রেমচাঁদ অনিনা কমলাবু ভায়খি। অহুবু নিংবা কায়হুনা হল্লকখি। সুমিৎ অহুদসু ভরাংগুম লাক্কুনা সুংশি থোঙ্গালদা লেপলম্মি।

মমাং সুমিৎ কয়াশিং অহুদদি, সুরজীৎ লাকপগী শিক্লবা নাশোন অমত্তং কংবদা, সুরজীৎকী মিৎয়েংকম ওইরিবা, কমলাগী ভুমকম কা অহুগী মিহুৎথোক অহু হেক্তা হাংদোরকই। ইমুং মমুংগী অচিন অকোম কয়াহু মাংজোননা হেক হেক খুদম

ওইনা খঙহল্লকই। খুদোংচাবা ফংলগনা, চাক-ঈশিং থোঙ্-
লিডৈদা মনিং থোংলোমদ. থোরক্নুনা "থোরক্লনি, থোরকলোই"
হায়বনচিংবা মরম পুম্নমক হায়রকই।

ঙুমিৎ অতুদসু সুরজীৎ অমসুং প্রেমচাঁন্দনা মখোয়গী থোঙ্গাল
হেক য়োরগা ইশৈ মতেক অমা ঙাংলতুনা ঙুংশি লৈচরেং
চায়খ্রে। থোঞ্জেলগী অরোনবা ইথক্লা লৈনা লৈনা মিহুৎথোঙগী
অহোবা শরুক্তা চঙ্শিনখ্রে। মিকুপ খরা লৈরগা থোঙনাও
অতু হাংদোরক্নুনা "থোরক্নি" হায়রগী খুদম পীরক্লে। মখোয়
অনিমক মতম ঙায়তুনা ঙাহো ঙাংগৌ হঙ্গৎ হন্দা চত্তুনা লৈখ্রে।
লাপ্পা তৌরকপা ইঙ্গিতনিনা পুংশিংদি খঙ্হল্লক্লে। অতুম
ওইনমক, থেংলবসু ঙল্লবসু হায়তুনা মরুপ অনিমক কমলাবু
ঙায়তুনা লৈরি।

থাজসু নোংমদোল তমথৎলক্লি। অহিং অতুগী ফজবা অসুম
অসুম হেনগংলকপগুম তৌরক্লি। ঙুংশি ঋতু লাক্লবদি মালেম
অসি শর্গগী লৈকোন হেক্তা ওল্লি। বসন্ত লাকপদা লৈকোন
খুদিংদা লৈরাং লৈশাৎ তমলকপগুম, সুরজীৎকী থম্মোয় লৈকো-
ন্দসু খঙ্হৌদনা লৈরাং শাৎখ্রে। লিরি হুম্বা মালংবনা শিঙেল
লৈনম পুরতুনা মঙোন তম্না হুমজিনলক্লি। মিকুপ খরগী মতুংদা
থোইমুগী শক্লোন লৌরতুনা "ঐবু ঙায়রমখোকো প্রেমচাঁন্দ
হায়রম্লগা" লৈকোন তম্ম পাইশিনখ্রে। লৈরাং শাৎফমদা থোইমু
ইনখ্রে। ইংলবা প্রকৃতিগী তম্পাক্তা ওম্ম থোয়না শাম্নখ্রে।
থোইমুনা ঙংলতুনা হায়রকই—

"ঙরাংসু ঙ'য়বমখৈ ঙায়রগা নংদি থোকসু থোরক্কে।"

"ঙরা ত .শায়বদা ঐবু বারৌরব্র, খোইরাবা। খোইমুগুম ইশ পাল্লমলবদি নিংঙকপ থুদিংদা মুংশি নকা য়ৌবা ঙমজ-বমগদবনি। অদুবু, শিঙেল ওইবী মপোক্লিন, পলেম পম্ৌগী মিংয়েং'থাদ পোমলুবনা, ইনিং ইথা তৌজবা ঙমখিদেদো। তাইবং ইচিক হুনগ্রকাও উইশিনগে য়াখিদে মিং'সে। অচিকপা তানফম ঙায়বদা রানা থাঙখিদো অহিং'দো। খোইমুনা ঙংবা তাবদা, লৈকায় ঙাকপা তাওবগী য়াক্ল' খোঞ্জেম্না তোয়না তোয়না খোং-লকপদা, চিংনগ্রবোই ঐবু পোকপা পম্ৌ'দো। তুমখিবরা মতুমদে, তোয়না খোদেম খোঞ্জেলনা লৈরাংগী আশা কায়হনখিদো। শিন্থারবা পিবাংসে মরোল থোক্তে খনবিসু। ফোংঙমদ্রবা পুক্লিংগী রাহৈসে রাঙাং হৈতে নিংবিসুকে."।

লৈরাংগী পুক্লিংগী নিংঙমদ পাউদম অদু তাবদা—খোইমু অদু শাওগে খনাখদ্রে। মতুগী মতুত্তা "লৈহী পীরো" হায়দুনা নিবা হোরক্লে। মশাবী মানা শাওখিগদ্রা খনবদা ইকায় ইকায়না লৈহী পীরগে খোঁবা'খ্রে।

ঙনালক্তা লৈরোন শাংলকপা লৈরাংগী চেংলৌ তম্না পাই-শিল্লক্লনা লমদনবা খোইমুনা ফংহৌররোই মতাগুম লৈহী চুপ্লি। শিঙেল লৈনা থুদিং হায়দোক হায়দোক্লনা লোংলিবা লৈরিক কয়া'দু থিরি। খোইমুগী থাঙঙমদবা মতৌদা লৈরাং'দু হোয়নি মায়নি হায়খিদ্রে। হায়গে খল্লকপা থুদিংদা মচিম্বান তম্না পাইশিন পাইশিন্দুনা খোইমু মমুনা থিল্লকপদা হু অতুনা পঙ্খহন-

প্রথাম্লে, করিস্ন করিসু হায়খিদ্রে। খোইমু অমস্থং লৈরাংগী মত্তৌ অছু উক্কবদা ইকায়ঞখিবনা থাজস্নু থারবা লৈচিন মপৈ অমগী মক্কমদা লোৎখ্রে। ভসায়মথৈদি লৈকা থুদিংদা লৈতী চুপ্পমথনি, হন্দক'মুক্তি নোরবা লৈয়োন খিছুনা থাঙভমত্রব পুম্লিংগী ইহল অত্র কোংদোকখ্রে।

থাবল মঙাম্না চঙ্ ভমত্রব', তাইবং মিৎয়েংনস্নু য়োবা ভমত্রবা উনাগী থাংপোকশং মহুংদা অপাম হুংশিগী য়ুথল থঙ্গৎখ্রে কমলা, সুরে অমত্তা ওইখ্রে।

লৈহী চুপথোকপিগ্রবা লৈরাং অছু থাংথক্তা লৈমন চন্দুনা মাঙ্ লগত্রা হায়বতগী চিংনবতনা করিগুম্বা অমত্তা মঙোন্দা ভাংথোকপা ভমদনা হিক্কা হিক্কা কপ্লি। তেংথা-নাওই মীকপু ভাবদা থম্মোয় শোকলত্তনা খোইমুনা লৈরাংবু থেমজিল্লি।

কমলাগী মপুকচেল কাজিল্লত্তনা সুরজীৎনা হায়রকই,

"করিগী কপ্লিবনো, কমলা?"

"নংনা ঐগী ইকমদা অস্নুক চাওরবা পাপ লংশিল্লিব'সি দি।

" 'সিবু পাপলনে, ঐনা নংবু কদায় ফাওবা হুংশিজ্জে হায়বগী শাক্তি থমজবনি—। করিগী পাপনি হায়রিবনো? লৈরাংনা ফুগায়না শাৎচবা, হয়াও মিনোক তমজবা, খোইমুনা ভংনা ভংনা পাইজবা, লৈরাং লৈকা তমজবা, কনা মতুং লাংগনো—? পুম্মক মহোশাগী খুংশেমনি কমলা। নং ঐস্নু মহোশা লাই-রেম্বীগী হুংশি থুদোলনি। মংলান অমত্তগী মচুনি। চৎলুরবস্নু লম্ফাংলৈবা তাইবং'সিদা মায়কৈ শিন, উমগদবনি নং ঐ মকম

অসিদা। সমাজগী পলনা হুংশি ঈচেল হিংগ্রবস্থু, য়েংশি, কয়া কুইনা থিংহুনা থম্বা ঙমবগে। কল্লক মিৎয়েং কয়া চঙলক্লুনস্থু নং ঐগী রাশক্কী উচূক কয়া য়ুংলগা আশাগী পৈরেনা চেৎনা পুনশিল্লগা চঙঙমজ্রবা শম্বল থাগানি। নোংদম্বা বিধিগী খুয়াদা চঙজসি, নিজসি ওৎন-থানবা কৈক্রবা পুক্নগী হুংশি কৈপুল। শিঙেল্লক্কগী তোমথিন শাংচবী, ঐগী থম্মোয় কৈকোনগী কৈরাং, নংগী হুংশি মিনোক অমদা তাইবংপাল অসিগী অক-ফত্ত রাখল পুম্নমক মিকুপ্তা কাউহল্লিদে।

"স্থুরো, নং ঐবু থাদোক্লম্লোই হায়না রাশকউ"

"কয়ারক হম্না রাশকগ্র বহুদি—। রাশক্কগীস্থু হেনবা হুংশি শাক্কি থমগ্রেদনা। ঐবু মীহুংশি থঙজ্রবা শানি হায়না লৌরব্রনে। নংদি ঐগী থম্মোয়হুংদা কুম্বী কালেন নাইদনা শাংগী কৈরাংনি। মপোক মপোক'সিমগী হুংশি শায়োলনি। হুংশি লৌবুক্তা ইংনা কৈশাং তমজবী নংবু লাইজ ইথম্নহুনা কংলগনি চিংনরব্রনে?

"অহুবু স্থুরো, হনগ্রিবা হুংশি মরুসে লেম্না থক মাঙখো য়ারোইদো, হুংশি লমথুংফম য়োক্রিদ্রৈঙদা মহুং মতম চাদনা লম-থাংদা ময়োল চোংলকপা থোক্লবদি, সমাজগী মিংয়েং লিশিংনা ঐবু নোক্লগনিদো, মাঙখিবা য়াইদো পুক্সিসে থাংঙথক্তো।"

"নংগী খোইজিথাগী মীহুলদা হনগ্রবা মক্লগী নাওয়েক কাওরকক্রিদ্রৈঙে, থম্মোয় হুংশি থুদোল কৈরাংনা মক্ল ইহুল তম-লকপহু তাইবঙ কনানা থঙক্রিদ্রৈঙে, অরোনবা হুংশি লম্বীদা নংবু পুহুনা চৎকনি, কমলা। ঙসি খোকলিবা থাজনা থাসি,

কোন্দা লোংথ্রগ, কোরৌ নোংমদোগ লৈকোন্দা থাজনা নৌহৌনা লিক্লং মগুং শানা তথ্বায় শাংপী লৈরাংগুম লৈশাং তমনকপা মতমদো ঙায়নরসিকে কাউনদনা —। থাবুম থাথায় অমতংদি চিংনবা কোন্নাই কাউরুনা নংগী থম্মোয় লাইয়ুমদা কাউদ লৈই চিংলগা কোরৌ শিংবুম মশিং থারম্মুকো "কায়নরসি ঙসিদি"—।

ঙসায়মথৈ লোংশুরবা থাজসু লৈচিল পোমায় হাংদোক্লুনা কায়নরমদাই মিকুপ অত্তুতদি য়েংহৌরগে মতাগুম, পোরক্লে। ওইহৌরে নুংশি শাক্সি।

সুরজীংনা চংলগে হায়দনা মমায় লৈথোরকরুনা গুলাপকী তিংখং কয়ানা মাগী ফুরিং থুদাং পায়রুনা য়ামরি। কমলানা মাবু ঙায়খো, থামলিমাম্লে নিংলুরুনা অমুক মমায় লৈশিল্লকপদা তিংখংদা মাগী ফুরিং থুদাং পল্লমবত্থ থেংনরে। মিংথিনা লো-থোক্লগা নিঙমদনা থোরকলে।

ঙসায়মথৈ লম্বেলগা তায়নবা শম্বল য়াংমা অদোমদা প্রেমচাঁন্দত্থ সুরজীংনা থোরকপা ঙায়রি। পুম্বায়মুক কারে সুরজীংনা চঙখিবা, থোরকপা মতম ওইরে থন্দুনা কমত্থনা ঙায়রম্বদগী কোইচং চংপা হৌরক্লে। সুরজীংনা হেক থোরকপগা মপা চানখিরুনা গম হেক থেঙজিন্নরে। থংবোই লাকপোই হেক তৌগ্রুনা "কনা-না" প্রেমচাঁন্দনা লাওরপ হংলকই "তুমিন, লৈম্বু মী তানি" সুরজীংনা হায়রকই। "নং ওইরে", প্রেমচাঁন্দনা থুমই। মখোয় অনি চংলসি লায়রুনা লাকলে। প্রেমচাঁন্দনা চংনা চংনা হংবা হৌরকই,

“রা লোইথোক্লরমললব্র ?”

“উম, লোইরমলে।”

“করিদা তারমগে।”

“পরিক্ষা হাযদোকলগা—।”

“শোযদনা ”

“শুকশোয় শোয়ররোই।”

“পরিক্ষা ফেল হেক ওইরক্রবদি—।”

“অতু ওইরবস্থ অতু মশাগ্নয়ে, শোয়বা য়াত্রবলি।”

“লেপ্লবনিনে।”

“লেপ্তবা য়াত্রবনি।”

“অতুদি, কৈজোম ফুরিং থোরাং তৌবা য়ারেদনা—।”

“নংগী থুসিনি.”

“অতুবু হায়ম্বু ? রা থরছত ভাংনবদা অতুক কুইরকলিবা করিগীনো ?

“কুইরকপা অতুনবু শোয়বা য়াজ্রে হায়রিবসিনি।”

“অতুমা কুইনা কুইনা লৈবা ঐ থেংনজিল্লৈবা কয়া য়াম্না য়াওশ্রবগে ?

“ফনা য়াম্না য়াওথ্রেবো।”

“অতুদি, হয়েংদি শেন্দল অমগস্থ লৈশিন্নুদবা য়াজ্রে।”

“শেন্দলদি কৈদোদোরিবা ?”

“লুহোংবদা তোংলকননবনি।”

“থোরাং ফবিরেদা—।”

"হৌজিক তৌহৌদ্রবদি হয়েং কোইরায় য়ায়নবা স্থংঙায়তেদনা। অহুগা য়া'মদি লৈ, করিগুম্বা নংগী পরিক্ষা পাস তৌরকপা থোকলবা, মতম অহুদা নখোয় পাবুংনা মথা তমথকো হায়রকলবদি কমদৌবা।"

"মহু হায়বা নংহল্লরোই।"

"করম্না—?"

"হেক হায়দোকপগা য়ুমলোমদা চঙত্রিঙৈদা মাবু পুদুনা চৎকদৌরিবনি। মথা তমথৌ হায়রবস্থ কোম্না তমথগনি। তমলহু হায়রবস্থ তমলরোই।"

"অহুবুদি ইনাকথুনবনিনা ইঙমদা ঙমইদা।"

"অহুগী রাকম নত্তে। মাবু হুংশিবগী য়ানি। মাঙ্ হম্নিংদবগী য়ানি।"

"শোয়বদি য়াদেকো স্থরো।"

"স্থকশোয় শেয়াররোই হায়রিবসিনি।"

অস্থম্না য়ারী শানা শানা লাকপনা লম্বী অনিকাংবা অমগী মনাক য়োরকপদা মরুপ অনি'হু নোংমন্থমগী কায়নখ্রে।



# ১০ শুবা শরুক

"পরিক্ষাসিদা থরা থুনা হায়দোকপীরকলবদি—মুংঙায়গ্রনিদা"

"হায়ত্থুনা থম্না থম্না অসুম লাকপনা স্বরজীৎতু ময়ুম য়োবা থঙ্‌হৌদ্রে।

রাশক হায়বসিদি অতোনবা শেলগুম্বনি। মাসু কমলাগী মক্ষমদা অকক্লবা মুমিং থানরগা মুংশি লমন তোনশিন্দুনা লাক্লবনি।

ময়ুম য়োবদদি মশা অত্থু তপ তারে। লেংবা ফাওবা লেংনিংদ্রে, ইপং পত্থখরে, ইচোক চোকথদ্রে। তন্দে মান্দে তৌরদুনা মফি-মরোল লৌথোক্লে। ফিজ্ঞংগী থোংগ্রাও মকক অত্থুমনা নোং হেক ঙানবগা দোবিদা পীক্লননবা হায়ত্থুনা চেৎনা থমজিনদ্রে। হঙ্গাম মপানগী খুদৈ অমা হোংদোক্লহুনা চাক-থুমলোমদা চঙ্‌দ্রে।

য়ুমরায় কা অত্থুদা পালং থাওমৈ অমা ঙাম্না থাম্লহুনা মমানা মপাবুং হিদাক পীথক্লদবগী শেম-শারমই। ময়ায় কাবা পোং চারু-থক্রুরগা মুংশিং অত্থুনা থক্কা হায়গংখিত্থুনা বুদ্ধি লৌশিং ফাওবা চম্মনহনবগুম স্বরজীৎসু ময়ায় কল্লবা মুংশিহিদাক চারুবদগী মপাবুং নারি হায়বা ফাওবা কাউথোকলুরে। হেক নিংশিংলকপা মিকুপ অত্থুদগীদি মশা মতোমতা ইকায়জরকপা অমা পোক্লে। অত্থুবু চাকথুমলোমদা চঙ্‌বনা হানগ্রবনিনা চাক অত্থুদদি চাথোক্লগা মপাবুংগী মনাক্তা চঙ্‌গে নিঙ্‌লহুনা শমুক মথক্তুগী চাক পুথম অত্থু থাংখরে। মথুং মশা নিংথিনা

হামদোক্নগা চাক খোথংবে, মচি তোংলে, অমুক অনিরক চুকপা হৌরকপদা মবুক থন্দোকল্লে। মথুং অমুক হামদোক্লে। চাকশংগী খোঙ্ অচু হেক কাম্থে রকপদা হৌদোং অমা চেনশিনখিহুনা চাকলুক মপান্দা কমহৌরে।

সুরজীৎনা যুম্ময়ায় কাহু য়েৌবকপদা মপানা ঙমদ-ঙমদনা হায়রকই, "অস্তুক খেঙ্লবা কাওবা কদায় চৎলুরিবনো?"
মানা পাউখুমগীদমক্তা চঙক্লিবিঙৈদা মপানা "'সিদা চঙ্ঙকউ লাওনে" হায়হুনা যাথং পীরকই! সুরজীৎ মপাবুংগী মনাক্তা চঙ্শিল্লকলে। মপাবুংনা হায়বকই, "হয়েং অসি থিন্দনা নহাক কলিকত চত্তবা য়াত্রে, ঐগী ফিভম মতা অসিনা চৎপা ঙম-লোইদৌরে।" মসি হায়রগা মোন মযাদগী টেলিগ্রাম অমা পুথোরক্লে, মহু মঙোন্দা পীরে। অহুগা মথা তানা হায়রকই, "টেলিগ্রাম অহু অথুবনি, আদা পংকুই কুইনা লৈগদবা নত্তে, কোম্পানীগী মেনেজর অহুগা অকুপ্প মরোল খরা ঙাংনরগা থুনা অত্তম হল্লকদবনি।"

অহুদগী মনাক নক্লা লৈবা টেবল অমগী মথক্তগী শউনগী বেগ অমা লামহুনা লৌথরে। মহু লৌথবদা মমানা মত্তেং পাংই। মথুং অহুদগী করিগুম্বা খরা লৌথোক্লে। অহুদগী সুর-জীৎতা "সে, মসিনা প্লেন টিকেটনি, নংগী নমিংদা ককহল্লক্লবনি, ঐগী ইহুত্ত নং ওইনা থারকলগনি হায়হুনা অথুবা টেলিগ্রাম অমস্তু থাহনগ্রবনি, হয়েং পুং ৯-৩০গী প্লেন্দা তোংখিগদৌবনি। বেডিংনচিংবা ঙমা খৌরাং তৌরবনি।"

সুবজীৎ খুমকম শুকলৈ লৈতে। অসিগুম্বা মতাংদনি মী হায়্যসি ফিভমগী শাম্নপোৎনি হায়রিবসি। ফিভমনা মীবু শেম্বদি ইরায় লায়না ওমই, অদুগা মীনা ফিভমবু শেম্বদি ওমদে। মহাক্না করি খন্দুনা লাকলম্বা, ওইরকলিবা অদুনা করি, ওম্হোক্না ওন্-তৈনৈ। ময়াদা ফিবুল নমথবা মীগী পান্দমগুম সুরজীৎসু তিওক মায়ওক্লদুনা মপাবুং অমসুং মমাদা হন্না হন্না য়েংহনা লৈপ্রে।

মাঙ্জোননা শিন্দোক্লুনা লোইরমলবা মপাবুংগী খোরম পবেং অদুগী মায়োক্তা করম্নসু "চৎপা ওম্নোই" হায়রুনি। সুরজীৎ কুং অনিগী মরক্তা হা ওইরে। মপাবুংগী নিংবা কায়-থিগনি হায়বদু খল্লুবদা "ফরে অদু মণ্ডায়রে" হায়দুনা চৎপদা লেপ্লে। ইশুক শুকথরদুনা মাগী কারোমদা মঙোন্দা শিন্নরিবা পোৎ চৈ ময়াম অদু পুশিন্দুনা চঙ্খ্রে, মদু টেবল মথক্তা শাওনিংলপ তৌনা থমখ্রে। লালটেন অদু মৈরী চাওনা লৈ-খৎলগা 'তুমলমদাই মিকুপ অদুদা উপু মমুংদগী ফোটো অদু চিংনা অমুক্কং য়েংলম্লগা মৈরী অমুক লৈথরে। সুরজীৎ কমুং চঙ্খ্রে, তুমথখ্রে। নিংবা কায়রবা তুমথুন অদুদা—

ব্রাংলবা চীংথক অমগী মথক্তা চীংলেম্না শারবা মন্দির অমথক তম্না কমলা অমসুং সুরজীৎ লাই খুরুম্বা কাখৎলকলি। মখোয় অনিনা মন্দির মনাক হেক য়োৎবগা ফিভাং শেৎপা পূজারী অনিখক্না নাক-য়েংলোমদগী হাইজিল্লকুনা "বাবুজী ফুল" কমলারোমদনা "বিদিয় ফুল" হায়দুনা লাওররি। কমলাগী

ঙুংশি চায় মিৎয়েং অঙুনা "শৈয়ু হায়ব্রা, লৈগস্থুরা হং কপা মতৌ মান্না উইরুম উইরুম তৌরঙুনা স্বরজীৎলোমদা য়েংলকই। স্বরজীৎসু মঙক হাইরপ ইনগুম লাকুম তৌরঙুনা মচিন্দ খোকনা "পূজারী ইচিন-ইনাও অনিনা শাক্তি, লৈরাং পরেং অসনা পুজিগী লৈপুন শকন্সম্নু, হায়ঙুনা লোম্না শোঞ্জরগা "অহ নং যাত্রা কায়হৈদে, লৈরসি" হায়ঙুনা ইঙ্গিত পীখি। কমলানা হেন্দ খেগ অহু হাংদোকঙুনা পৈশা পীগে হোৎনরিঙেদা স্বর জীৎনা পীখিবনা হানখ্রে। মন্দিরতম্না অসুম চঙ্ছকপদা মচি অমদা স্বামী অমনা চন্দন খিকলবা লৈ অমা পায়রঙুন লাকলিবা যাত্রিকশিংঙুগী মরায়বক্তা সিন্দুর নমলিবঙু উরে। মখোয় অনিসু মাগী মনাক্তা চঙশিল্লে। মখোয়'নিবু উবদা স্বামীনা হংই,

"বাবুজী, লোয়নরকলিবী অসিনা কনানো ?"

"ঐগী তাম্মোয় ওইগদৌরিবীনি স্বামীজী।"

"লুহোংবগী মতম লেপ্লব্রা ?"

"দর্শনগীদমক্তা লাকপা যাত্রিক খুদিংমক্তা রাহং অহু হংবিব্রা ?"

"হংদে, হংননবগী মতমস্নু লৈতে। নখোয়'নিগী মশক উরুবদা হংনিংবা পোকলুবননি।"

"লুহোংবগী মতম লেপ্লব্রি, স্বামীজী।"

"করিগী লেপ্লব্রিবনো ?"

"মঙ্গুগী পাউখুম পীবা ঙমলোই।"

"মরমদি ?"

"মরমদি, থুংনবতন মাগী ঐগী অরোইবা নত্তে।"

তুংলোমদগী মীনা অতৎ-অথম লৈতন ইনশিল্লক্লি। স্বামীজী মথ তানা হৎবগী মতম লৈখিদ্রে। মথোয় অনিমক্ত য়াইফ মন্ত্র মতেক অমত্তং শোল্লহনা শিন্দুর নমগ্রে। তাল্লক অসিদা তুং-লোমদগী মীয়াম্না থংহন ইনশিল্লকপদা কমলাগী মথুদাংদগী লৈপরেং অহু নাম্বখিহনা লৈমায়থক্তা খোঙগাওনখ্রে। থুনগৎলুবগীসু কাম্নদ্রে, ঙমস্সু ঙমখিদ্রে। মহুগী সুংনাংহনা মিকুপ থরদং লেপ্লিভৈদা সুরজীৎ মথোয় অনি অমনা অমবু উন্নবা ফংদ্রে। সুরজীৎনা কৌরি, "কমলা—কমলা—"

সুরজীৎতু থংহৌ হৌগৎলকতুনা ফম্রুং ময়ায়দা অঙাওবঙুম ফমতুনা ঙায়হাক লৈরে। নিংঙমত্রবা মাগী থাম্মোয় অহনা ঙম-খিরবা মঙ্‌ অহুবু নিংশিংগনু য়াদ্রে। অহিং অহুমা তুমফম হিপফম থঙ্‌দনা নোং ঙানখোকখ্রে।

অতৈমক নত্রবসু কলিকতা চৎপগী প.উ অহু প্রেমচাঁন্দদদংদি থঙ্‌হল্লিংই। অহুবু চন্নাং খোয়রাংনরবা মিকুপ অহুদ ঙায়হাক্তং ফাওবা লিখোকতুনা চৎলুবা ঙমখিদ্রে। হায়ন হায়না পুং ৮ তাশিনখ্রে। সুরজীৎ চাক ঈ.শং চাবা থকপা লোইরহনা মফী মরোল শেংচিনখ্রে। মপাবুংনা হায়রমগদবা, তৌরমগদবা পুন্নমক শিন্ন শিন্নবা হংলকই,

'নংগী পরিক্ষাবু কয়াম কুইনা লৈরগা হায়দোরকদৌরিবনো'?

"থা মথায়'মরোম্নগী মতুংদা হায়দোরকপা য়াই হায়না থাজনরি ।"

"পাস তৌরগা নংবু করি তমথগে থল্লিবগে ?"

"হায়দোরকত্রিবা মথৈদি লেপ্পা ঙমদ্রে ।"

"নংনা তমথনিংবা অম: হেক্তা তমথখো, অহুগা রোল নম্বরনা কয়ানো ?"

অমবু ওইরে, অমবু ওইরে, মপানা হংলক্লিবনিনা তঙাই-ফদনা থুমদবা ময়াদ্রে । সুরজীৎনা চে মচেৎ অমদা রোল নম্বর ইরগা মপাবুংদা শিন্নগ্রে । থৌরাং পুম্নমক লোইরবা মতুংদা মাগী কাদা চঙ্‌ঙক্লে । উপু মচা মতুংদগী ফোটো অহু উপশিন্দুনা থমলে । মহাক নত্তনা কনাগুম্বা অমতস্থ মহুবু উহম্নিংদে, মরম অহুননি । লাইরিক মতুংদগী অতোপ্পা অমহুনা লাইরিকা কোম্নমা মাগী সুইট কেশ মতুংদা হাপচিল্লে । চিঠি অমত্তং ইরগা প্রেমচাঁন্দ লাকপা মতমদা পীথিননবা মমাদা শিন্নরমসিরা হায়নস্থ থল্লি, অহুবু মহুগী তাঞ্জা ফাওবা লৈখিদ্রে ।

মিকুপ থরগী মতুংদা জীপ অমা মখোয়গী খোঙ্গাম্দা থাররে । মপাম্বুং অমস্থং মমা খুরুমলম্লগা সুরজীৎ কলিকতাগীদমক খোঙ্‌-শান্দোকখ্রে ।

পুং ৯-৩০ গী প্লেন্দা সুরজীৎ তোংখ্রে । পুং অহুমলোমগী মতুংদা কলিকতা য়োখ্রে ।

---

## ১১শুবা শরুক

সুরজীৎপু পোকপা মপাবুংগী মমিং চন্দ্রজীৎ কৌই। হৌজিক মতমদদি শেলবু পায়রবদি বাবু হায়দবা লৈত্রে। মাবুসু চন্দ্রজীৎবাবু হায়হুনা মীনা ইকাই খুম্নে। করবারদা কীরান মমায় চুমথংলক্লিবনি। মতম অমদদি খুবাক ময়ীদা হিংহুনা লৈরমই। অহুবু মীওইবা হায়বসি অসিনি হায়নিঙাই লৈতে। তৌরু তেঁকুবা খুদিংমক্তা মায়বু হেক মপাক্লবদি হুংঙায়বা হায়বসি মিকুপ অমত্তগী রাকমনি।

হৌখিবা হুমিং তরানিরোমগী মমাংদগী মশাগী অহৌবা নাইবা মপুক থীনবা লায়না অহু হৌরহুনা কমশেমহুনা নাবমক নত্রবসু চংথোক চংশিন্দি পাঙ্গল থোকপা ঙমত্রে। কারবারগী মরীদা কলিকতা, দিল্লি, বোম্বে মনা চত্তবা য়াওত্রে। চহি অমগী মরক, অনিগী মরক্তা কম্পানিগী মীওইশিংনা অরুব রাকম থন্নগদৌগী হেক হেক কৌরকই। অসোমদগীসু কয়া লাক্লুনা মাগা উইরে। পুকচেল তিংবা, থাজবা হায়বসিদি কারবারগীদি থরায়নি। হন্দক্কী মতাং অসিসু মানা চংকম থোকপনি। অহুবু হকচাংগী ফিভম অহুনা য়েথায়বা পীরে। তৌদবা য়াদবনিনা মাগী মহুত্তা সুরজ্ঞীৎ থাখিবনি। সুরজ্ঞীৎতি কারবারগী মরমদা থরায় য়াওশিল্লুদবনা থোইদোক্না য়াম্না হৈথোই শিংথোইদে। তঙাই ফদবদগী চংহনখিবনি।

ছোথিবা সুমিৎ অদুগী সুংথিন্দা রাকম অদু পুকতপ লীন তপ্পা তাম্নগে হায়দুনা চন্দ্রজীৎ বাবুনা থনখি। অদুবু, সুরজীৎতি চাক চাবা ঙায়ঙাক্তং হুজিনলক্লমলগা হোহা হোহা তৌরদুনা অদুম অমুক চথোকখ্রে। মচাবু থাম্বসু থামগৈদ্রে। সুমিদ'ং অদুদত রাকম অদু মচাদ' থঙহল্লি। মরম অদুনা সুরজীৎতু থন্না তঙ্গানখিবনি।

নিনি শুবগী সুমিৎনা কোকতোন লোমলকপা মতমদা সুরজীৎ য়ৌরে হায়বগী টেলিগ্রাম ফংলে। মরিনিরোম চল্লক-পদা চিঠি অমসু অমুক ফংলে।

সুরজীৎনা মনা মনীল ইনাই নাইদনা লৈথোক.খিবা অদুদা প্রেমচাঁন্দসু অনা-অয়েক য়াওদুনা তৌত্রা হায়দুনা চিংনব' পোকই। অদুবু থবক্তা চিনমনখিবনা ঙায়হাক্তা লৈথোক্তুনা চৎলুবা ঙমখিদ্রে।

চয়োল অমরোম হোৎস্রে। ইথা থাজদনা সুরজীৎথোয়গী পরিক্ষা হায়দোরক্লে। মাসু পাশ তৌখ্রে। মতাং ফনা চারে হায়দুনা মপাবুংনা পরিক্ষা পাশ তৌবগী সুংঙায়বগী পাউগা লোয়নননা "থোরক্লগনু মকম অদুদ তমথনিংবা অমা তমথদুনা লৈরেম, ঐসু হকচাং থরা সুংঙায়রে" হায়দুনা অথুবা চিঠি অমা মুক থুন' থাখ্রে।

পনবিত্রবদি ইম্ফালদগী চিঠি থাখিবদা সুমিৎ নিনিগী মমুংদা কলিকতা অদুম য়োই। টেলিগ্রামদদি হায়নিংবা মরোল লুনা হায়বা ঙমদে। মরম অদুনা অথুবা চিঠি ওইনা থাত্রবাখ।

সুরজীৎসু কম্পানীগী মীওই শিংগা রা-লান ভাংনবা লোইরদুনা মণিপুর থেংরুগে হায়দুনা শেমশাবা লোইখ্রে। মেমেজর অদুনা মণিপুর থোকত্রিবগী মমাংদা কলিকতা সিটি অদু অমুক্তং কোয়রুসি হায়দুনা সুরজীৎপু হৌই, মাসু মফম অদু অমুক লাকপা লাক্রবা মফম থংদে, চংলিবগেদা য়েংবা য়াবা শরদি য়েংগুরগে নিংলদুনা রাফম অদু য়াখ্রে। অয়ুক অঙনবদগীনা চাকচমাং অমা ফাওবা য়েংবা য়াবা মথৈ য়েংলুরে। হল্লকপদা অরু-অনান য়োনফম অমদগী তুংডোগী থুং চঙ্না চৎকুনা শাররবা মমল য়াম্লবা তাজমহল অমসু কমলাদা পীগে থল্লহনা লৈরক্রে। মত্তুতনি মহাক্না থোয়দাজবা, অতৈ করিগুম্বা অমত্তসু লৈরক্কে। মানা হল্লকপদা কম্পানীগী মীওই অমনা নোক্লদুনা হংলকই, "করি করি লৈবীরক্লবগে?" সুরজীৎনা থুমই, "করিসু লৈরক্তেদা, তুংডোগী তাজমহল অমতংদি লৈরকই।" পোৎশক অদুগী মমিং পল্লকপদা নিপা অদু রাশি থরগা হাপকৎলদুনা অমুকসু থোয়রুম মোমোন তৌই। অদুগা "বাবুগী চিঠি" হায়দুনা চিঠি থাউ অমা সুরজীৎতা পীরে। চঙ্ঙক্রিবা মীয়াম অদু শেমদুনা অমুক লৈখ্রে।

সুরজীৎনা থুদোলপোৎ অদু টেবল মথক অদুদা থমলদুনা লেপ্পা লেপ্পা চিঠি অদু পারি। অহানবদা হরাওরমই, মিকুপ্তা কোঙোলগুম তাকখ্রে। "থোরকলদু" হায়বা পাউ অদু হেক থেংনরুবদা জ্ঞান মচেৎ মাঙবা হৌরক্রে। মমায় ঙাংশিনখ্রে,

ন্যাখোঙ্ শাগংগ্রে। মহুৎম্বা পাউ লাকদোবগী শক্তকপুদি লাক্তবনা হেন্না কৈ খনগ্রে। পাউ অদু মঙোম্দদি শিন্না চীকপদগী হেন্না হু কাগ্রে, চম্মনগ্রে, তৌকম খঙ্খিদ্রে, বুদ্ধি চককনগ্রে। লৈহৌ চুপকে পাইক্লবদা তাইবং চৈনা থাঙঙ্মদহুনা মায়কৈ ড়াওহুনা কোয়পাই পাইরবা খোইমুগী পাংথক ওইগ্রে। মপাবুংগী ঙ্গায়েল কাতিনা মাগী পুক্নিগী আশাগী লৈরাং লৈয়োল চপ-থংহুনা মাঙ্হনগ্রে।

তৌকম খঙ্ত্রহুনা দলাল মথক্কী মাগী লৈফম কা অদোমদা চঙ্লগে হায়হুনা শিরীগী থাক অনি অহুম কাথংলকপদা ঙসাইগী কম্প্যানীগী বাবু অহুনা "বাবুগী তাজমহল কাউরম্লে" হায়হুনা লাওবকই। ইহৈ হৈনিংদনা অমুক কুমথররহুনা খুদোল পোং অদু মাগী কা য়োনা পুথংলে। কাগী থোঙ্ অদু লোনশিন্দুনা 'চক্লা ব্লাখল তৌবা হৌগ্রে। চন্নফম লৈত্রবা খুদোল পোং অদুগী মরায়বক অদু থল্লুবদা মমিত্তুগী মপি তাথিবা খঙহৌদে।

বিধাতাগী শরৌ লাংনা ফাগ্রবা সুরজীৎনা নোংদম থীব্রবা লাইবক্কী থৌশিল পরেং অদুদগী নাম্থোক্লবা উপায় থীবদা ফংদ্রহুনা পাউ অদু প্রেমচাঁন্দদা খঙ্হন্নবা চিঠি ইরগে লেপ্লে।

অহানবদা মাগী অরাবা খুদিংমক কোংদোকহুনা ইগ্লে। মাগী লৈফম তাংদাংবা অমা খঙ্দ্রিবা মথৈদি চিঠি ইরক্লুহু হায়রে। মথংদা কমলাদা থর য়োবিথে হায়হুনা কমলাগী চিঠি অমসু ইরে। চিঠি অদুদা মানা অসুম্না কোংদোকই;

চাম্নরবী কমলা,

লমজা শারাগুম কোইঙ্কাওনরবা ঐনা ঙসি নংগী নকমদা লাইরক থীরবা ঐগী ইপাউ অসি থঙ্‌হনবদা পাপতুম লঙ্‌-শিনবা থোক্লগত্র' চীংনরে।

ঐ পরিক্ষা পাশ তৌরে। মসিগীদমক্তা ঐ হুংঙায়বা মচেৎ অমা ফাওবা ফাওদে। তৌরমদবনা হেম্না করমগদবনি। মীরমদা লৈরবা ঐসে শারংদা শে। লোন্দুনা থমগ্রবা শাগা চপ মান্নরে। ঐনা ইরৈপাক থাদোক্তুনা চৎপগী পাউ থঙ্‌হল্লমদে হায়রহুনা নং ঐবু রারোগদ্রু, কমলা। চয়োল অমগীদমক পাবুংনা ঐবু কলিকতাদা থারকই। অদুবু পরিক্ষানা ঐবু জেলগী বন্দিগুম লাক্লরে। থুং অসি নিকথিবনা মথা তানা ইবা ঙমত্রে।

"নংগী সুরজীৎ"

শাওনিংবগা, নিংঙমদবগনা পুনশ্রহুনা অসিগুম্বা ইরগা অমুক পাক্লবা তৌদনা চিঠি অসিহু থাউ অমত্তদা হাপচিল্লে। চাকচনাঙ্‌ অদুদা তম্না অমুক পোষ্ট অফিস তাম্না চৎলে। সুরজীকী মমিংদা চিঠি অদু থাগ্রে।

পরিক্ষা হায়দোকথিবা তুমিং মরিনিরোম শুত্রে। প্রেম-চাঁন্দসু সুরজীৎকা উপ্পদবা ফনা কুইশিল্লরে। মহু ফাওবদা মনা মনিল ইনাই নাইদনা সুরজীৎনা তুমিন্না লৈথিবহুদা মপুক্লিংদা চিংনরহুনা থরা ঙম্না অফিশ কাবা ওইনা থোরক্লগা, সুরজীৎ-

খোয়দা চৎলে। সুরজীৎ কলিকতা চৎখ্রে হায়বগী পাউ অদু হেক তাবদা চঙকনরকুনা শুমাং মতোম্দা লেপত্তুনা লৈরে মমানা "কমখো ঙাওখো, চা থকখো" হায়রকুনা থামই। প্রেমচাঁন্দদি অফিস য়োগদবনি হায়তুনা কমস্তু কমদ্রে। মাগী পরিক্ষাগী মরম অমুক হংবদা— "মমানা পাশ তৌরে, মপাবুংনা খোরক-লগনু তমথনিংবা অমা তমতুনা লৈরো হায়তনা চিঠিংস্ত থাখ্রে, লুপা ৫০০৲ অমস্তু থাগনি হায়তুনা চৎখ্রি" হায়তুনা খঙ্‌হল্লকই। মহু তাবদনা অমুক্কা হেন্না মমখ্রে। থাদম্বা অহিংদা মৈর। য়াওদনা চৎপঙমখ্রে। অহানবদি কয়া কুইনা লৈরকদোরিবনো হায়বদুগী ৱারম্বনি। হন্দকমুক্তি "খোরক্লগনু হায়খ্রে" হায়বতু হেক তাবদদি কনাগী কৈজোম, শেম্দল লোইনা কাঙ্‌খথাঙ্‌গী ফদি শুইহনখ্রে। ঙায়হাক উতিংশুম লেপল্লমগা "চৎচরগে" হায়রম্লগা অতুম লাক্লে।

সুরজীৎমক্কা মী হাৎপা ঙম্বগী পুকচেল চেল্লমগদ্রা হায়ব-সিমক থল্লুবদা ঙক্কবা ঙমখিদ্রে। মীওইবা হায়বসি ডুংগা মাংগা ইশম হেক শম্নদে। আশাতদা পুংফুংদা ফুংঙায়বসিস্তু কারদবোইরে হায়বসিমস্তু থল্লি। অদুবু সুরজীৎমক্কা চৎলগে হায়রকুনা হেক চৎখিবা ওইরমগদ্রা? প্রেমচাঁন্দতু চিংনবনা পুময়োম য়োমখ্রে। খৌবুনা রাবনা অমা, অরাংফম্না রাবনা অমা, মাস্তু তিম্নরুবা শঙ্গদগী তারুই, খঙ্‌লুই। মতুগী মতুং ইন্না শরম চেম্না চেম্না পংরাদ রাক্লে। খোরকহল্লরোই হায়বতুমক্কা অশেংবা হেক মওইরবদি মী অমগী পুক্সি হায়বসি কয়াম থুনা মাঙ্‌বগে হায়বসিমক মহাক উগদৌরি, খঙ্‌গদৌরি।

খাথলদা লুপুন্না অসুম লাকপনা অফিস য়েৌশিবা থঙ্-হেন্রে। মপাঙ্কদা ভত্তনা খল্লি, "হৌংভায়বনা মীবু ম্যাও্বল্লি, অঙ্কু শেল ঙ্গৈলবগা মীবুস্ন লৈব হেক্তা মকাঙলগদ্রা ?"

প্রেমচাঁদন্ন করিগুম্বা অমত্তস্ন পুক্নিং লৈতানা হৌবা ভমখিদ্রে। করি নিংশিংলক্লবনো থঙ্দে পুং ওলোম তারকপগী অক্তরাঙদা অফিসার অকুপী মনাক্তা চঙ্খিহনা "স্যার ভসিদি থর ওমা কুমজখিগে" হায়রুরে। "থদক য়াম্না চিনবা লৈহৌ-রবদি চংলু, হয়েং অয়ুক হবা ওমা হেক কারবড" হায়হনা থোজাল হৈবা উংপীরক্লে। অমুক পম্বরা তোদনা মখুম তাম্না লাক্লে।

মখুম হেক য়োবদা মমানা "কৈদোরে ভসিদি চত্তা লাক্লবদি" হংলকই। পাউখুম পীবা নংত্রিক্তেদা "চিঠি অমা ডাক পিয়ম্না পীরমই, নংগী টেবল মথক্তা লৈহৌবনি" হায়রকই। "থবক অমা চংলুগে হায়হনা ভসিদি ছুটি লৌরক্লে" হায়হনা থুম-লমলগা ইমুংদা অদুম চেনশিনখ্রে। কয়াদা ওকখ্রবনো। মানা ছুটি লৌরক্লিবহু "চিঠি অম লাকুনা লৈহৌরে" হায়হনা পাউ পীরবগা লাকপমক হেক মাল্লি। তাঙ্গা চানক্লব হায়বহুনি।

টেবল মথক্তগী চিঠি থাওগী মখুম অহু শেগাইরোই-কৌরিরোই খৌহনা হাংদোক্লে। চিঠি পোখোকলে। শেংনরে চে মচেং অনিথক। মানা খল্লি, "অনি-ওরিবা অসিনা অমমা, কনাগী অঙৈরমগদোরিবা, মমিংস্ন তোঙান তোঙানা অমত্ত থাদে, করম্বনো ঐনা পাম্বথংকদোরিবা ? করম্বন' ঐগী ওইরমগদোরিবনো ?"

অসিমথৈ খল্লগা- - "ওইনিংব অমগী হেক্তো ওইরমলসত্তু" হায়ত্তুনা মমিং চেক্লেং উইশিল্লগা চিঠিথেলাগী টিকেট লৌখৎপগুম মারত্তুনা লৌখৎলে। মমিং পাংথোকত্রিবৈত্তদা হায়া কাক্তোকলে। অত্তুগা মমিং পাংথোকলে। অহানবমক্তা উই, "চায়রবী কমলা।" "হায় অসিদি ঐগী নত্তেনা" মানা খল্লি। ময়াই ওইরপ্পা অমুক য়েংই। "ঐ পরিক্ষা পাশ তৌরে," হায়ব'ত্তুনমুক থেংনরে। মমৈ ওইরপ্পা অমুক য়েংথরুবদা "পরিক্ষানা ঐবু জেলগী বন্দিগুম লাক্লরে" হায়দত্তু থেংনরে। মুন্না পাহৌদে, মীগী চিঠি হায়বসি পাহৈদেইয়ে খল্লত্তুনা মত্তুমা থুপ'চিনগ্রে। মথংদা অমুক পায়খৎলে, মত্তু মাগীনি হায়বা খঙ্লত্তুনা পারে। লোইরকপদা মানা খল্লি, "মাগীসিদি ফাঁসিগী হুকুম পীরকপনিদনা, অত্তুগা ঐবুনা হুকুম অসি য়ৌখিনবগীদমক মীহাৎশংগী চপ্রাসি হাপ্পীরকপনি। দশাদি কুংইয়ে, ফরে অত্তু মঙায়রে, হাৎপদি মানা হাৎচগদবনি, ঐসু মরুপ অমগী থকমদা তৌকম থোকপা অত্তুদি তৌবা তায়।"

চিঠি অমতং পীথোকলুরগা মাসু নাথৈ অমা শেংনা লৈজরগে খল্লত্তুনা থুনা য়াংনা সাইকল তৌংত্তুনা কমলাথোয়রোমদা থোরক্লে। "কনাদা পীরমগদৌরিবনো, তাঙ্গা কংদত্তুনা তোক্লগদবা জাংলা, কমলানা থোরকত্রবদি মাশী মথুং য়ৌখিনবসি করম্বা উপায় তৌসিগে," হায়ত্তুনা খন্না খন্না লাকই।

সুরজীৎনা য়াথে কৌবী কমলাগা য়ান্না লুনা চান্না তিন্নবী অমগী মরবদা প্রেংচাঁন্দদা কয়ারক হন্না য়ারী শাক্লে। য়ান্না

থৌজাল হৈবীনি হায়নসু সুরজীৎনা হায়খি। অসিগুম্বা তানকম আসিদ রাধেবু প্রেমচান্দনা নিংশিংলক্লে। অদুবু মশক্তি থগুদে। থোকলবা অমা লাক'নি হায়দুনা প্রেমচান্দসু কমলাখোয়গী নৈরক চংকম মচিন অদুদ লেপ্লদুনা তাঞ্জা ঙায়দুনা লৈরি।

---

# ১২ শুবা শরুক

মুংশি চৈথেঙ্ কংলবা সুরজীৎসু কায়নৌ ভমগ্রবা বিধিবু হন্না হন্না য়ারৌথে। কমলাগীদমক্তা থনবদা চাবা থকপা থগুখিদ্রে। মপাবুংগী য়াথংগী মায়োক্তা থোক্তুম থোক্লসিন্না হায়দুনা চামন্নক হন্না খল্লি। অদুবু মপানা মচাগী ফননবা শিনবদা করম্না হায়বা ইল্লোইদোরিবনো। মুংশিনবা কায়নবগা মাগীদমক্তা ফননবা খন্দুনা লৈরিবা মপা মমাগী অনিংবা থুগায়নবগা কনানা হেন্না লুবগে হায়বসিগী থল চাং ওনবা হোৎনবদা মকোক অদু মচেৎ মচেৎ তানা কায়বগুমশ্লে।

মমৈথংদা থনকম থগুলকত্রদুনা কলিকতা বিশ্ববিদ্যালয়দা চগুনা মিং চনবগী মরম হংলুবদা তারিখ হেন্দোকশ্লে হায়রক্লে। ফনতুম ফরে মতাং অ'সিদা থোকহৌবা হায়বদু ঙায়রে থল্লদুনা আশাগী মঙাল থোকত্রবা মৈরা অমা পায়রদুনা মমলবা পুন্সিগী লময়ান্নদা মাঙগ্রবা মুংশি লম্বী খিরুরগে হোৎনরক্লে। হোৎলজে

হাঁয়বত্থু মণ্ডারি, মানা নিংদক নিংলকপা থুদিংদা বিবিগী শনি চোংশিল্লক্তুনা থৈবাযবা পীরৈ। সুবিৎ অত্থুদম্ধু পুপা চামঙাগা লৌয়ননা চিঠি অমত্থু অমুক থুংলরে। চিঠি অত্থুদা মপাবুংনা— "কলিকতাদদি সিট ফংলরোই হায়রৈ, মত্থুনা অশেংবা ওইরবদি গৌহাটী বিশ্ববিদ্যালয়দা তম্মনবা থোরাং তৌ" হায়বসিমনা মরু ওইবা য়াকম ওইনা কয়া ইরকই। হন্দকমুক্তি থরায়থক্তা হিংন হিংন তৌরবা ঙানা মথরায় থারমদায়দ অমুক্তং হায়ত্থুনা কয়া চোংথোরকপদা মৈমুংদা অমুক তারুবা অত্থুগুমপ্রে। নিং মাং থত্তুনা তৌদবা য়াদবা থোরম পরেংনা লাঙ্গোই চনশিনলক্লবা অত্থুদদি মপুক্কিংদা কম্থি থোক্না শাওনিংবা অমম্থু পোকলক্লে। সুরজীৎ গৌহাটী চৎপদা লেপ্লে।

সুরজীৎ কলিকতা থাদোকলগে থরুত্থুনা মপোৎ মচৈ য়োমশিনবা হৌরৈ। ওমর্মক য়োমশিনবা লোইরকলবদা "তাজমহল" অত্থুত মণ্ডায়হৌরে। মানা থল্লি, "মসিবু পুরুবগী কায়খিগদ্রা, কনাদা পীরুনি, করম্বা মতমদা পীরুনি।" ফনমক ফজবা পোৎতু ওইরসত্থু য়েংবীনবা য়াওক্রবদি মত্থু অরৈস্বনি। সুরজীৎনা মত্থু পুত্থুনা চৎলগা ময়ুমদা হুমগ্রগদবা নত্তে। চহি অমরোম চুপ্না অতোপ্পা মীরম অমদা লৈরম্বিগনি। মহাক্না হয়েং হনখিবদা মত্থু লৌবিনিঙাই কনাবু লৈরমখিগদগে। পুন্নমক অসি থমুবদা "কায়ত্রবা পোৎনি" হায়ত্থুনা থল্লি থম্নগা হাপ্তি হাপচিল্লে। মত্থু অচিকপা মফম অমদা মীরক নায়ক য়েংলগা হন্দোকজগে হায়নম্থু তৌক্লয়ে। অত্থু কলিকতাগুবা সহরদদি অচিকপা

মকম থীবা ঙংদে। কয়িগুম্বা নোং তাল্লক্রগা তাজমহল অহুনা মচেং মচেং তানক কায়হুনা লৈরম্দা মাগুম্মা কায়না মৈশা লাংলবা কনাগুম্ব. শাবী শানৌশিংনা থেংনবা থোক্রবদি "সুংশিববু মীরায়বা কনানো" হায়হুনা শোয়দনা হংগনি, অথিবা খোমা কয়ারক চৈরমগনি। মসিগুম্বা অসি থল্লুবদা মকম চাদে নিংলহুনা হাপচিনখিবনি।

ট্রেনগী থোঙ্চক্তা সুরজীৎ গৌহাটি পাংলক্রে। পাণুগী য়োংতনা চেকশিন্না শারবা শাংলবা থোং অহু লাল্লকদোরে। কিলো মিটর অমরোম য়াংলিঙৈদা সুইট কেশ অহু হাংদোক্লে। "তাজমহল" লৌথোক্লে। মাগা চংমিন্নবা থোঙবু অমনা হংলকই, "লুপা কয়াদা লৈবীরকপনো বাবু।" সুরজীৎনা কংনোক নোক্রহুনা খুমই, "মসিগীদমক ঐনা মমল হুমরক্তে, লুপা কয়া শীরম্বগে হায়বহু ঐ নিংশিংবা থোকত্রে।"

ট্রেন অহু থোং ময়ায় য়ৌশিল্লক্রে। থোঙ্নাও মপান্দা থক থক নিকহুনা লেপ্লগা "তাজমহল" অহু চেংনা পায়রহুনা মপান-লোমদা মথুং অনিমক তিংথোরক্রে। থোংগী ময়ায় চবুক য়োরকপদা থল্লায় হকচাং কাওবা শুমদোকহুনা চেম্বরকপা মিংকী পিগী মশ্লিক মরিক্না "তাজমহল" অহুবু অরোইবা ওইনা চামথোক্লগা মমিং উইশিনখ্রে। "ইরৈ কল্লবা ঈচেল নহাক্না মাবু পাক্লবা মহাসাগর তান্না পুবিখো, ঐগা চংমিন্নবদদি মাগী লেমজনিঙায় লৈত্রে" হায়হুনা মপুক্লিংদা লোন্না শোল্লগা ব্রহ্মপুত্রগী ইরোম্দা লংথত্রে

"তাজমহল" অমসুং ঈরৈ'লক্তা ইরাক্লহৌরে। খোঙবুশিং অক্লনা ঙক্লক্লনা মঙোল্দা য়েংনরি।

অয়ুকী অঙনবা পুংজাদা সুরজীৎ গৌহাটিদা থুংলে। মী-থুংকমসু ওইবা হোটেল অমগী কা অমা নোংমহৎমগী ভারা পীরগা লায়রবে। তুমিৎ অহুমক্তদা চত্তুনা মিং চনশিনখ্রে। হুমিৎ নিনি হুমনিগী মতুংদা হোস্টেলদা হোংজিখ্রে। লাইরিক তম্বা হৌখ্রে।

লাবতনা থল্লবা মাগী পুল্সিগী মপাউ অমসুং খঙহন খঙ-হন্দুনা প্রেমচাঁন্দগী মক্তমদা চিঠি কয়ারক ইখ্রে। প্রেমচাঁন্দসু চিঠি অমুম মহল্লকই অমসুং কমলাগী মবমদদি শুকপন পনলক্তে।

× × × × × ×

থা অহমলোম খঙহৌদনা হৌজিনখ্রে। নোংমা প্রেমচাঁন্দনা থবক অমা চংলুবদগী লমদাং খোজুনা কমলাখোয়গী লৈরক অমসুং কাওহন, লাকপদা ইথা থাজদনা রাধেমু কোক হেক খেংনরে। মতম অমসুং কাওবদা রাধেদি প্রেমচাঁন্দগী মমিং খঙজিখ্রে। নমহায় ওইনা তৌরতুনা প্রেমচাঁন্দবু থামলে। অমুগা হংলকই,

"সুরজীৎপু হৌজিক কদায়দা লৈরীবগে"?

"গৌহাটিদা—"।

"মাগী ঠিকানা খঙবীরিমিনে"।

"ঊম, খঙই"।

"ঐসু অমুক্তং খঙজহৌবা য়াগত্রা"।

"য়াক্লোইদোবগী মরমবু করিনো"?

"মাঙ্গা ঐগ্নদি করিস্নু থোক্লদে অহূনা হায়বনি"।

"ঐস্নু মাগা করিস্নু থোক্লদে, অহূবু খঙ্লিবসিনি। নংনা খঙ্হৌবদস্নু অকায়বা করিস্নু লৈতে, অদোমগা কমলাগা, ঐগা স্নুরোগা চপ মাগ্নে"।

"স্নুরজীৎতি হুংঙায়রি হায়ব্রা" ?

"হুংঙায়মন্দুনা মহাক ঙাওরবনি"।

"ইনাক কৈরাক থুনবা মচা মশুস্নু ঙাওবা মশক খঙ্ব্রনে" ?

"ফিভমনা মাবু ঙাওহনখিবনি। মশিগী মরমদা মখা তানা ঐঙোম্দা হংবিরক্লগনু"।

"অসি হায়রগা চে মচেৎ অমদা স্নুরজীৎকী ঠিকানা ইহূনা পীরে। অহূগা হায়রকই, "চৎচখিবা য়ারগদ্রা"। রাধেনা খুমই, "লেংবিরে"।

প্রেমচাঁন্দনা সাইকল তোংখৎলগে হায়হূনা হেক তৌরকপদা রাধেনা, "অমুক্তা ঙায়বিখোবা" হায়রকই। প্রেমচাঁন্দন। "পাবা থোক্তবা য়াওরব্রনে" হংলকই। "মহূগী নৎচদে করিগুম্বা অমতং খঙ্হৌনিংহূনা তৌবনি," রাধেনা খুমই। প্রেমচাঁন্দনা অমুক হংলকই ;

"মখা করি খঙ্বীনিংবা লৈরিবগে"।

"অদোমগী মিং অমুক্তং খঙ্জনিংই"।

"ঐগী মিংগা অদোমগা করি মরী লৈনবগে"।

পাউথুম অসিমক মতম খরগী মমাংদা রাধেনা প্রেমচাঁন্দা খুমখি। মখোয় অনিমক অহূ নিংশিংনরকপা নোক্লিংবা পোক্লে।

প্রেমচাঁন্দনা নোঙ্গিংবা অহু কাজিল্লহুনা "প্রেমচাঁন্দ কৌই" হায়রম্লগা সাইকল থৌদ্রে।

রাধেনা প্রেমচাঁন্দনা চংখিবহু মাগী মিংলমদগী হেক মাঙ্-খিদ্রিবা কাওবা য়েংহুনা লৈহৌই।

---

# ১৩শুবা শরুক

সুরজীৎকী লৈকম খঙ্লবা মতুংদা, কমলানা মাগীদমক রাখিবা ময়াম অহু খঙ্হল্লগা "সুংশিবা হায়বসি মসি ওইরেকো" হায়বহু মশক তাল্লগে খল্লহুনা সুমিৎ মরি মঙানিরোম চঙ্না চিঠি অমা ইরে। চেনা মশিং রাম্মনখিবনা রারীহুম ওহোকখ্রে। অশেংবসু রারী ওইনা হেক্তা ইরবনি। কমলাদদি রাকম অহু ওকহৌ হৌদোক্তে। হৌদোকল্লরবদি চিঠি অহু থাগে হায়বা মানা রারোইদোম্বি। নোংমা কোলেজ কাবা চৎপদ ডাকঘরদা হাইজিল্লুনা চিঠি অহু রেজিষ্টার তৌহুনা থাদ্রে।

কমলা নারুবদগী হৌগৎলকপা কনা কুইরে। মমাম্বী কয়া কয়ানা কাংবু কাংবু হৌনহুনা কোলেজ কাবহু উরুরগা মহৌশাগীহু নিংশিংলকতুনা মপুক্কিংহু ওহোক্তা থোয়রাংই, অহুবু মাদি পুন্সি অসিমগী লাইরিক তম্রোই হায়হুনা রাশকখ্রে। রাধেনা কনা সেমহুনা য়েংই। অহুবু কাম্নখিদ্রে। মাগী মখৌ হায়বকু মচি

মম্না খুদিংদা অঙাওবীগুম লেপচবা অহুত্তনি। পুন্সি মপান্দা অমুক থোকই, থেংন-থেংনরুবা নৈ পাম্বী মথৈ নৈনাশিং অহু শেগায় শেগায়রুনা মাঙহনবতদা অমত্তসু নিংথি হুংঙায়না শাংপা ভমথিন্দ্রে। খোইমু অমত্তসু পাহরক্তুনা ঙংথিদ্রে। ইমুংদা অমুক চঙই; উপু অশংপী মচা মহুংদগী খুদোপ অহু লোথোক্তুনা অমুক য়েংই। মমিং অহু পিরাংনা হম্না হম্না চামথোকই অহুবু মুংথিবা, মাঙ্থিবা নৈতে। যেংলরোই হায়নসু মথল্লি, য়েংলুরগসু" থোয়না হেম্না মচাকই .য়'হৈদ্রে মাগী পুন্সি'গু। থাজগুম নিংথীজরম্বী মাগী মায়থোং অহু অরাবগী মায়থং কাপ্পে।

হুমিদাং ওইরক্লে। মমানা চাকথুম চঙ্লগে হায়রুন থৌম্নাং-লিঙৈদা "ঐ থোংলুগে ইমা" হায়রুনা য়াম্না হৈনিংবা মতৌ মাম্না হেক মহায়। মমানা "নশা অহু মপুং ফানা কনশ্রিবা মথৈদি নৈশ' লাংহনগনুদা।" হায়রনা খামই। কমলানা ওমরুনা অহুম মথোংই।

মাংলমচংকী পুন্সিদদি চাক থোংলিঙৈ মহুংদা ফাওবা মাবু হুংশিবগী চাংনা হেনমনথিবনা থঙহৌদনা থিক থিক নোকথোকথি। তায়োম্নরবা পুন্সিগী রারবা মিকুপ অহুদদি কপচব নওনা করিসু উপায় নৈথিদে।

নৈমন চম্লবী শিঙেলগী তেংথা-নাওই মীকপপুঁ তাবীগদবা কনা নৈরম্বীবগে মনা পঙ্লবা তাইবংপান অসিদা? মপাং শেংন-কায়নহৌরবী হুজানা হুংশি মৈচাক থাঙ্বদা মপুম থিংনা রাজবনু য়েংবীনিঙ্গাই কনা নৌরিবগে মমিং তাঙ্লবা সংসার অসিদা?

উৰীনবা লৈতবনা খঙ্‌ গৈত্রবা থম্মোয়গী মৈচাক্তি, মঙুংলাংগী-দমক্তা শিন্থখিবা মিৎকী পিদি, চম্নকম লৈত্রব্রা ? মমল য়াওদ্রব্রা ?

"হে হুংশিবা !! কায়ননবা হুংশিবা !! মিকুপকী হুংশিবা !! চৎথো নংদি নিংঙায়দনা ঐবু ঙাইহাক শুঙ্কংলমলগা। নহাক য়াওত্রবদি তাইবংপান অসিদা হিংহুনা লৈবা ঙমদে হায়নবদাই। তাকুবা ঐনা অয়ানবা ওইহোরে। ঐগী হুংশিবদি নংনা লোম্না হুহুনা পুবীগ্রে।"

লোইরোই হুম্বা মালংবনা হুরাগী শাইনোল তম্না হমলক-তুনা ইপোম হোৎবা থাবল'লক্তা চোয়জায়নরবা শমলাং থোমথৎ-পীহুনা নিঙোলবু মোগী শিংদা চলহনখি। হারোনা তাম্বা পুবা লৈকোম্দা থাসি থানিল কয়াগী চিক্রবা ঙাংলোদা, পুম্নিগী নিংশিং লমায়দা য়েকথিবদাই কাউঙমত্রবা হুংশি ইতিহাস, ইথি-বদাই শিঙেল লৈনা লৈকা থুদিংদা হুংশি হুংওনগী কবিতা; শেমথিবদাই চাম্ন চিক্রনা অপাম হুংশি লৈকোম্দা পুম্নিগী হুংশি লৈপুল। ঙম্নমক লোনম্বা ওইরম্রে। কদায়দা চিকমাঙ্‌নগ্রবা থাবল করবা অহিং কয়াগী থম্মোয় কায়রবা হুংশি য়ারী। পুম্নিগী ইতিহাসনা মল্লবদা, কবিতানা লৈমন চল্লবদা, কদায়দনো মীওই মপোক্কী ঙাংজকন। পুম্নমক অরেম্বনি। "ঙসিগী থাবল, মহাও য়াওদ্রে নংগী হুংঙাম্লবা, থোক্রুগনু থাজ, নিংশিংহল্লগনু অমুক হোৎগ্রবশিংদে, থম্মোয়দা তাশোল ওইরনু। চৎথো, লৈচিন নোংকাই হাইদোক হাইদোক্লা, য়েংলমলগা নিল্লবা হোজংদা ঙাপু খোংথুহুনা চিগোংলৈ লৈয়াংনা লৈহাও মরুমদা কপ্তুনা লৈরিবদো।

মাহুথো, নিংথৌ তুরেল লাম্বোক লাম্বোক্তা মিংয়েংগী পোইরৈদগী চিংনা অমুক্তং য়েংলমমলগা পম্বৌ শুমাংদা মালিকা কৈরাংনা মেরাগী থাবল নিংশিং নিংশিং মিংলুদা পিরাংগী ইথক হৌরিবদো। কৈথোক্তা শিঙেলনা থুইরুম চলহৌদত্নু য়েংলমমলগা নোংচুপ চীংয়া থাংথো। লেপহৌখিগনি ঐদি, য়েংহৌখিগনি, মাবু শুহৌখিগনি।

# ১৪শুবা শরুক

নিঙোল ওইবীশিংনা কুইনা কৈশাহনা মমুমদা কৈবা হায়রবশি মমা মপাগী লেমজনকম ওইদবনিনা কমলানা কৈশাবী মপুং ফারক্রবা অত্নদদি থাজ য়োনজবগী রাকম থম্ববা হৌরক্রে।

তুমলমদাই ওইরক্রবদা মপাবুং অমম্ভ মমানা ফুজা রাংম-রাংমদা হিদাক থক্র-থক্রহনা কমলগা রা তানরি। মমানা হৌদোরকই,

"শুসি সুংখিলত্নু সুমতিনা রাকম অমা হৌদোকলমই। ঐনম্ভ অকবা মচিন্নাক চাবা নিপাবু ওইরবদি কৈ কৈদোবগে হায়খিবনি। হয়েং অয়ুক্ত কমলাবু য়েংবা লাকনি হায়হনা খঙহল্লমই। মপাবুংগী মতনা করিনো?"

"রাকম অত্নবু চনৈনরিনে। সুমতীম্ভ মচাম্নুপী থাজ-য়োজ য়ারবা কৈরবনি, রাধেগী রাকমদি কৈদোরদনা মানা কমলাগী রাপু ওইহনা লাক্লমলিবনে?"

“মতু হেক হায়বা য়াবা নত্তেদা। মীনা তারগা হুৎত্তোয়গদবা য়াকম নত্তে মতুদি, নিঙোল হায়বসিদি লৈকায় অত্তদা ইমুং অতুগী য়ুম্বান-কৈবান, লমচং-শাজং হায়া চংদোকনৈদনা। মতুননি। মখোয়গী মরী মতাগী ওইরম্বসু য়াই, অসি ঙাক্তনি। ঐখোয়গী-দমক্তা মানা কত্তনবা শিল্লমগত্রনে।”

“ইনাক কৈরাক থুল্লি হায়ব্রা? মহৈ মশিংনা কদায় ফাওবা তশহৌরে হায়বগে? মীনা শকথঙ্‌ মায়থঙ্‌বা ঙাইশেল ওইবদা মতিক চাগদৌবা জাংলা?”

“নিঙোল হায়বা লাকপদবু লুকমাইদা হাপ্তুনা য়ৌনবদৌনা করম্না মনখিনরুগদগে। লাইরক্তসু, লন হায়ববু মশাগী মহৈ অতুনি। হন্দক এম, এ লোইগদবনি। ঐখোয়গীদমক্তদি মতিক চামল্লবনি। লৈকায় অত্তদা মরম ওকপদা, লাইরিক ফবদা মাবুতবু ঙাংনৈ হায়নম্লিবনি।”

“নিংখিনা খীজিন হুমজিন্থুন চপচাবা অমা থঙ্‌দোকখো। লুপী হায়বসিদি ইজঙ্গংনা সনা-লুপা মনি মুক্তাদগী হেন্না মমল য়াম্বনি। অনিরক শুনা লুহোং খোঙ্‌দোংবা হায়বসি চংনবী য়াংম-লানবগী থবকনি। হৌজিক মতমসিদি ঐখোয়না মপান তোয়না খোকত্রহুনা ভাত্রবনি, নিঙোল থাজবা য়াম্না লূরবনি। হয়েং চিন্না পুথরুরগা মীয়াম মাংদা চাং তারবদি ইচাদি মতোমত্তগা পোকচবনিনা মপা মমা ওইবা ঐখোয়না মচাগী লমন তোল্লিবা অসি মানা মথল্লায় হরাওনা, থুয়া তুশিংনা লৈজখিবা অতু

উরবতা কৈন্থা দানগী মহৈ কংগদৌরিবনি। অকববু ওইরবদি ইচাগী করি রাংকদগে। লৈজবা অওং অউন তমগদবনি।

"অহুবুদি হায়েন শিংনহুনা লোইনবমক নাত্রদনা। মওং চারোইদবা ওইরগা হেক তোকথেকপস্থ মঙাই, ইচাবু মশক থীবস্থ নত্তা, কনা লৈজদবদৌনা ইচাবু মতিক চাদবা নিপাদা থাজরুগদগে।"

অস্তুম্না ঙাইহাক রাতাম্নরমলগা মহৈ মহৈ কমুং চঙ্নখ্রে। কমলাদি মথম্বায় পাত্ত্রবা লাউকদিবীগা পাংথকনি। মাদি য়েংনয়েংন, তান তানা মশক লাকশনবা ঙমখ্রে, তাবগী পাঙ্গল্‌মু রাওখ্রে। হাম্নস্ত তুমথিরমলে।

সুমিৎ অহুগী অয়ুক্তা শগোলবন্দলোমদগী মীয়ায় চল্লবা মৌ অনিথক সুমতীথোয়দা লাক্লমই। সুমতী রাধেগী মমানি। মীতেক মীরৌ থঙ্বী সুপীনি। মথোয় অতে অমগী লাক্লম্না নখ্রে। রাধেবু হারবা লাক্লম্বনি। মথোয়না হনগ্রবা মতুংদা রাধেনা মাগী লাইরিক ঔরাইকম কাদগী থোরক্লগা মমাদা হংই;

"সুপী অনিহু করি মরমগী লাক্লম্লিবনো, ইমা।"

"ইচাম্নপী অচোবকা লৈরক্লবা হায়বসিদি য়েংবা লাকলম্লিবনিদনা।"

"ঐগী ইশক উগ্রব্রা?"

"উথিদ্রে, নং লৈতবোই নিংহুনা য়েংহনখিব্রেদনা।"

"মহুনা রাম্না করে, ইমানা করি হায়গ্রবগে?"

"করিস্ত হায়খিদে, নংগী নরা অমতং তাখিগেদমক হায়খি। হয়েংস্থ লাকখিগনি হায়রমলিয়ে।"

"ঐগী ইশক ইতৌগী মরমদা হংলম লাক্লমব্রা ?"

"পামলহুনা হায়বা লাক্লবনিদনা, অমুক্তদি য়েংনিংঙিদা হায়-হুনা শোন্দুনত চংশ্রবনি ."

"মতম অহুদা, ঐগী ইচানুপীদি কালিমুক মুই কয়া পাম-কাংলোই হায়খিবা য়াব্রা ইমা, ঐদি মহুগী রাখল পোকত্রি। ঐবু যুম শুকপান পান্দবা য়ারোইব্রা ?"

"মহুদি হৌনদে ইবেম্মা।"

"তঙায় কদবা ওইরবদি মতম চারবা কান্দা ঐঙোন্দা রাকম অহু কাংথোকপীয়ু। ঐদি লাইয়িক তমখিগনি, বাবাগা ইমাগগী সেবা তৌখিগনি। ঐনা নচা অহল নব্রা ? ইপু াশিং অসি নখোয়না শেম্বা ঙমলগব্রা ? বাবাগী তলব মতাসিনা করম্বা মখোয়বু শেমগনি"

"ইচানা য়ানিংব্রগা তোকথোকপস্থ মঙাইদনা।"

"তথি তথি হায়হুনা মখোয়বু লুংঙায়তবদি পোকহনখিগস্থ।"

"ইবেম্মা, ইমা কনেক খুদাংদা য়ান্দুনা চস্তে।"

"হোই চুম্মি, ইমাবু ওাওই হায়বা নস্তে। লুপী হায়বা চং-লুবদা নিপা অহুনা পামদে হায়বা নত্তনা লুপী ময়ুমনা য়ারক্তে হায়রবদি মচানিপা অহুগী ইজ্জৎ মাঙ্‌বনি। ঐগী ইহুত্তা কমলাহুম হায়রুননবা তাকপীখো। মাদি মশক মতৌ ফজবীনি, মাবু হেক উরুবদা পামদবা কনাস্থ য়াওরোই। মহুদা ঐনস্থ ওম্মথৈ মতেং পাংগনি।"

"হয়েং লাকপদা কমলাথোয়রোমদা পুশিন্দুনা চঙ্‌মিমরুবা হায়বহুনি, হোরেন লুংখিল রামাং হায়া যাম্বুবা তারিদনা।"

"অহুগা ইমা, ইমুং মন্নুংগী ইজ্জংকোদমক্তা ইরানা কমলাবু মশক তাকপদগী হেনবীগন্নু।"

"মহুদি ইমাস্ত্র খঙ্ই।"

মমা মচা অনিমক পুকচেল হোদোকনগ্রে।

শক ফজবদা কমলানা থরা হেনগ্রবস্থ রাশি লৈবদদি রাধেদগী মানা হেন্দে। শকতি য়েংননবগীদমক্লি; রাশিদি গুণনি, গুণ হায়বসিদি লেমজনঙাই মশক্লি। শাওং শাদা রাং-চাওনা নিংথিজে। পুলৈ কুচুনি, বুদ্ধি লৌশিং ফুঙ্গাইরক্তা চেনবা ঈশিংগুম্বনি, লুনা চংথোল্লি। অরা-অনা মশক মুম্না খঙবীনি। মীপুম খুদিংনা মাবু হেক য়েংলুবদা হুংশিবা পোক্তুনিঙাই লৈতে। অহুবু মাদি হুংশিবা হায়বসি ওস্থোক্লা কিজ্জে, মাগী মফমদদি ওস্থোক্লা মমল য়ামই। অসি হায় হায়ত্নুনা হুংশিববুদি কৈদৌহুংদস্ত্র মীরায়দে। মহাক মশাগীদি থৌশাত্রেবস্ত্র মীগী মতেং পাংবদদি চোকথবা লৈজে। মাদি ঙাংলবা থৌজালগী অতোপ্পা শক্লোন অমনি। কমলানা মঙোম্দগী থজিক্তং হেনখিবা অমা লৈ। মহুদি শকনি। অতৈদি মানা পুমহেন হেল্লি।

---

## ১৫শুবা শক্লক

মথং অয়ুক্কী হুমিং মাঙ্গোল ময়ায় য়ৌনিং য়োমাং তৌ[illegible]পা মঙমদা রাধেবু য়েংবা লাক্লে। মথোয়ত্তদি উহনগ্ররোই [illegible]ত্নুনা রাধেহ্নু লোৎলগে হায়রবা অমা য়াওনা লোৎগ্রে। ঙায়হাক পুজোই

মমাগা রা চীকথনরমলগা কোম্থোংলোমদা থোকখ্রে। মতু উবদ রাধেহ্ "মচাগী পুকচেল খঙ্বী ইমা" হায়ত্না মমাবু লোম্না খাগৎলগা কাচিন অমদা চঙ্ত্না মতোমত নোকচহৌই।

মসি পুম্নমক অসি রাধেবু পোকপা মপা ইবুংঙোদি শুকয়াও রাওদে। ইথোল শম্বল কোইত্না শেমজিন শাজিন্দুনা অহিস কাবা মতম য়োৎখ্রিবা কাওবা শু-নোমই। মিকুপ অমত্তু চবেপ পোৎ-খাজদে। অকিসকী চপ্রাসি মচা অমত্তু ওইজবনি। নোংম-নোংমগী হাত্তে-হাত্তে তান্দূনা চাজবা ইমুং মনুংনি হাযবা য়াই। মচাম্নুপী অহুদংদি মতিক চানা অঙং-অউন তম্বা ওমজপ্রস্নু মহৈ অহুদং হৈজপ্রবদি হয়েং মচা-মচু থাকপদা রাররোই থন্দুনা ওম্থোক্লা রানা লাইরিক তমহল্লি। রাধেস্নু মথং মথং অম্নুম তমথৎলকপনা বি, এ লোইগদৌরে।

সুমত্তাগা লোয়ননা মুপী হায়বা চৎমিম্নখিবশিং অহুদি কমলাগী মশক উক্লবদা পক্লপ্রবস্নু পাঞ্জিদা পৈশা পীজরগা নমহ্নুনা মমৌ ওইরগে হায়বত্নমক য়োনা লৈখ্রে। "ঐথোয়দি হনবু হনৈ-নিংঙ্ক্রেনে, ইমৌ ওইয়ু তমগ্রমাল্লে, ওম্থোক্লা খোয়দাজবা হায়বহ্ থোক্লে" হায়ত্না রা-রা, য়া-য়া নোক্লহ্না কমলাবু তাম্ন তাম্নহ্না য়েংলি।

কুঠি য়েংথোক্লরগা রারোইপোৎ পুবগী মতাং কাওবা য়োনা থম্নখ্রে। কমলাগী মশক অহুদা পেল্লহ্না মতিক চাবা মমৌ কংজগদৌরে হায়রহ্না মপুক্লিং হরাওনা মৌ অনিহ্ হনখ্রে। রাধেগী রাকাদি হোবু হৌদোকললমখ্রে, মহুগী মহক্তা কমলাবু য়েংনবা

শিনবীরকলীবা স্নমতীবু হন্না হন্না থাগৎলমই। কমলাগী মমানা কুঠিগা লোয়ননা কোটোস্নু পীথ্রে। শক্না কাম্নরকপসি মতাং অসিদনি।

হঙ্না শাবা শাম্নপোংকুমলবা কমলাদি তুম্নিন্না অহুম মরেল্লোই। মাগী মপুক্লিংবু থঙ্বা ঙমবা সংসার অ'মদা রাধে নঙনা কনাস্নু লৈত্রে।

তুমিৎ অহুগী তুংথিল পোবোঙ্গা রাধেন্থু ফুং হেক কাও-রকলে। মাবু হেক লাক্লবদি কমলাহু নিংঙাইদনা লৈথোকপা শুকঙম ঙমদে। তুমিৎ অহুদস্নু কমলানা মাবু তরাম তরাম অহুম মতৌই। মপুক্লিংদদি পাউগা অকিবা থর থরস্নু কাও-দবা নত্তে। কমলানা হংই,

"কোলেজ কাত্রা রাধে" ?

"ঙরাংদগী কালেন ছুটি থারে"।

রাধেন্থু রাকম অতোপ্পা অমা হংগদৌবগী লেম শারে। মানা হংলকই,

"ঙসায় অয়ুক নথোয়দা কনা কনা লাকলমবগে"।

"তুপী অনিথক লাকলমই"।

"মতুগী মরমদি থঙ্লত্র"।

"থঙ্দে, মথোয়না ঐবু য়েংলগা পংনোক্লা নোক্লমই"।

"মথোয় অহু মশক্কী থঙ্ব্রা" ?

"ইমানা পোকলৈদগী উথিত্রি"।

"রাকম অত্ত ঐবু হায়য়ু হায়ব্রা"।

"নংদি করম্না খঙ্‌লিবা"।

"ঐখোয় ইমানা তমই"।

"উম, নখোয় ইমাস্থ মতম অহুদা লাক্লমই"।

"হায়রোরা"।

"ঐবু রাহনগদবা ওইরবদি মহু তাবা পামদে"।

"অরাবগী পাউ নস্তে"।

"অহুদি হায়স্থ তাসিদনা"।

"নংদি নরাইবক য়াম্না করে, কমলা"।

"ঐবু করম্না লাইবক কগদৌরিবা?"

"অমম্ব য়ামলবা নিপা অমা কংগদৌরে নংদি।"

"নিপা—।"

"উম।"

"নিপাগী রাদি ঐঙোন্দা পনবীরক্লগস্থ।"

"মতিক চারবা নিপা অমগী রাকম হৌদোকপদা করি অকায়বা লৈবগে?"

"পনবদি পল্লু, ঐগী ওইনদি হায়গস্থ।"

"নংগী ওইনা হায়গদৌরিবনি।"

"নিপা অমগীদমক্তা নংনা রাবীরিবহুবু নং মহাক্কী কনানো?"

"নিপা অহু লমলাম্বনি।"

"লমলাম্বা অমগীদমক্তা নংনা নথল্লাই অহুক য়াওরিবনা করিগী?"

"মাগী য়াওবা নস্তে, নংগীদমক্কি।"

"অহুবু ঐদি কনাগুম্বগী সুম্বী ওইবদা মতিক চাত্রবীনি।"

"মতু হায়গনু কমলা।"

"কম্বিনো লাল্লি হায়রিব্রনে?"

"ঐনদি লাল্লি হায়ত্রবনু, সমাজনদি শোয়দনা হায়গনি"।

"মরমদি—"।

"নংনা লাল্লি হায়বা খঙরিবহুগী অচুম্বদি সমাজনা খঙ্‌দে, অহুনা হায়বনি।"

"অহু ওইরবসু রাকম অহু ঐদি য়াবা ঙমলোই।"

"অহুদি নং মীহাৎপী ওল্লগেরা?"

"ঐবু মীনা হাৎলমলগা, মীহাৎপগী মরান ঐঙোম্পা খঙ্-ঙিনবদ নংসু য়াওরগে হায়রিব্রনে?"

"অহুবু, অশিবা মীনা ঙসি কাওবা হিংহুনা লৈরমলিবা করিগীনো।"

"ঐনা শিজগে খনখিবদা নংনা অপনবা পীখিবহুননি।"

"আত্মাঘাত তৌগে খনবা মীবু ঐনা শিম্বগী হুকুম পীদহুনা লৈরম্বগীদমক নংনা ঐবু য়ারোরমলিব্রা? অশিবগী খায়াত্তগী নংবু ঐনা কনবিরম্বগীদমক ঐবু শাওরে। অকবা, অশেংবমু ইকায় খুম্নবা উত্তবা নহাক অসে মীহাৎপগী পুকচেল চেনবীনি, মীহাৎপীনি।"

"ঐনা কনা হাৎলহুনা —?"

"ঐবুসু হাৎলেদনা।"

"মতোম্ন করি হায়খিছনা অহুক লুবা রাকম অহু ঐহোম্দা তাহল্লিবনো ?"

"নংগী অরৈ অরা চাক্কহ্ তৌগহ্ কমলা, নংনা শিংগে হোৎনরদা ঐনা শিংই হায়বগীদমক ঐবু ফাওবা হারৌখি। অদুবু, ঐনা থিংলমজ্রবদি ভসি নং ঐ রারী শারিবসি শাক্কমলরোইদবনি, করিগুম্বা শিখিবা থোক্রমলবদি ঐবু ফাওবা চেম্বরমলোইদ্রা ? মহ ওইরবদি নং ঐবু হাৎত্রিব্রা ? অদুগ ভসিনা অমুক নংবু পোকপা পকেম পহৌরু হাৎকে হায়দুনা থৌরাংলি। মরে, চাম্ববী মরুপ অমগী মকমদা রা ভাংনবগী অধিকার ঐহোম্দা পীবিদ্রে, ঐ চৎলে —।"

রাধেনা চৎলগে হায়দুনা শাওরংননা হৌগৎলকপদা কমলানা মমিত্তা মপি শিম্বরদুনা মথুৎ পায়দুনা থামই।

"ভায়খো রাধে, নংবু ঐগী পুকচেল মুম্না থওজবা নত্রা ? করিগী ঐবু অহুক রাম্না রারোরিবনো ?"

"ঐদি নংবু রারোদেনা, নংবু কনানি হায়দুনা ঐনা রারোজবা ভমগদোরিবনো !"

"মহু হায়গহ্ রাধে, নং ঐগী থয়ায়দগী হেন্না তুংশিজরবী মরুপনি।"

"থয়ায়দগী হেন্না তুংশিজরবী মরুপ অমনা ঐবু ফাওবা মরান শিরকপসি থল্লুবদা ঐদি অকিবা পোকই।"

"মহুগীদমক্তদি ঐবু ভাকপিয়ু রাধে।"

"ভাকপীগদবদি ঐ নত্তে, নংগীদমক্তা থনবদা রাজরবা পাবুং

অমসুং মপুম খিংলবী ইমানি। মখোয়গী জুংগায়হনবনা মচা গুইরীবী নংগী নখোনি '

"করম্না জুংগায়হনগদৌবিবনো।"

"হন্দক্কী রাকম অসি নংনা য়ারবদি, মতুংদগী হেন্না জুংগায়বা মখোয়গী লৈররোই।"

কমলাম্ব রাধেনা শাওখিগনি খনবদা মরু লুকখত্না খঞ্জানত্না লৈরে। য়ানিংই, য়ানিংদেনচিংবা অমত্তা কোংদোকখিদ্রে। মরক অতুদা রাধেনা হায়রকই, "নহাক য়ানিংলেদনা।" কমলাম্ব পাউখুম পীখিদ্রে। "করে, য়ারে হায়না লৌবেকে! ঐদি, পাউ অসি নখোয় ইমাদা খওহল্লমলগনি," রাধেনা ইশুপ শুপা না লোইশিনখ্রে।

রাকম অতু মমাদা কোংদোক্লমলগা রাধে ময়ুমদা হল্লকলে। মান থল্লি, "ঐনা নিংবা থুংলে।"

# ১৬শুবা শরুক

জুমিং থরগী মতুংদা লুহোংবগী র লোইনখ্রে। রথযাত্রা য়োত্রিকৈগে মমাংদা লুহোংবা লেপপ্রে। রাধেগী রাওাং শাত্তাং ময়াম অতুবু ত্তোয়না হেক' থজিল্লুবদা কমলাম্ব য়ানিং য়ানিংদনা অতুম য়াখ্রে।

অলোমদা শুরজীৎসু চহিগী পরিক্ষা লোইরত্না মণিপুর

খোকপগী থৌয়াং তৌরে। মানা লৈরিবা হোষ্টেলগী কা অদুগা হেক লোয়বদা মাগী মরুপ অমত্তু লৈ। মমিং বসন্ত কৌই। মখোয় অনি অতানবদগি খোঙনা কোন ঙাংনবা তৌ-রমদে অদুবু কুইনা লৈমিন্নবকুবনিনা য়াম্না মুনা চাননা ভিন্নরে। বসন্তসু এম, এ, অরোইবগী পরিক্ষা পীরে। সুরজীৎতগী মানা চহি অমা কাম্লি।

মরুপ অনিমক মরৈপাক লমদম উমিংবগী ইথৌ লাংলে। সুংঙায়বগী চাংদি বসন্তদনা থম্না হম্না লৈবা মতৌ মাম্লি।

মথংগী ওন্নবা অয়ুক্কী পুংজাদা মখোয অনিমক গৌহাটী ষ্টেশন তাম্না লাকলে। সুরজীৎনা "ঐ টিকেট কক্লুখিগে, চা ফানবীরমও, হায়রকই। বসন্তনা "ফনি মরুপ" হায়রদুনা ফুরিংখাওদগী পৈশা লৌথোক্লে ভৌই অদুবু সুরজীৎনা "ঐনা তৌগনি" হায়রদুনা অদুম চংখ্রে।

সুরজীৎ হল্লক্রে। মণিপুর রোড তাম্না চংকদবা ট্রেন থুংলরে। বসন্তনা সুটকেশ, বেদিং অদু মথুৎ নাম-নামনা পায়খত্তুনা পুগে তৌবদা সুরজীৎনা "কুলি পুহনশি" হায়রদুনা থামই। কুলি কৌরে। কিন্নু লেংপা কুলি অনিথক্কা মপোৎ মচৈ ময়ামদু কোকথোং নাত্তনা পুরে। মখোয় অনিনা মতুং ইন্দুনা চংলে। ফার্ষ্ট ক্লাস কম্পার্ট-মেন্ট অমদা পোৎ-চৈ ময়ামদু পুশিল্লু হায়না থৌদারে। বসন্তদু থর ওকচারে। ট্রেনগী থোঙচত্তা 'ফার্ষ্ট'তকা চংপা হায়বদু মাদি অয়ুক্কা তৌরকত্রি।

চংলমদাইগী হুইশল পীরে। মখোয় অনিমক মিংয়েং

তোঙান তোঙাম্না লমদম অহু চিংন-তাম্না য়েংলমই। বসন্তনা অমুক লাকে ওমলরোইদে৷ হায়দুনা য়েংই। সুরজীৎনা ঐবু অমুক লাক-খিগদ্রা খঙ্গুনা য়েংলমই। অমুক অতনবগী ট্রেন্দা মরুপ অনিমক মণিপুর যাত্রা তৌখ্রে।

তোংকম সুংঙায়রবনিনা লংবৈক চৎপগী অরা-অনাদি নংজ্রে। মখোয় অনিমু সুংঙায়না রারী শারদুনা লেম্লি। মথল মথা অয়াম্বা রারী লোইশিল্লক্রে। মমৈথংদা যৌবনগী ইমক হৌরবা ইপাক ময়ায়দা তাওনা তাওনা অমুক চৎলক্রে। বসন্তনা হংলকই,

"মরুপকী হায়রম্লিংনবা কনাগুম্বী—?"

রাহং অসি তাবদা মচিনবান্দা নোক্লিংদনা নোক্লদুনা সুরজীৎনা পুমই,

"ঐগীদি মচুগী মতম হৌখ্রে."

"মুম-কৈ পাল্লরে।"

"পাল্রি, পানগে হায়বগী আশাসু লৈজ্রে।"

"করি নিংবা থুংদবা লৈবদগীনো?"

"ঈশ্বরনা ঐগীদমক্তদি মচুগী মতম পীবিখিদে।"

"নিংবদি নিংলমলেদনা, থুংখিদবগী রানি।"

"মরম অতুনবু যুম পাল্লরোই হায়রিবসিনি।"

"অতুদি করম্না পুম্জি লেনগদৌরিবা?"

"ঐগীদমক্তদি মচুগীদমক রাকম লৈতে।"

"নংগীদমক্তা রাবীনঙাইদি লৈহৌরা।"

"মতম অমদা লৈহৌই, মাগীদমক্তদি রাদ্রো ওমদে।"

"মাগী অরাবা কোকহনবদি ওমলরোইত্রা ?"

"ঐনা কোকহনগে নিংলবস্থ মানা য়াগদোবা লৈত্রে।"

"মরমদি— ?"

"মরমদি—, মাগী মকমদদি ঐসে শাহিং চাবা শাগা অঙ্মা ওইহোরে, ঐগী খঙ্মোয়দা স্থংশি ইরিক পকলমখিগনি হায়বাস মানা থাজররোই। ঐবু উবদা কিহুনা চেনথ্রগনি।

"মাগী মকমদা করম্বা মরান লঙ্জখিহুনা অহুক য়াম্না খঙ্মোয় শোল্লিবনো ?"

"মী অমা ওইনা ঐনা খঙ্জবা স্থংশিবগী শক্লোন কয়াহু পুখোক্তুনা মাবু স্থংশি হায়বা কোংদোক্লম্বা নত্তনা অরানবা করিস্থ চৎখিদে।"

"অহু ওইরবদি মত্তম কুইনা উম্নক্লদদগী অহুক ওইনজ-রমগদবা মঙায়, অহু নত্তনা মানা নংবু থাজরোইদবগী মরম অতৈ করি লৈরিবগে।"

"মরম অতৈ হায়ববু মানা ঐগী ইশক উবদা তুকৎচবা পোক্কনি, হোৎবা পুন্সিগী রারী কয়াহুবু নিংশিংলুরগা ঐবু য়ারোগনি।"

"করিগী তুকৎচবা পোক্কদোরিবনো ?"

"ঐদি মীহাৎপনি— ।"

"মীহাৎপা !!"

"উম, মীহাৎপা।"

"অহুদি নহাক চেন্নকপা কাদোক্লা ?"

"লোয়ম্না থাদোরকপা মুংশি বন্দিশংগী কাদোকনি, চেঙ্কপা নত্তে।"

"কনানা লৌতুনহনা নংবু থাদোরক্লিবনো ?"

"থাদোরকপদি ইমুং মনুংননি, ঐবু মীচেন ওইহনখিবনা তমথিরবা ঐগী লাইবক্নি।"

"হাৎলমলিবনা কনানো।"

"মাগী মুংশি লৌবুক্তা ঐনা হন্নহা ময়োল চোংহৌরবা পুন্সিগী মরু, মাগী থুপ্রবা থম্মোয় থাংপোকশং মনুংদা লোন্দুনা থমলম্বা মাগী ঐগী মুংশি খুদোল।"

"হাৎকে হায়রা অমা য়াওনা হাৎলমজত্রা ?"

"মচা হাৎপা ওম্বা মপা কদায়দা থেংনপ্রবগে ?

"অদুদি কনানা— ।"

"লৈশাবীবু মৌনি হায়খিগনি হায়বগী অকিবা অদুনা—"

সুরজীৎকী নিংঙমদবা মতৌ অদু উবদা বসন্তসু রা মথা তানা হংগদৌবা হঙ্গোইরে। মরান লৈরবা মীওম তুমিন অমুক লৈপ্রে। শাংলবা রারী রাতাইগী পরেংনি। রারী শানা শানা তোং-লকপনা থঙহৌদনা লমডিং ষ্টেসন্দা ট্রেন অদু লেপ্লে। মহৌশানা মফম অদুদদি থরা থরা কুইনা পন্দুনা লৈ। বসন্তনা হোটেলদা চাক চারুসি হায়রুনা হোই। সুরজীৎতি অদুসু য়াজ্রে। বসন্তসু ইকায়হনা অদুম চাত্রে। চা-সুং থক্নুনা অদুম লেপ্লে।

পুথায়মুক কানিংচিং অসুম্না পল্লমলগা ট্রেন অদু অমুক চেনবা হৌরক্লে। বসন্তসু মাগী ওইবা রাকশ অমা হৌদোকনিং

হৌদোক্লিং ভোই, অদুবু থজানহনা অদুম লৈরে। সুরজীৎতি থোঙ্-নাওরোমদা মমায় ওহোক্লগা মিংযেং অদুনা উনা উনা তাম-হোরিবা মহৌশাগী ফজরবা দৃশ্য কয়া অদুদা থমলগা, মমিৎ পেম্মা য়েংলগা অৱা পোথানবগুম তোরি। য়েংমপ্রদুনা মকোক হেক ভাওরবা মতমদা অমুক ওনশিন্লক্নুনা বসন্তদা হংলকই,

"অদোমগীস্ত্র কনাগুম্বী— ।"

"ঐগী ওইনদি লৈজহৌদে, অদুবু ইমুং মচুংনা হায়ন-শিংনবা অমথক্তি লৈরে।"

"মহুনা য়ায়া হেন্না কৈ। থাঙ্গৈশেংনা হায়রবদা অহল লমনগী মথা পোন্দুনা লৈবা ঐথোয়দি, মথোয়গী রাখলগী পোইরৈ য়েংহুনা চক্রবদি ওহোক্লা য়ানভাইগী মশক্লি, ভসি ঐনা থাঙ্লিবা অরাবা কয়ামুকসিস্তু— মহু থঙ্হৌদবদগীনি।"

"থঙ্দেদা মরূপ, লাইরবা মচাগা ওইবনিনা ঐগী লাইরিক লাইও তমহন্নবা হোৎনবদা ভমথৈ লৈতনা রাজপ্রবা পাবুং অমসুং ইমানি, মথোয়না কৈ হায়হুনা তৌরকপা অসিবু ঐনা করম্না হিক্তোকসিগে। তশেংবদি, ঐদি মতম থরা লৈরগা হায়হুনা থনবনি, অদুবু য়াম্না থুজনবগী রাকম ওইনা ঐভোন্দা থঙ্হল্লকই।"

মসি হায়রগা মাগী সুইত কেশ অহু হাংদোক্লে। মচুং অহুদগী শাংলবা চিঠিথাও অমা লৌথোক্লে। মচিনবান্দা মোমোন নোক্লহুনা মচুং অহুদগী কোটো অমস্তু লৌথোক্লে। মপুক্লিং থোয়-দানা মদ্দা মুম্না য়েংই। সুরজীৎলোমদা লুরাক্লনা অমুকস্তু য়েংই। কাটো অহু সুরজীৎত লানশিল্লে, অদুগা হায়রকই—

"নুপী অতুগী কোটোমি হায়ত্থনা ঐঙোন্দা থারকলিবনি। য়েংবীয়্র কমদোবগে? হয়েং মরুপ মপাং ময়াম্ন, ঐখোয়দা লাকপদা ময়ামগী সেবা তৌননবগীদমক মতিক চারগদ্রা, ঐপীনি হায়ত্থনা পুখোকপদা লেমলগদ্রা?"

কেটো অতু হেক উরুবদা সুরজীৎতু তুজুং মানজুংগ্রে। মানা থল্লকই, ঐঙোন্দা য়াওরিবা অসিনা কনাগীনো? মসিনা কনাগী কোটোনো? মানা পাউথুম ইপী পীদনা য়েংত্থনত লৈবত্থ উবদা বসন্তনা নোক্লত্থনা হায়রকই,

"কমদোবগে, মতিক চাদ্রব্রা?"

"ওন্থোক্লা নিংথিজৈ, মহাকুন্না ফজবা অনি গুনা লৈরমগনি থাজদে, মসক অসিদং য়েংলুবদা তাইবংপান অসিবু কাউথি-বগুম তৌরে, চেংলৌ শকফমদং য়েংবদা শুদ্ধৎলবী মহাকুন্নিবু তালোয় ওইনা ফংগদৌরিবা অদোমদি শুন্থোক্লা লাইথক কৈ।"

হায়ঙমদ হায়রকপা সুরজীৎকী কায়রবা থম্মোয়গী মরাইহেনি। মাগী মপুক্লিংগী অরাবা, লুংঙায়তবা কয়াত্থদি বসন্তনা খঙ্লুবা ঙমদে। মাগী ওইগদৌরিবী অত্থবু থাগৎপীরক্লবা অত্থদদি মপুক-নিংদা নাপল মথোয় কাবা অমসু য়াওগ্রে। মানা মথা তানা হায়রকই,

"ঐগী লুহোংবদা মরুপ্পা বরগী লমজিংবা ওইগদৌবনিকো—।"

"শোয়দনা ওইজগনি।"

ট্রেন অত্থনা মফম অমদা অমুক থাম, অমুক চৎ-তৌত্থনা লাকপনা ডিমাপুর য়ৌরবদাইগী হুইসল পীগ্রে। তপথরক্লে, ট্রেন অত্থ লেপ্লে।

# ১৭শুবা শরুক

অহিং অতুমা ডিমাপুরদা পনলম্লগা মথং অয়ুক্কী বসন্তা তোংলক্তুনা সুরজীৎ অমসুং বসন্ত মমা পোক্লকম লমদম য়ৌগ্রে।

সুরজীৎনা লংকৈদগী থুংলবগী অহিং অতুদা "কমলাগী মক্কমদা মানা লংজখিবা পাপ পুম্নমক অতুগী প্রায়শ্চিত ওইননবা, মরাল পুম্নক অহু শেংদোকপা ওইনা প্রেমচাঁন্দগা তাম্নরগা চিঠি অমত্তং পীগে" খনখি।

নোং হেক ঙাল্লকপগা থিন্দনা প্রেমচাঁন্দখোয়দা চৎলে। মতম কুইনা উরুত্রবা মরুপ অমবু নোনা অমুক উম্নবদা মখোয় অনিমক হরাওবগী ঙমথৈ লৈখিদ্রে। অতুবু মহু ঙাইহাক্তগী রানি। কমলা থাজখ্রে, লুহোংগদোবা ঙসি হয়েং থঙদ্রে হায়বসি প্রেমচাঁন্দসু হাম্না থঙলমলে। সুরজীৎনা মানা পাঙথোক্কে নিংজিবা থোরম অতুবুসু থঙহল্লে। প্রেমচাঁন্দনা থরদি থুয়োনখ্রে হায়তুনা মশাগী মত কোংদোকই, অতুবু সুরজীৎনা হুংডায়খিরোই-দৌবহু খল্লুবদা "কৈ তৌসি" হায়খ্রে।

বসন্তনা য়েংহনখিবা কোটে অহু কমলাগীনি। রারোই-নগ্লুবা, মীগী ওইগ্লবা মাগী মকমদা মুংশি কারহৌরুবগী অমুক কাম্নবা লৈত্রে। নিংথিনা লৈশাং তমজগদবা শিঙেলগী মকাদা মতম থরা কাক্কয়েন থুজিন ওইনা য়েংলুবতুগী, লাল্লুরবা মাগী খম্মোয়গী অরোইবা পাউদম ওইনা মুংশিবগী মকমদা শেংদোক্কে খল্লহুনা প্রেমচাঁন্দগা মখোয় অনি উম্নথিবা মুমিং অতুগী অহিংগী

খেংলবা পুংজাদা চিঠি ইগে থল্লহনা রাখল ভৌহনা কমথগ্রে।

× × × × × ×

অহুতাপকী নোংলৈ ভুংশিং'লক্তা প্রকৃতিনা শাদোং ওই-হনা মায়কৈ শিন্না হুমজিল্লকখিবনা অ'হিং অহুদা মানা খন-খিবা খুদিংমক অরেম্বদা তাগ্রে। হৌখিবা অহিং অহুগী ভমথিরবা খোঁদোক কয়াহু নিংশিংলুবদা হায়কম খঙদনা রাগ্রি। লালটেনগী থাওনা চায়থোক্তুনা মাঙহনগে ভৌরমলবা ফোটো অহুদা শংত্রিক য়েংলহনা লেপ্লকপনা মপানলোমদগী মমানা, "খোঙ হাংদোক্লোনে সুরো, ভুমিংনা রাভোন লোমগ্রে, ঈশিং ভুংশিংকা ওমবদনে নারক য়েকলক'নিকো" হায়তনা হম্না হম্না কৌরকপা মতম অহুতদ মশানা মশাবু নিংশিংলক্তুনা মী-পোং উত্রিতৈঙদা হায়হনা কায়রবা লালটেনগী মীংশেল মচেং-শিং'হু চে মচেং অমদা য়োমশিন্দুনা মচি অমদা থমলে। হৌগৎলকপদা ভায়রিবা শায়হনা খোঙ হাংদোক্তুনা মপান থোরক্লে। মচিন মথা শেংদোকপা লোইরহনা চা থক্লিতৈ কৈদৌরিতৈঙদা পুং ৯ তাশিনলক্লে। অমুক হম্না ইখিসিরা হায়হনা খঞানহনা নৈরিতৈঙদা মপানলোমদগী পাখং মচা অমনা বার্ত্তোগগী মমিং অহু পায়হনা "সুরজীৎ কায়বসিগী ঘুমবু সিদা ওইরত্রা"? মাঙ্গোলদগী মমানা থুমই, "মানি ইবুংঙো"। পাখং মচা অহুনা হায়রকই,

"অহু ওইরবদি বার্ত্তোগ অমত্ত থমজরমগে"।

"মানি ইবুংঙো, করিগী বার্ত্তোগনো"।

"লুহোংবগী—" ।

"লুহোংবগী" হায়বা রাহে অসি হেক তাবদা সুরজীৎতু কোকচাওবী ফুং কাখ্রে। মপান থোরক্লুনা নার্স্তোণ অত্থ লৌশিনবে। মানা থগুলে, বার্স্তোন অহু বসন্ত অমসুং কমলাগী লুহোংবগীনি।

চিঠি ইগে থল্লমবহ বার্স্তোন অত্মা' থুগায়খ্রে। মীওইনা পোকপগী কাম্নকম লৈরেব্রে হায়রুনা থোইদৌ শিকপমথৈ থল্লগা মশাদা হায়রকই.

"হয়েং ঐ গৌহাটিদা চৎচবা তারে, ইমা"।

"কৱিগীনো অসুক থুনা—"।

"থুদবা য়াদবা মরম অমা লৈবননি।"

"তগুায় ফদবা লৈরগসু হয়েংদি তুমিৎ ফত্তে, নপাবুংগা অমুক্তা তানথো।"

"ফংত্রবসু অহু মগুায়রে, চত্তবা য়াত্রবনি, পাবুংদসু ইমানা য়াননবা হায়খিয়ু।"

"ঐনদি মহু গুম্বা নত্তে, ওসাইনা নপাবুং চৎখিত্রিগুৈদা হায়হৌবদি য়াত্রা?"

"মতম অহুদা চৎপগী রাখল শল্লমদে"।

"অহুক থুনা চৎকদবা লৈরবদি থোরকত্রবসু অহুম লৈথোকপদি কৈদৌবগে।"

"ঐনা থোরকলমদাইদা অসিগুম্বা অথুবা অমা লৈহৌরি হায়বসি নিংশিংবা ওমখিদবননি।"

"নপাবুং চাক চানা কুমলকপদা ঙাংনহৌ।"

"ঙাংনদনবু দি য়েংগনি, য়াত্রবসু চৎথিবদি তারে।"

মমাসু মথা তাংখিদ্রে। অসিমথৈ হায়রগা মপাবুং লাকপা ঙায়দুনা লৈবে, চথোকত্রে। মমাসু চাক ঈশিং থোংননবা থৌরাং তৌগ্রে। মচানিপাগী হিংলাক হিংজিন ওইনা তৌবা রাহৌদোক অদু থল্লুবদা চিংনরপসু তৌই।

হুমিৎ চুরী মথা তারকপা মতমদা মপাবুংসু চাক চাবা কুমলক্লে। মথৌ চিনবা মীওই ওইনা তৌরদুনা পুকতপ লিনতপ্না রা-লান ঙাংন-শানবগী মতমকাদি লৈবা জাৎ নত্তে। চাক চাবা লাকলিবা অদুমকসু তঙায় ফদবগীনি। হোহা হোহা তৌদুনা চাগদবা থরা চারগা থোঙ্হাম খুৎহামবা ফাওবা নংবোই নংদবোই তৌদুনা হেক্তা মচৎথি। অসিগুম্বা তানফম অসিদা করম্না রাফম অদু হৌদোক্কদৌরিবনো হায়বসি থল্লুদা সুরজীৎসু হায়ফম তৌফম খঙদনা লৈরে।

ঙাইহাক পুঙ্গোই লৈরগা চাক চাবা তোকতুনা চন্দ্রজীৎ বাবুসু মফী মরোল শেৎচিনবা লোইশিল্লক্কদৌরে। মতম লিংশিন-খিগদৌরে হায়দুনা সুরজীৎনা লৈজবা মথৌনা পুথোকতুনা হায়রকই, "হয়েংসি ঐহাক গৌহাটিদা চত্তবা য়াত্রে,' পাবুং।" চন্দ্রজীৎনা ঙকলদুনা খুমলকই, "করিগিনো অসুক থুনা চৎক-দৌরিবকো, থবক্তা চিনথিবনা মিকুপ অমত্তসু লৈথোকফম লৈত্তে, অরিবা হিসাব ময়াম শেংদোক্লনবা হোৎনবদা কোক অসি ঙাওরে, নংবু ফাওবা থরা লাকতুনা হিসাব হুৎসাব তৌবা য়াওরবাও

হায়গে খল্লমজিবনি, চত্তবা ময়াত্রবরা ? পরিক্ষা হায়দোকদবস্তু য়াংজিবা ওইরবদি থরা তপলপ চংল্লুদনা— ।”

মথা ভানা “দণ্ডিনা চত্তবা য়াত্রবনি” হেক মহায়রবদি অমনা অমগী নিংবা থুংহনবা ঙমনদবগীদমক্তা মপা মচা খুং থোক্লবদা মতাম্রি । সুরজীৎস্তু মপাবুংগী চিন্থক্তা করিগুম্বা অমত্ত মথা ভানা থুম্বা ঙমখিদ্রে । মপাবুংসু মানা নিংলম্বগা ওম্ন তৈনবা মচানিপাগী থোয়াং অহুবু শাওনিংবা মচেং থরা উংলমমলমগা চংগ্রে ।

য়াখলনা থোজেং য়োখংলক্লবা অহুদদি ইমুং মহুং মপা মমা কাওবা সুরজীৎকী মকমদা হু ওইগ্রে । পোথাকম থঙত্রবা মাগী খম্মোয়না নিংজবহুমক শোয়দনা পাঙথোকলগে, মথংগী অয়ুক্তা ইমুং মহুংগী রায়েন থোদাগী মায়োক্তা গৌহাটি চংলগে লেপগ্রে । মপাবুং অমসুং মমাদা চংপগী য়াকম অহু হৌদোকখিদ্রে ।

সুংপা থরা নেমথরক্লবা মতমদা সুরজীৎস্তু মকা মরোন নাম্না শেংচিল্লে, অহুগা মমাদা “লুপা ৫০, থক্তা পীয়ু অচিনবা অমগী চংনগদবা লৈরে”, হায়রকই । মমানা হংলকই,

“গৌহাটি চংপগীদি নপাবুংদা ভানহৌরব্রা ?

“থরা তপ্না চংলু হায়রে, চংলরোই ; হয়েংদগীদি ঐস্তু হুকান কায়গনি” ।

মচাগী মরাইহ অহু তাবদা হয়াওখিবনা লুপা য়াইথেহু মমানা পীরে । সুরজীৎনা কোয়বা থোরক্লমদাইদা মমানা “থেংনা মমনা হজিনলক্লরকো” হায়হৌই ।

সুরজীৎতি লোম্না চৎখিবা য়ানবা উপায় খিবদ্রা . মমাদগী কিংগ্রি তৌহ্নবা পৈশা লৌথোকখিবনি। ময়ুমদগী থোঙ্গাল হেক লাম্হোকখিবদগী M. S. T. তাম্না অহুম সাইকল থোংগে। মানা য়োবগা তাঞ্জা হেক চানরহ্নবা টিকেট কককে। মহুমা হেক লোইরগা প্রেমচাঁন্দগী অফিস তাম্না অমুক চৎলে। প্রেমচাঁন্দসু উম্নবে। ভাইহাক ফমিন্নরগা মখোয় অনিমক লাকমিন্নরে। সুরজীৎনা ইথু থুনা চৎপগী রাকম অহু হেক হোদোরকপদা প্রেমচাঁন্দনা হংলকই,

"করি তৌবগী চৎকদৌরিবনো ?"

"ঐ মণিপুরদা শুকলৈ লৈনিংঙে, অহুননি।"

"ইমুং মচুংনদি য়াব্রা ?"

"নংগী রাহং অহুগা চপ মান্নবা ইমানসু, পাবুংনসু হংই, মখোয় অমত্তা য়ানিংবা কোংদোক্তে, ঐনসু মরম তাক্তে কয়াসু তাকনি, হায়দোককমসু থঙদে, লোম্না চৎখিগদৌরিবনি।"

"মহু কোম্না খন্নসি, চিঠিবু ইরব্রা ?"

"ইজে, পীনুনবগী মতম হেন্দোকখ্রে, ইরুবগীসু কায়্ররোই। নংবু পাউ তাদ্রিব্রা ?"

"করি অনৌবা পাউনো ?"

"কমলাগী লুহোংবা হাংচিংনি।"

"করম্না নংদি মহু তারমলিবা ?"

"বার্তোন ফংই।"

"বয়গীরা, কন্যারোমগীরা ?"

"বরগীনি— ।"

"বর অহ্ নংগা মশক খঙ্‌ব্রা ?"

"খঙ্‌দৈ ।"

"মমাংদৈদগী— ।"

"নত্তে, গৌহাটিদা খঙ্‌নরকপনি, বয় ময়ামগী লমজিংবহ্ ঐবু ওইবীয়ু হায়নস্ ৱাচৎলকই ।"

"মানা অহুক দুনা হায়জরকপহ্ নংনা করিগী য়াবীরোই-দৌরিবনো ?"

"মত্তদি ওয় তৈনবা ৱানি ।"

"বর ওইবা কংত্রে অসিরা ?"

"মহুগী নত্তে, মকম অহ্দা বরগী কীজেৎ শেত্তুনা ইশক উৎলুবা ঐদি ওমলোই ।"

"কনাবু ইকায়বগী ৱানো ?"

"ইকায়বগী ৱা নত্তে, ঐনা কীজেৎ অহ্ শেৎপদা পকচ-রয়োই । মাগী মশক অহ্ উরুবদা কীজেৎ অহ্না ঐবু নোক্লগনি । হরি মন্দির ময়ায়'হ্দা ঐগীনি খল্লবা হুংশি থুংলেন অহুগা ময়ায়বক কবা বর অহুগী মথুং অহুগা থুংকা খুংকা লোম্রহুনা পুন্সিগী ভৎনহৈত্রবা লংলানা পুনশিনখিবহ্ ঐনা করম য়েংগনি । মাগী মকমদা শকখিবা ৱাশক কয়া'হ্না মতম অহ্দা ঐবু ইকায়বা খঙ্‌দে হায়খিরোইদ্রা ? মহ্ পুম্নমক্ক য়েংননবগীদমক্তা ঐনা মকম অহ্দা চৎলুবা ওমলোই । অচিকপদা পোথাকম খিক্লগে খল্লে ।"

"করে নংনা নিংলিবহ্ থুংননবা হোৎনজরো অহুবু চৎজনদাইদা কন্নিগুম্বা খুদোল অমগুম্ মাগীনি হায়হ্না তম্ম্নমোইজ্রা ?"

"খুদোল অহুবু মাগী মকমদা কনানা পীরুবা ওমগনি ?"

"খুদোল-পোৎপু লৈরব্রা ? লৈরবদি মহ্ রাধেগী মকমদা য়োখিননবা হোৎনবদি ঐস্ু ওমগনি। মাগী মখুৎপু য়োঞ্রবদি কমলাগী মকমদস্ু শোয়দনা য়োথিগনি।"

"অহুবু প্রেম, মাগীদমক্তনি হায়হ্না লৈরকখিবা খুদোলপোৎ অহুদি কায়ন ঈরৈনা পুথিহ্ন: পারুবা মহাসাগরগী ইরোম্নুংদা চন্নকম লৈত্তনা লুপত্তনা লৈহোরে। মতম অসিদা মাগীদমক্তা করিনা মতিক চাবা খুদোল তমলমগনি। ঐগী মিৎকী পিসে খুজোক অমত্তুং মাগী মনাক তাম্না পুহ্না চৎপা নহাক ওমগত্রা ? হুরানা মপাম লমদম থাদোক্লগে হায়হ্না খোঙ্‌কাপ খোঙদোই হল্লকপদা হুজানা চৎকদবা লম্বীহুবু ঐগী মিৎকী পিলিনা চামথোকলুবা নহাক ওমগত্রা ? ঐনা মাবু কয়া য়াম্না হুংশিজখিবা, অহুবু ওসিদি কায়নৌ তমঞ্রবা বিধিবু হন্না হন্না য়ারোজখক্না হুংশিবগী পস্থেং ওটয়ু তমঞ্রমাম্লে।"

"মীপুম থুদিংমক ফীভমগী মথা পোনবা ওাক্তনি, সুজো ; নংস্ু মহুগী মীনাই য়োৎহ্লিং অহুদগী নাম্থোক্তুনা চেনখোকপা ওমহৌদবদগী ওসিদি কায়ন পোৎলুম পুরেদো। অহুবু নংদি মাগী মকমদা হুংশিবগী লমন তোম্লিবনি। লমন অহু শিংলমলনা চৎলগে হায়ব্রা ?"

"মাবু হুংশিরুবগী লমনদি থুংনবত্তনা ওইগনি হায়না ঐনা

চৎলমদাইদা প্রেমচান্দগী মঙ্গুগা শিন্নরম্নগে খন্দুনা চিঠি ইবা হৌখ্রে। মিংকী শিনা অতং অথম কৈতনা শিন্নরকপনা খরদং ইঙ্গরিবা অদুস্তু মুকনা ইচায় চায়খোকখ্রে লোইরবা মতুংদা মুবা অর্মুক্তং য়েংলগা, "তুংশি তোর্বান্দা লেগু্মা পুন্সি পুখৎ য়েংলুবা, নিংখোইগনি খঙ্‌না খঙ্‌না লেপলুবা তারেদো" খন্নি।

মীওই মপোক অ সিদি পামেল উনাগুম্বনি। পুন্সিগী মসন্তনা লাকপদা মালংবা তুংশিংকী ইপোমদা য়াওন য়াতা তমহুনা মিকুপ খরদং হাইন-হুন্না পাঞ্জরমই, অদুবু হেমন্ত ঋতু লাকলবদা উনা থুদিং মথন্নাই থুবাক্তা হাপ্তুনা লৈমাযথক্তা লৈনা লৈনা কেনখ্রগা মালেম'থক্তা ওন্ন-খোইনা খাঙলেদো। অরেম্বনি পুন্সি, কোন্নৌ মায়োক্লনা শাৎপা লৈরাংগুম অন্না মৈশা খাঙবতনা মশিঙ্গাই ওইরমলগা কংহুনা মাঙ্খিগদবা। অরেম্বনি তুংশিবা, পুন্সিগী আশানা লৈমন চনখিনদা লম্বী ময়ায়দা হৌবা নাপীগুম মীতুংশি খঙ্গ্রবা তুম তাইবং কয়ানা খোঙনেংনহুনা মাঙ্খিগদবা।

মিকুপ, পুংজা কযানা লমকাংলবা পুন্সি লম্বীদা কাউদ খোঙ্গুল থনমলগা চেনখ্রি, চৎখ্রি। নোংঙাল্লমদাই পু জাদা য়াওল্লকপা পোম্বী চেক্লাগী শৈহেক শৈদমখোল কয়াগী খোঞ্জেলগী ইথক্লা চেনশিন চেনশিনখিহুনা সুরজীৎকী থম্মোয় তোর্বান্দা হন্না হন্না খেংলুরি। তোর্বান চাংক্তো লান্না চোংথৎলকপা ঈরিক কন্না অহুনা মাগী মায়খোংদা খিকলরি, মীকপ থোক্লো হান্নহুনা হৌদোকর্দি। সুরজীৎসু অঙ্কিং অক্কায় ওইনা হৌগৎলে। মোন মখাদগী থুদাং ঘড়ী অঙ্কু হাইফেৎ য়েংলুবদা পুংও লোম তারমলে। নোং ঙানখিবনা হান্দুনা

গাড়ী নংহৌদবা তারে থন্দুনা মনা মনিল নাইদনা মকী মরোল শেংচিনখ্রে। হান্নবা খোরাং তোঙ্না থমলবা সুইত্ত কেশ অত্তগী মতুংদা শেংন চানবা থরগা হাপ চিল্লে। উপু মচা অহু হাংদোক্লুনা ফ্রেম চন্দুনা থমলিবা ফোটো অত্ত লৌখোক্লে। ফোটো ফ্রেম অত্তত্তমক থনমলে। লাইরিক মতুংদগী অতোপ্পা অমত্তসু লৌখোকলগা অনিত্থ পুন্না সুইত্ত কেশ মতুংদা হাপচিনখ্রে। তাইবং মীখোল তাত্রিঙ্গেদা তুমিন্না থোঙ্ হাংদোক্লুনা তুং-মাং হন্না হন্না য়েংলত্থনা M.S.T. তান্না চংখ্রে।

সুরজীৎনা মফম অত্থ য়োবা মতমদদি প্রেমচাঁন্দদি মাবু ঙায়ত্থনা লৈরমলে। হেক য়োবগা প্রেমচাঁন্দবু অড়িকপা মফম অমদা পুথোকলগা "মসিদংদি নংনা য়োবীখোকো" হায়ত্থনা চিঠি অহু থুংশিন্নরে।

লোং ঙানকুং ঙানকুং তোরকপা মতমদা বস থাগদবগী ইন্নাং লাংনরক্লে। নিপা ওইবগী লুংগুম কল্লবা থম্মোয়দগী মরুপ্পু তুংশিবগী তোবিমল থঙ্বগী পিগী মরিক মরিক শিন্থরক্লে। হিক্লা হিক্লা কপ্লত্থনা পুক্সি'সিমগী কায়নরগদোবগুম "প্রেম, নংগী নফমদা ঐনা লানখিবা পুন্নমক অত্থগীদমক ঙাকপীয়ুকো, হন্দক্কী ঐগী খোঙ্চংসে কয়াম কুইনা লৈরক্কদবা, করম্থা মতমদা নংবু অমুক হন্না উন্নবা ফংলগদবা হায়রমবা ঙমলরোই, ঐবুদি কাউবিগত্থকো, মরুপ" হায়রকই। প্রেমচাঁন্দসু মমিগুগী মপি তাখিবা থঙ্হৌদে। সুরজীৎকী মতোত্থতবু য়েংবা ঙমখিদ্রে, মপুক্লিংগী ওইবা রাহৈ অনত্তসু চান্নরবা মরুপ অমগী কায়ন পুংফম অত্থদা ফোংদোকপা ঙমখিদ্রে।

সুরজীৎ বস তোংখংখ্রে। বস থাখ্রে। অমনা অথগী মিংয়েংগী লম্বীদগী তামনখ্রে। প্রেমচাঁন্দসু নিংঙমদনা হনখ্রে।

## ১৮-শুবা শরুক

আশা হায়বসি মীওই-থম্মোয় লৈয়াংগী লৈনমনি। লৈনম কমলবা লৈরাংগী কান্নকম করি লৈন্নীবগে? কনাগুম্বা শাবী শানৌ অমগুমু কায়নগনি থঙ্না ফুংশিনরুদে। অছুবু, মৈরাম্বীনা থন্নানমিচাকপু আশা ভৌবমথৈ ভৌরুরগা কোন্নৌ মঙাল'লক্তা থরাননা মমি শামথিবদা আশা'ছু অরেম্বদা মাঙ্খিবগুম স্নুরজীংকী আশা পুন্নমকমু ওন্না মাঙ্গ্রে।

রাবদা চং ফংলবা মীশিংবু য়েংবদা ফুংঙায়বা পোকপা ওম্বা মিংমু তাইবংপাল অসিদা লৈরমগত্রা? লৈরম্বা তারবমু প্রেমচাঁন্দদি মখোয় অছুগী মমুং চন্দে। ফুংশিজরবা মাগী মরুপ অমনা মথম্মোয় অছু পুঙমদছুনা মরৈপাক লমদম থা-দোকলমছুনা চংখিবছু থল্লুবদা ফুংঙায়তবনা অস্নুম অস্নুম হেক্তিল-লক্লুনা চংলমদাইগী স্নুরজীংকী অরোইবা খুদোল অছুমতংদি য়ৌখিম্নরা ভৌগে থন্দুনা ফুমিং অছুগী ফুমিদাংরাইরমদা কমলা-খোয়গী লৈরক্তা ইকায় শেঙ্গোই হাংবমথৈ চংলুরে। অছুবু মহাক্তা উম্নিংবা রাধেবুদি উম্নবা ফংলকত্রে।

লুহোংবা ফুমিংনি। প্রেমচাঁন্দমু ঙাইহাক্তা পুক্লিং খোয়জং লৈতানা পোথাজবা ওমদ্রে। অফা অপুন্নবা অমা ইন্নাও য়াওক্নে। অযুক অঙনবদগী মফী মরোল শেংচিন্দুনা মানা পাঙ্খোক্নে থল্লিবা থবক অছুমতং ওইত্রিমথৈদি হায়ছুনা অমুক লাক্নে। লৈকাইগী মীনোক ভুংওইনরবমু লৈশাবী অমবু হেক উম্নছুনা

য়াৱী য়াতাই শাবা হায়বদি তগায় তগায়বঃ থবক্তি নত্তে, মসিনস্থ প্রেমচান্দনা মুন্না খণ্ডই। অতুম ওইনমক, তণ্ডায় ৰুদবা হায়বসিদি আইন লৈত্তে থন্দুনা অতুম মরাক্লে। র ধেদগী হেম্না শকখণ্ড মায়খণ্ড নবা কনাগুম্বী অমগী মত্তেং লোগনি হায়বস্থ লৈত্তে। মহাক্না লাক্লিবা অতু অয়ুক্কি। "শরৌ লাংনা ফাগ্রবা শাদস্থ শাদাম্বগী মথুৎ চনখিঁত্রিদৈঙেদদি মথরায় হিংননবগী অকনবা লান থেংনৈ।" মতুগুম্না লুরবা তানকমদি নত্তে। "করিগুম্ব য়াধেনা নাথিরম্বা থোক্লবদি খণ্ডদ্রে, অতু নত্রবদি অস্থুক কুইরবা মতম 'সিগী মহুংদা নোংমত্তং ঐগী মশক উৎলুবদা মানা এবু ফাণ্ডবা কৌহুনা চেনখিগদ্রা? মতুমক নক্রবদি মাগী মকমদা চণ্ডজরগা—" প্রেমচান্দনা খল্লি। থম্না থম্না লম্বী চণ্ডকম মচি অমদা তুমিন লেপ্লহুনা তাঞ্জা ণ্ডায়হুনা লৈরি।

মৌ নহা, মৌ অহন, হন্থবী হন্থবা, মীথল শুনা কমলাথোয়গী থোঙ্গালদা চণ্ড্রি, থোরকলি। পুংকক চাওরবা লৈশাবী মচাগী কাংবুনা মথুদাংদা লৈ-পোলাং য়াম্লহনা য়ুমথোঙ য়ুমথোঙ খুদিং চণ্ডহুনা লুহোংবগী পুষ্পমালাগীদমক কুন্দো হেকপা চংলি। য়া য়া অমুকস্থ নোকই। থরা জ্ঞান তাকাত্রিবা অমনা য়ারক-লোমদা মথুদোম্বীনা খিল্লহুনা হায়রকই, "অসিদস্থ কুন্দো য়াম্না শাংদে।" থম্না মপুং মরৈ ফারক্লবী অমনা খুমলকই, "হে অপংবী! অসিদি য়ারকী কুন্দোনি।" মতু পুম্নমক্তু প্রেমচান্দদি মমিৎ খিংনা য়েংলি, নিংশিংদি সুরঞ্জীৎপু, কাউঙমত্রি মাগী

থৌরাং, অছুঙৈগী লুহোংবগী রাকম, মখোয় অনি হুংঙারনা নোকমিন্নখিবা কয়াছু। অছুবু ওম্ন ঙৈনরে বরদি।

অসুম লেপ্লবদগী ভায়ভমদবা অমা পোকনকছুনা সাইকল ইল্লছুনা লৈরক মহুং চঙ্ভক্লে। কমলাখোয়গী ইংখোলগী অহৌবা ৎংদাইকম অছুদগী মখারোমদা ওন্দুনা য়েংন য়েংন চঙ্ভকপদা থৌদোক অছুগীদমক্তা থল্লিবা মাঙোপ অছুগী ময়ায়দা উপু, কাংখোল, কোল-লিকনচিংবা অউন-পোৎ কয়া থেন্দুনা থমলি- বছুনা মাগী মমিংপু তথক তথকহল্লি। মছবু য়েংনি·লুবা থোইনা পোক্তে। লম্বীগা হেক ভাইনবদা রাধেখোইগী অরাং শক্তোই অমা লৈ। মছুগী ময়ায় চবুক্তা ফাংলিবা থোঙ্নাও অছুদা য়েংশিল্লবদি তুলসিবোং অছু উবা ফংই। প্রেমচাঁন্দনা মছু কাও- দোকছুনা য়েংশিল্লুবদা রাধেছু মখোয়গী ওন্মাং মতোন্দা কনেক কীরোল থুপচিন খোৎচিন্দুনা লৈরমই। হুংনা থারবা লম্বী অছুদা ইল্লক্লিবা সাইকলগী মমাংথংবা চাকা অছুনা কাবক চাওবা হুং অমগী মথক্তা হেক ভারুবদা চেন অছুনা কোক্তরগী নাক য়েং- লোমদা হাইনা হাইনা থেংলুরমাল্লে, ক্রোং ক্রোং লাওবা মখোল অমা থরা কনলপ্লা থোকখ্রে। মখোল অছুনা রাধেগী নাপদা শিংজা য়ৈবগুম থোকলুছুনা হেক য়েংখোরকপদা প্রেমচাঁন্দবু উখ্রে। উরুবমক্তদা মাগী থম্মোয়দা শাওবিং শাওবিং লাওগুম তৌখ্রে। মখোয় অান মিংচানখ্রে। থবক লৈত্রবদি প্রেমচাঁন্দছু মখোয়গী লম্বীদা অমুক্তা চঙ্ক্তে। রাধেসু মবুক্কিং ভয়াং ভশোইনা করিগুম্বা রাকম অমা লৈরম্বা তাই থন্দুনা মকী মতেক অমনা

"করিবুদি তৌরুগদগে, কনাসু লৈজমবগী নকমদা চঙ্ঙ্ক-রকপনি, অদোম লৈহৌরি হায়রবগী রাখলদা চিঠি অসি লৌজ-হৌবনি, অদুবু ওসিদি নিংবা কায়হৌরবা মরুপ অমগী নিংবা কায়রবা মরুপ অমা ওইন হঙথিবা তারেদনা— ।"

"ঐবু কাউবীরমদবগীদমক তৌওমরবা থবক অদু ওসি ঐনা অদোমগী মায় ওাক্তনা তৌগে হায়না খনবীরে, অদু ওইরবদি ঐগী দমক্তা করি তৌবা ওম্বীগদগে ?"

"করি তৌজৌ হায়বগে, পু-পাং শুদ্রবা লাইরবা মচা অমনা তৌবা ওম্বা থুদিংমক ঐসু ওমজগনি ।"

"অদু ওইরবদি চিঠি অদু পীবীরমলো । অদুগা হায়বীরমউ, অদোমগী ইচিল ইনাও কয়া শুবীবগে ?"

"লাইরবা ঐগী ইযুং মতুংগী অকুপ্পা মরোল থিগৎপীরিবা নংবু ঐগা করি থোক্কবগে ?"

"করিসু থোক্কদে, খঙ্নিংবনা লাংতক্কক্লিবী অমত্তনি ।"

"মহু খঙ্লগা নংগী কায়কম করি লৈবগে ।"

"মীতুংশি খঙ্বা মীগী মপাউদি তাবগী পেনবা নাইজদে ।"

"ঐবুরা মীতুংশি খঙ্বা হায়বীরিবহুবু ?"

"মানি অদোমবুনি ।"

"ঐবু করম্না মীতুংশি খঙ্বা কৌবীরিবা ?"

"মরুপ অমগীদমক্তা থরায় হকচাং য়াওনা য়াবীবা ওমলিবা অদুবু মীতুংশি খঙ্দে হায়সিরা ।"

"নংতনা ঐবু তুংশিবগী হায়বীবনি, মহুওম্না কনানসু ঐবু হায়বীখিদে ।"

"মচুতনি এনা মঙুম পামজরব', হৌজিকী এগী নিংজবা আশা থুংনে, করিগুম্বা মতম চাবা কান্দা অমুক্তং উমজনিংই, লেংকীরো-—?"

প্রেমচাঁন্দনা চিঠি অদু পীরমগে। মাগী মচিনশী ইনো নৌবা মাহৈ অমম্বক থোকত্রিবদু করমনো হায়দুনা মতোমত হংজে। রাধেস্ন মাগী ইমুং মচুংগী অকুপ্পা মরোল থগু্নিংলয়দু মাহৈ অদুনা নমথদুনা থস্বীরমলে। মথোয় অনি কায়নখ্রে। রাধেস্ন য়ুম্নাম লৈকাই শোরোক কাওসংলক্লগা মচুম লপ্পী পাংখ্রে। প্রেম-চাঁন্দসু অরা-তুংওায় ইয়ান য়াম্নরহন' মখুমদা হনথ্রে।

চুংথিল পুং অমরোম তাশিল্লক্লে। লুহোংবগী ইথৈ হৌখ্রে। কমলাসু পোংলোই লেংনবগী থৌরাং তৌখ্রে। অহল লমন, ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব শুলা তিনখ্রে। লুহোংবগী থাক্তোন ফংবা কমলাগী মতা-রোইশিংসু মাংগোপকী মচি ময়া থুদিংদা ভাম্বোইদুনা লৈ' । রাধেস্ন লাক্লে। মাদি মহৌশানা ইমুং মচুং ওইনা অদুম অরৈ-বনিনা অরাং-অপা য়েংশিন্দুনা কমলাগী মনাক্তা লৈ। রাধেনা কীজেং লৈতে'দুনা লাকপদু উরুবদা কমলাহ মমিওগী মপি ইয়া চেল্লি, প্রেমচাঁন্দনা পীবম্বা পোংলক অদু পুরকপা কাউদে, মদুসু য়াওরকই। অদুবু চীরবা তানকম অদুদা মচু কোংথোকপুবা য়াবা মত্তে থন্দুনা লৈরে।

ভাইহাক লৈরবা মতুংদা বর লাকপগী বজাই, বেজুমগী মখোলজনা পুমলাও বাও, পুমনিন নিনখ্রে। বর থোরক্লে, বজাই লেপখ্রে। মফমলাংদা বর ফ-ত্রে।

কমলাস্থ পোংলোই ঙীজেং লৈতেংলে। মকোক'থক্তা কূরাক প্যাইগ্রে, সনাগী খুজি, পাম্বোম কাবী, মরৈ-পরেং, ঝিঙ্গুর পরেং খুদোপ মক্তদা মথল মথল সনা-লুপা, লিক কোন কয়ানা লৈতেংগ্রে। পুক্সিং হুনা ঙীজেং লৈতেংলবী কমলাবু য়াথেনা অপেনবা লৈতনা য়েংলি। মানা খল্লি, "কমলাগীদি কজ-কজরবা খুদোপকাস্থ য়াম্না লৈরমলিবা পোংনিদনা, খুনিংথৌগী'সিদি অমুক্তস্থ উথিজ্রি, ওন্থোক্লা কজনা উগ্রেদা।" অতুবু, য়াংত-পাদবা মচানিনা লুহোংবগীদমক নোনা শারুবা ওইরমাল্লে থন্নুনা মতোমত কল্লক-চত্থুনা লৈহৌই।

মাঙোপ ময়ায়দা পুজাগী পোংলম লাংগ্রে। লুহোং-ফাল থাগ্রে। বর চঙ্‌হুনা কমথগ্রে। কৈক্ষা পুথোরক্লবগী য়াথং পীগ্রে। কমলাগী হকচাংদা করিস্থ মীপাই থবাইবগী ঙীভম উদে। ক স্থ উরুগদগে, মথয়ায় পান্দ্রবী মানা করম্না থূকংপা, অকিবা পোকলুসলগে। নিংথিরবা হকচাং অতুতনদি মীবু কল্লক্কম ওইহল্লি। অতুবু মাগী থল্লায় চেক্লাদি সুংশি লমদম তাম্না পাইখিবগুম তৌগ্রে। ই

হৃরি মন্দির ময়ায় থোক্লদাইদা কমলানা হম্না অমুক্তং খুদোপ অতুদা য়েংই, অতুগা মপুক্লিংদা পিরাং পিরোইমনা লোন্না শোক্লে, "নিতি সুদিং খুদিংগী ঐনা নংবু য়েংজরকপবু পুংকম অসি কাওবদা নিং অসিদি মুংথিবা লৈজ্রি, ঐগী থল্লায় নংবা চেক্লা ওইনা পাইগ্রেগা মাগী মকমদা কায়নয়বস্থ কাউবা লৈজ্রি হায়না তম্বীয়মক্তি, মতুঙনা সুংদি ইদমন শিংবা শকচংগেকো,

